# কান্নবা ব্রারীমচাশিং

(অহানবা শরুক)





আইঃ এসঃ আকোইজম




# কান্নবা ৱারীমচাশিং
## (অহানবা শরূক)

আই : এস: অকোইজম




মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ
থৌবাল

*Kannaba Warimachashing*
*(A collection of 77 Parables)*
*By : I.S. Akoijam*

*ফোঙবা* : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মাশা




*খুৎলম* : অহানবা ২০০১ (১৪/১০/২০০১)



*মমল* : লুপা ৫৫/- নত্রগা অঙম্বা থরা

*নম্ফম* : সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

# অইবদগী

মায়া সংসারগী লাংদা থুরগা য়াম্না ৱানা খাঙদুনা লৈরবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণ, প্রভু যীশু, শ্রী সাই বাবা, শ্রীরামকৃষ্ণনচিংবনা লীবিখিবা ৱারীশিং পারগা অৱাবা কোকই। অমম্বদা মঙাল ফাওরকই। নুংঙাইবগী ঈথিলসু থম্মোয়দা ফাওরকই। নুংঙাইবসে নুংঙাইমীন্নরগা হেন্না নুংঙাইরক্কনি হায়বগী ৱাখলদা শ্রী বাবানা লীবিখিবা ৱারীমচাশিংনা অয়াম্বা ওইরগা লাইরিক মচাসি ইমারোন্দা ইজবনি। মণিপুরী নত্তনা অতৈ লোল হৈতবা মরুওইনা নহারোলশিংগীদমক্তা কান্নগনি খনবদগী ইজবনি।

ঈশ্বরবু থাজবা মাঙখিদুনা লন-থুম্বু ঈশ্বরগুম পূজা তৌনরকপদগী শান্তি লৈরক্তবা মতম অসিদা তুংগী আশা ওইরিবা/ওইরিবী নহারোলশিংনা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা ৱারীমচাশিংসি পাবিরগা মদুদগী ফংলকপা পাউরৌশিংদু নুতিগী পৃক্সীদা থবক্তা থবক ওইনা ওন্থোকপীরবদি শান্তি ফংগনি হায়বগী থাজবদনি ঐনা ইথোকচরিবা লাইরিক মচা অসে।

মালেমসিদা হৌজিক শান্তি লৈত্রে। শান্তি লৈতবা মফমদা ধর্ম্ম লৈতে। ধর্ম্ম লৈতবা মফমদা শান্তি লৈতে। শান্তিবু নম্ফুদা নোংমৈনা নত্রগা পৈশানা পুরকপা ঙম্লোই। মসিদি থম্মোয়গী ৱানি, নুং-গীনি। ধর্ম্মগী মিংদা লান্থৌনবা নত্রগা খৎনবা ধর্ম্মগী ওন্ন-তৈনবনি। ধর্ম্মদা শাউনবা অমদি য়েৎনবা ধর্ম্ম নত্তে, অধর্ম্মনি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী পম্বুংফম অমতনি। ধর্ম্ম খুদিংনা তান্নরিবসি ঈশ্বরবুনি। ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরদগী লাকপনি, ঈশ্বরদা হনগনি। ঈশ্বর অনীশুবা য়াবা হৌনদে। ধর্ম্মনা ঐখোয়বু নুংশিনহনগদবনি, য়েংথীনহনগদবা নত্তে। অশেংবা ধর্ম্মতনা মালেমদা শান্তি পুরক্কদবনি।

*ওঁ শান্তি, শান্তি, শান্তি।*

*ময়ামগী সেবাদা*

***আইঃ এসঃ আকোইজম***

# *ৱাহৈ অমা - অৱীদং*

শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজম, ইরমদম অসিগী সাহিত্যবু নুংশিবিবা মীশক অমনি। লাইরিক পাবা পাম্বীবা মীওইশিংদা নৌনা অমুক শকতাকচরুবগী দরকার ওইদ্রে। মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা মখল-মথেলগী হৈরাং-লৈরাং তরামাথোই হেন্না খুদোম্বীখ্রবা সাহিত্য প্রেমি অমনি।

শ্রী অকোইজম মখল মথেল মহাও শুনা চেনবা মীওই অমা ওইবনা মঙোন্দগী চেন্থরক্লিবা ঈচেলশিং অসিসু মখল মথেল য়াম্মই। *ঐখোয় য়ু থকপা তোক্লসি*, গীতা পরেং অমা, *ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা*, বুদ্ধি লৌশিংগী মৈরা ওইবা লাইরিক পরেং অমা, *মসিদা লৈরে* থিন্দুনা তাক্লবগী মতুংদা *কান্নবা ৱারীমচাশিং (অহানবা শরুক)* কৌবা লাইরিক অমমুক খুদোল্লক্লি। মখা তারকখিনি হায়বগী মমি শেংনা তাই।

'*কান্নবা ৱারীমচাশিং*' হায়বা মিং অসিনা তাকপগুম তশেংনা কান্নরবা ৱারী কয়ানা পুল্লবা লাইরিক অমনি। থোইদোকপা মগুণদি ৱারীশিং তেল্লি, শাংদে। লোল, ৱারী লীবা খুৎলী চমই, চোয়থোক্তে। ৱারী খুদিংদা পাউতাক অমা, কান্নবা অমা, অফবা অমা তাক্লবা হোৎনৈ। অঙাংশিংনা পাবা থোক্লবদি নুং-গী অর্থ অদু খঙননবা হায়দুনা অইবনা অরোই-অরোইবদা খোমজিন্দুনা নুং-গী অর্থ উৎননবা হোৎনৈ। লাইরিক অসিবু পাবিরিবা মীওই খুদিংনা কান্নবা ফংবিগনি, অদুবু নৌরিবা অঙাংশিংনা পাবা ওইরগদি খ্বাইদগী হেন্না কান্নবশিংগী মনুংদা অমা ওইগনি থাজজৈ।

শ্রী ভগবান সত্য সাই বাবাদা চঙজরুবা মী অমা ওইনা থোইদোক্লা পেঞ্জবদি শ্রী বাবানা চহি হুমফুমুকসিদা মীওইবা পূন্নমক্কী কান্ননবা খুদম পী-পীদুনা তেন্না নুংশিনা লীবিখিবা ব্বারীমচা কয়াদো, মতম খরগী মমাংদগী বাল বিকাসকি লাইরিক ওইননবা মণিপুরীদা হন্দোক্লগা ফোঙগে নীংঙকপা শ্রীবাবানা উবিবগুম শ্রী আইঃ এসঃ অকোইজমগী খুত্তগী নীংথিনা মহাও লৈনা পুথোকহন্বীরকপসিনি। ওন্থোক্লা নুংঙাইজে। ব্বারীমচাশিং অসিদি অমৃত বানীনি, মণিনি। বাল বিকাস গুরুশিংগী থাদোক্লুবা য়াদ্রবা মরূপলোই (লাইরিক) শোয়দনা ওইগনি।

লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা মতম কুইনা ব্বাৎলক্লবা অমবু মেনখৎনবা, সমাজদা অহোংবা ঈচেল অমা পুরক্লবা অমসুং মীওইবদা তৌহৈ-তৌহৈদে খঙহন্নবা লাইরিক অমদি শুকশোয়-শোয়দনা ওইগনি। মসিগী মতীক-মগুণ খঙবিদুনা মরী লৈনবা থবক পুবিরিবা মীওইশিংনা লাইরিক মচা অসিবু মণিপুরগী মচি মচি থুংনা পাবা ফংহন্নবা শীনবীবা ঙম্লবদি অইবা মহাক্কী মায়পাকপদি লায়রদুনা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা অহোংবা অমদি শোয়দনা পুরকপা ঙমগনি হায়না থাজজে।

শ্রীভগবাননা বুদ্ধি-লৌশিং, পাঙ্গল অমদি থৌনা শ্রী অকোইজমদা পীনবিদুনা মতম কুইনা সাহিত্য অমদি সমাজ সেবা তৌবা ঙমহন্বীনবা নিজরি। মখল মথেলগী লাইরিক কয়া অমসু খুদোল তন্বীরক্লবা অইববু হন্না হন্না থৌগৎচরি।

থৌবাল

তাং ০৩/০৬/২০০১ ইং

*একে দোবেন্দ্রা সিংহ*

*রিং কমান্দর (রিটায়ারড)*

# য়াওফম তাকপা

# ঈশ্বরগী অচুম্বা থৌরাঙ

য়াম্না চাউবা উপাম্বীদনা অপীকপা উহৈ য়ালহনবা অদুগা অপীকপা উরী-ৱারীশিংদনা অচৌবা মহয় পালহনবগীদমক্তা ফিলোসোফর অমনা ঈশ্বরবু চাং-মান্ননা চত্তে হায়দুনা নিন্দা তৌরম্মী।

অদুম ওইনমক, নোংমদি লাংবন থাগী নুংশা য়াম্না শাবা নুংথিল অমদা ফিলোসোফর অদুনা খুঙ্গং অমদা থবক অমগী চৎলম্মী। মহাক্না য়াম্না ৱারদুনা লম্বী অমগী মনাক্তা হৌবা খোংনাংবট পাম্বী অমগী মখাদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্তু না পোখারম্মী। মহাক্না মথক্তা য়েংখৎলুবা মতমদা খোংনাংবট মহয়শিংদু উরম্মী, অদুগা মহাক্না খনখি, মদুদি অশুক চাউবা খোংনাংপাম্বীসিদনা মহয় পীশক পীশক পাল্লগা খোংদ্রুম অমদি মাইরেন্নচিংবা পাম্বীশিংদনা মহয় চাউনা চাউনা পালহনবসি ঈশ্বরগী খুৎশেমদা শোয়রে হায়না মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লল্লগা তূমথখিরম্মী। পূং অমরোম তুন্নুরবা মতুংদা হৌগৎলকপদদি মহাক্কী হকচাঙ মথক্তা খোংনাংবট মহয় ময়াম অমা উচেক্লো নীকথরকপদগী কেল্লক্কুনা তারম্বা উরম্মী। খুদক অদুমক্তদা ফিলোসোফর অদুনা লাউনা হায়রকখি ঃ“হে ঈশ্বর !

*কান্নবা ৱারীমচাশিং*

ইবুংঙো নহাক্কী খুৎশেম অসি কয়াদা মপূং ফাগ্রবনো! করিগুম্বা খোংনাংবট পাম্বী অসিগী মহয়শিং অসিনা খোংনাংবটনা চাউবগী মতীক চাউরম্লবদি ঙসিদি মদুগী মহয় অমখক্তনা ওইরবসু ঐগী ইথক্তা তারকপদা ঐহাক খুদক্তা শিরমগনি। ঈশ্বর ইবুংঙো নহাক্কী খুৎশেমদা অশোয়বা করিমতা লৈতে ; ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু।"

অসুম্না মহাক্না মহাক্কী মরালদু খুদক্তা খঙজখি। অদুম ওইনা ওইনা খোংনাংবট পাম্বী অদুনা মীশিং অমসুং শাশিংদা চঙজফম অমদি উরুম পী। ঈশ্বরনা খোংনাংবট মহয়শিংবু করম্না অসুক্কী মতীক পীক্লা শেমখিবনো হায়বদুগী মরমদু মসিনি। মমৈথংদা মহাক্না ঈশ্বরবু ইবুংঙো মহাক্কী অচুম্বা থৌরাংগীদমক্তা অঙকপা ফংনা থাগৎচখি; অদুগা মহাক্কী লেপ্লুরবা খোঙচৎ অদু অমুক হন্না চৎপা হৌরকখি।



## জ্ঞানদেব অমসুং নামদেব

নোংমা নুমিৎ অমদা জ্ঞানদেব অমসুং নামদেব কৌবা নুপা অনীখক্লা উমং অমা ফাওরগা খোঙনা চৎলম্মী।মখোয় অনীমক ঈশিং য়াম্না খৌরাংলক্লম্মী। মখোয়না কোইয়েং য়েংবদা গুহা নত্রগা পাৎ অমফাওবা উবা ফংখিদে। মখোয়না ঈশিং খৌরাং-খৌরাংনা য়াম্না ৱানা চৎলম্মী। মমৈথংদা মখোয়না গুহা অমা লাপ্তুক্লা উরম্মী, অদুগা গুহাদুগী মনাক্তা চেনশিল্লম্মী। মখোয়না গুহাদুগী মনুংদা য়াম্না লাঙতক্লনা য়েংলুবদদি ঈশিংদি লৈরম্মী। অদুবু মখোয়না মতৌ করম্না গুহাদুদা কুমথরগা ঈশিং থক্লুগনি? ঈশিং চিংখৎনবা থৌরীসু পাত্রসু অমতা লৈরমখিদে। জ্ঞানদেবনা মমীৎ উশিল্লগা ঙাইহাক প্রার্থনা তৌদুনা লৈখি, অদুগা থুনমক মহাক উচেক ওন্থোকখি। মহাক্লা গুহা মনুংদা উচেক অমা ওইনা পাইথরগা মপূক থন্না ঈশিং থকখি। নামদেবদি য়াম্না য়ৌশিনবা ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবা হৌরকখি, অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা গুহাদা লৈরিবা ঈশিংগী ঈমায় অদু তপ্না তপ্না অসুম মহাক্লা ফংবা ঙমগদবা থাক ফাওবা হাইগৎলক্লম্মী। অদুদগীদি মহাক্লা গুহাগী ঈশিং অদু খুজোক খুজোক লৌরগা মপূক থন্না থক্লম্মী। ঈশ্বরগী মিংলেন নীংথিনা শোঞবা ঙম্বগী শক্তি হায়বদু মদুনি।



## মমল-তিক্লবা

হনুবী অমনা জঙ্গলদগী হেক্লকপা উহৈশিং থুম্মোক্তা হাপ্লগা লম্বীদা পুদুনা লাকপা মতমদা চহি অহুমখক্তা ঙাইরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হনুবী অদুগী মনাক্তা চঙলক্লগা হায়রম্মীঃ " ইবোক, ঐহাক উহৈ চাগে।" হনুবী অদুনা হায়রকখি, "ইবুংঙো, নহাক্না চানীংবা উহৈশিংদু খন্দোকউ, অদুগা মখোয়গী মমলদি নহাক্না পীবা তাবনি।"শ্রীকৃষ্ণনা লৌথুপ লৌকোয় করিমতা লৈতবমখৈ হংলক্লম্মীঃ " ইবোক, মমল কয়া কয়ানো?" হনুবীদুনা খুম্লকখিঃ "নহাক্না লৌগদৌরিবা উহৈশিংদুগী মমল ওইনা ঐঙোন্দা নহাক্না করিগুম্বা পোৎ খর পীরগা য়াগনি।" শ্রীকৃষ্ণনা ময়ুমদা চেনশিনখি, অদুগা চেং খর পুথোক্লক্লম্মী। হনুবীদুনা চেংশিংদু লৌরগা উহৈ খরা শ্রীকৃষ্ণদা পীরম্মী। হনুবীদুনা অসুম্না খনখিঃ "ঐনা ঙসি থেংনখ্রিবা অঙাংসে কয়াদা শুক্মৎনঙাইগী মশক ওইখ্রবনো ! ঐহাক্না মঙোন্দা উহৈ খর পীরম্বসি ঐহাক্কী থম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইবা অমা ফাওজৈ।"

হনুবী অদুনা মাগী ময়ুম খাংপোকশঙ অদু য়ৌগদবা খজিক্তা ঙাইরবা মতমদদি মহাক্কী থুম্মোক অদু লূম্বা য়াম্না হেনগৎলক্লম্মী। দেষা উপায় অমা তৌদুনা মহাক্না ময়ুমদি য়ৌরকখি। মহাক্না থুম্মোক অদু ইমুংদা থম্বা মতমদদি চেংশিং অদুনা মমল য়াম্না য়াম্বা মণিমুক্তা ঙাক্তা ওইনা ওন্থোক্লম্বদু উরম্মী। মদুদা অঙকপগী মশক ওইখি। হনুবীদুনা মশা মথন্তদা হায়জখি; "ও! অঙাং অদু শোয়দনা লাই ওইরমগনি। অদু নত্তনদি করম্না অসিগুম্বা অঙকপা থৌদোক অসিবু থোকহনবা ঙমগদগে?" মহাক্না মহাক্কী ময়ুম খাংপোকশঙ অদুদগী মপান্দা চেন্থোক্লক্লগা লৈকাইমচাশিংবু কৌরদুনা অঙকপা মতৌ অদু য়েংহল্লম্মী।

ঈশ্বরদি ওইহনগেদা ঙম্মী।



# খাঙকনবগী থৌনা

থায়না মমাঙওঁদা শিষ্য অমনা মহাক্কী গুরুগী মনাক্তা চৎলম্মী অদুগা মঙোন্দা অথোইবা জ্ঞান "ব্রহ্ম-তত্ত্ব" তাকপীয়ু হায়না হায়জরম্মী। গুরু অদুনা মঙোন্দা মন্ত্র অমা পীবিরম্মী অদুগা মন্ত্র অদু মশাগী ওইজবা পাম্লুদনা ঈরেপ-লেপ্তুবমখৈ শোনগদবনি হায়না তাকপীরম্মী। চ হি অমা পূরা সাধনা তৌরবা মতুংদা মঙোন্দগী ব্রহ্ম-জ্ঞান লৌরবা য়াগনি হায়দুনা গুরুদুনা তাকপীরম্মী।

চহি অমগী মতুংদা শিষ্য অদুনা মহাক্কী গুরুগী মনাক্তা লাক্লম্মী অদুগা হঙ্গৎচরম্মীঃ "ওঃ গুরু ! ভক্তি কচ্চরি। গুরুনা তাকপীবা মন্ত্র অদু চহি অমা পূরা লেপ্তুনা শোঞ্জখ্রে।" মহাক্না গুরুদুগী পাউখুম খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈখি। মহাক্কী গুরুদুনা মঙোন্দা ব্রহ্ম-জ্ঞান শোয়দনা পীবিরক্লগনি হায়না আশা তৌজখি। অদুবু, মতম অদুমক্তদা, শিষ্যদু লৈ হায়বা খঙজদবী মীনাইনুবী অমনা শুমজিৎ পায়রগা গুরুদুনা লৈরিবা আশ্রমদু ব্রাইশীৎপদা শিষ্যদুগী মথক্তা উফুল তাখিরম্মী। শিষ্যদুদি য়াম্না শেংনা ঈরুজথোক্লগা আশ্রমদুদা লাকচবনিনা উফুলনা মহাক্কী হকচাঙ

মোৎহনবদুদা য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না মীনাইনুবীদুদা য়াম্না শাউনা খু খু কামদুনা য়েংলম্মী, অদুগা মীনাইনুবীদুনা মহাক্কী মতৌদু য়েংবদা য়াম্না কিরম্মী। গুরুদুনা দৃশ্য পূম্বদু মুন্না য়েংলম্মী। গুরুদুনা শিষ্যদুদা হায়রকখিঃ "নহাক ব্রহ্ম-জ্ঞান ফংবা য়াহৈরোই , মতীক চাদ্রি। মীনাইনুবীদুনা করিমতা খঙজদনা নহাক্কী নথক্তা উফুল খজিকখক তাহনখিবগীদমক্তা নহাক্না মহাকপু য়াম্না শাউখি ; অদুগা মদুদা খাঙবা ফাওবা ঙমজদবা নুপা অমদা ঐনা করম্না ব্রহ্ম-জ্ঞান পীগনি? চৎলো, অদুগা চহি অমমুক হেন্না সাধনা তৌরুখো।"

অনীশুবা চহি অদু লোইরকপদসু শিষ্য অদুনা মহাক্কী গুরুদুগী আশ্রমদা অমুক লাক্লম্মী। হন্দকমুক্তি গুরুদুনা হায়বা মতুংইন্না মীনাইনুবীদুনা ৱাইশিংপদা অমুক হন্না শিষ্যদুগী মথক্তা উফুল ময়াম অমা তাহল্লম্মী। হন্দক্তী শিষ্য অদুনা য়েংথীবগা লোয়ননা য়াম্না শাউরম্মী অদুগা মীনাইনুবীদু ফুগে হায়দুনা ফাওবা মনাক্তা চঙশিল্লম্মী, অদুমকপু মহাক্কী গুরুদুগী মায়য়েংলগা মহাকপু ফুবমক্তি ফুবিখিদে।

শিষ্য অদুনা গুরুদুগী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী অদুগা খুরুম্লম্মী। গুরুদুনা মঙোন্দা হায়রকখিঃ "নহাক হৌজিকফাওবা ব্রহ্ম-জ্ঞান ফংবা য়াবা মীশক অমা ওইদ্রি। হৌখিবা চহিদনা নহাক্না লিলগী মগুনশিং উৎলম্মী, অদুগা হৌজিক্না হুইগী গুনশিং উৎলি। চৎলো, চহি অমগী মতুংদা অমুক শাগী গুণশিং থাদোক্লগা লাকউ।"

অহুমশুবা চহিদু লোইরকপদদি শিষ্য অদুনা শেংনা

ঈরুজথোক্লগা আশ্রমদুনা অমুক হন্না চঙলক্লম্মী। হন্দকমুকসু গুরুদুনা হায়বা মতুংইন্না মীনাইনুবীদুনা শিষ্যদুগী মথক্তা অমোৎপা ঈশিং খরমুক হৈথরম্মী। শিষ্যদুনা জ্ঞান য়াম্না তানা মীনাইনুবীদুদা খুরুম্লম্মী অদুগা হায়জরকখিঃ "ইমা! ঐনা ইমাবু খুরুমজরি। ঐনা খাঙকনবগী থৌনা অমদি অথোইবা ধর্ম্ম ফংনবা হোৎনবদা ইমানা ঐহাকপু য়াম্না তেংবাঙবিখ্রে। হৌজিক্তী ঐহাক গুরুগী থৌজাল শোয়দনা ফংলগনি। ঐনা ইমাদা মতম পুম্বগী ওইনা তৌবীমল-খঙবা উচ্চগনি।"

শিষ্যদুনা গুরুদুগী মমাংদা খোঙ-খুৎ তিংথোক্নুনা হেক খুরুম্বগা, গুরুদুনা য়াম্না নুংশিনা তাকপিরকখিঃ "ইচানুপা! হৌজিক্তী নহাক ব্রহ্ম-জ্ঞান ফংবা য়ারে।"



## থৌজালগী খুদোলশিং

নোংমা যীশুনা সহর অমগী সোড়োক্তা খোঙনা অসুম চৎলম্মী। সহরদুগী লৈত-লায়রবা মীশিংনা মী কৃঙনা তাবা মফম অমদা লৈরম্মী। মথোক কারক্লীবা পাখঙ অমনা য়াম্লা ঙাওদুনা মফমদুদা লৈবা থূনাম-নাঙৈঙে মরক্তা থরো থরো ওল্লগা লৈরম্মী। যীশুনা মদু উরম্মী। মহাক্লা পাখঙদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ফম্লম্মী অদুগা মহাকপু হৌগৎপীরম্মী। পাখঙ অদুনা মমীৎ হেক পাঙথোক্লকপদা যীশুবু উরম্মী। যীশুনা মঙোন্দা হংলম্মীঃ "ইচানুপা! নহাক্লা য়ু থক্লগা নহাক্কী মমল য়াম্লবা যৌবনগী মতম অসিবু অরেম্বদা মাঙহল্লিবা করিগীনো?" য়ু-ঙাওবা পাখঙ অদুনা খুম্লক্লম্মী, "প্রভু, ঐহাক মতম অমদা কুষ্ঠী লাইথুং পকপা মী অমা ওইরম্বনি। অদুবু ইবুংঙো নহাক্লা ঐহাক্কী লাইথুংদু ফহনবীখি। হৌজিক্তি ঐহাক য়ু থকপা নত্তনা করিদি তৌগনি?" মদু তাবদা যীশু সোর মপী হোল্লম্মী অদুগা চৎখি।

অতোপ্লা সহরদুগী মফম অমদনা অমুক নুপা অমনা য়াম্লা ফজখ্রবী লৈশাবী অমবু ফাগে হায়দুনা কোয়তান তান্নরম্মী। যীশুনা

নুপাদু ফারম্মী অদুগা মঙোন্দা হংলম্মীঃ“ইচানুপা ! নহাক্না অসিগুম্বা পাপকী থবক অসি তৌরগা নহাক্কী হকচাঙবু করিগী মাংথোক্লিবনো?” নুপা অদুনা খুম্লকখিঃ ‘প্রভু, ঐহাক থাঙ্গৈশেংনমক্কী মীৎতাঙবা মী অমা ওইরম্মী। ইবুংঙো নহাক্না ঐগী মীৎশিংসে উহনবীখিবনি। হৌজিক্তি ফজ-ফজরবী নুপী ফাগে তান্নবগুম্বা নত্তনা ঐহাক্না করিদি তৌগনি?” যীশু ৱা করিমতা ঙাঙলমদনা চৎখি।

ঐখোয়না খুদোংথীবা অমদি অৱাবা তারবা মতমদা ঈশ্বরদা থৌজাল পীবিয়ু হায়জে। অদুবু, ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু নুংশিবদগী নত্রগা নুংশিবীবদগী ঐখোয়গী প্রার্থনাগী পাউখুম(মহৈ) চপ চানা পীবীরক্লবা মতুংদদি ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু কাউথোকই অদুগা ঐখোয়গী হান্নগী ইশাগী ওইজবা থিবা পূক্সীদা অমুক হেক্তা হঞ্জল্লকই। ঙাইহাক্কী হকচাঙগী নুংঙাইবা থিবদা শাগী লমচৎ হেক্তা চৎলকই। ঈশ্বরনাঐখোয়বুথৌজালবীরকপগীদমক্তা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা তৌবীমল উত্তবা হায়বা অসি মহাপাপকী মশক্নি। মহাপাপ অসিবু তৌদনবা ঐখোয় ইশা ইশানা চেকশিঞ্জফম থোকই।



# হকচাঙ অমসুং আত্মা

শোক্ল-পন্নয়াদবা নুপা অমনা কনাগুম্বা মশক নাইবা গুরু অমগী মনাক্তা অসুম অসুম চঙশিল্লকপা মতমদা গুরুদুনা হায়রক্লম্মীঃ"হে নুপা ! চৎথোকখো, চৎথোকখো, নহাক চঙশিল্লক্কনু।" শোক্ল-পান্নয়াদবা নুপা অদুনা হংলকখিঃ "অদোম্না ননাক্তগী চৎথোকখিবা পাম্বীরিবসিবু হকচাঙসিবুরা ? হকচাঙদি আত্মা য়াওদনা লেঙ-ওৎপা ঙমদে। নহাক্কী লেঙ-ওৎপা ঙমদবা হকচাঙ অদুনা ঐগী লেঙ-ওৎপা ঙমদবা হকচাঙ অসিদা চখোকখ্রো হায়বগী করি হক লৈবগে? নত্রগা নহাক্না পাল্লীবসিবু ঐগী আত্মা অসিবু চৎথোকখ্রো হায়রিব্রা ? ঐঙোন্দা লৈরিবা আত্মাগা নঙোন্দা লৈরিবা আত্মাগা অমতনি, খেন্নদে। নহাক্কী ননাক্তগী চৎথোকহনখিবা পামলিবসি করিগীনো ? মখোয় অনী হকচাঙ অমসুং আত্মাগী মরমদা মরৈ য়েৎনরম্মী। মমৈথংদদি গুরু অদুনা আত্মাগী মুলতত্ত্ব খঙবা নুপা অদু ভগবান মশামক নত্তনা অতোপ্পা মীশক অমা ওইরম্নরোই হায়না খঙলক্লম্মী, অদুগা নুপা অদুদা দণ্ডবৎ তৌরগা খুরুম্লম্মী। মীৎকূপ অদুমক্তদা শিব মহাদেবনা মশামক্কী শকফম অদু ফোঙদোক্লক্লম্মী, অদুগা গুরুদুদা হায়রকখিঃ "নহাক্কী নপূক্লীংদা লৈরিবা অরানবা ৱাখল অদু কোক্লনবা হায়দুনা ঐহাক ইশামক্না শোক্ল-পন্ন-য়াদবা নুপা অমগী শওং মান্নবা শাজিন্নখিবনি।"



## কৰ্ম্ম ফল

মচানুপা অমখক্তা পোকচবী লুখ্রাবী -অমনা নক্লুবা খুঙ্গং অমদা হোংদুনা লৈরুরগে হায়দুনা মচানুপা অদু পুরগা খুঙ্গংদু য়ৌনবা চৎলম্মী। লম্বীদা, উমং অমা ফাওদুনা চৎপা মতমদা, মহাক্না মচানুপাদু মতম্বাক্তা হীপহল্লগা উপাম্বী অমগী মখাদা পোথারম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মচানুপা অদুনা খোল য়াক্না কপ-লাউরক্লম্মী; অদুগা থম্মোয় শোক্না কপ্লকখি। মমাদুনা মুন্না য়েংলুবদা লিল খারৌ অমনা মচানুপাদু চীক্লম্লগা মখুলদা চংখ্রে হায়বা খঙলক্লম্মী। মীৎকূপ খরগী মতুংদা মচানুপাদু শিখি। মহাক্কী অমখক্তা পোকচবা মচানুপা অদুনা শিখিবদুদা মমাদুনা উপায়লৈতবমখৈ তেংথারকখি।

লম্বীদুদা লাকপা লুটৱালা অমনা মমাদুনা তেংথাবদু তারম্মী অদুগা মহাক্কী মনাক্তা চঙলগা হংলম্মীঃ "ইমা ! করি তৌরে ?" মমাদুনা খুম্লকখিঃ "ঐহাক্কী অমখক্তা ঙাইজবা ইচানুপা অসে লিল অমনা চীকপদগী শিরে।" লুটৱালা অদুনা লিল মখুলদু তৌখায়রগা লিলদু হাৎকে হায়না তৌরকখি। নুপী লুখ্রাবী অদুনা লুটৱালা অদুগী মখুৎশিংদু পায়রগা খাম্লম্মী অদুগা লিলদুবু কনখৎলগা হায়রকখিঃ

"নুংশিরবা ইচানুপা , চানবীদুনা লিল-খারৌ অদু হাৎপীরুগনু। নহাক্না লিল অদু হাৎলগা ঐগী ইচানুপা অদু হিংগৎলক্করোই। জীব হাৎলবদি পাপ পুগনি।"

লুটৱালা অদুনা অমুক হায়রক্লম্মীঃ "শিনবগী মরম ওইরিবা লিল অদুনা নোংমদি মফমসিদা লাকপা অতোপ্পা মীবুসু চীক্লবা য়াই। হু-চেনবা জীবশিংবু হাৎপা হায়বসে ঐগী ইথৌনি।" নুপী অদুনা হায়রকখিঃ "ইচানুপা ! লিল-খারৌ অদুনা ঐগী ইচানুপা চীকখিবসে বিধিনা তম্লকপননি। মহাক্না শিখিবসিসু মহাক মশামক্না তৌখিবা কর্ম্মগী ফলননি। নহালপোক্তা ইচানুপা অসিনা লিল অদু হাৎখিবনা মরম ওইদুনা হন্দকপোক্তা লিলসিনা ইচানুপাবু হাৎলবনি। কনামতনা মহাক মশানা তৌখিবা কর্ম্মগী ফলদগী নাম্থোক্কুনা চেনবা ঙম্লোই।



## তাইবং মেলা

থায়না মমাঙঙৈদা নিংথৌ অমনা য়াম্না নুংঙাইনঙাই ওইবা মেলা অমা পাঙথোক্লম্মী। মহাক্না মেলা অদুদা মখল মথেলগী পোৎ জাৎ জাৎ পুথোক্লম্মী। মী পূম্নমক্না হরাও হরাওনা মেলা য়েংবা লাক্লম্মী। মেলা মনুংদা চঙবগী অচঙমল পীবগী দরকারসু ওইহনখিদে। নিংথৌ অদুনা অতোপ্পা ৱা অমসু লাউথোক্লম্মীঃ "মীয়াম্না লেম্না মেলা য়েংবতা নত্তনা মখোয়না অপাম-অপাম্বা পোৎশিংসু মেলাদুদগী লেম্না লৌখিবা য়াগনি।" মশাগী অতাবী ওইনা নুপা, নুপী অমসুং অঙাংশিং য়াম্না মেলাদুদা লাকখি, অদুগা য়াম্না মিহৌচাওবা পুকচেলগা লোয়ননা মখোয় মখোয়না পুবা ঙম্বা পোৎশিং ময়াম অমা পুর-পুরগা চৎনখি। মীশিংনা নুংঙাইনা লাকখিবা অমদি চৎখিবদু উরগা নিংথৌদুনা অসুক্কী মতীক নুংঙাইজরম্মী; অদুবু খুদক্কুদা নিংথৌদুনা নহা ওইরিবী লৈশাবী অমনা য়াম্না অখাঙকন্না মেলাদুগী কাচিন-কোইয়া থুংনা চৎলম্লগা করিমতা পুদনা চৎখিগদবদু উরম্মী। অদুম ওইনমক লৈশাবী অদু য়াম্না নুংঙাইবা অমসুং শান্তিগী শকফমদা অদুম লৈরম্মী। নিংথৌ

অদুনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লগা তপ্পা হায়রকখিঃ "ইবেম্মা ! নহাকপু করি তৌরবগে ? মেলাসিদা নহাক্কী অপাম্বা পোৎ অমতা য়াওদ্রবরনে? নহাক্না মেলাসিবু পামদবজাৎলা? ঐনা মরমদু খঙজবা য়ারোইদ্রা ?" লৈশাবী অদুনা চীংলেম্না ফজনা পাউখুম পীরক্লম্মীঃ "ও ঃ ইনিংথৌ ! মেলা অসি থাঙ্গৈশেংনমক মহামেলা অমনি । মসিদগী হেন্না মখল মথেলগী পোৎ জাৎ জাৎ উৎপা অতোপ্পা মেলা অমা লৈররোই। তশেংনমক পোৎ খুদিংমক লোইনা ফজৈ।" নিংথৌদুনা হংলক্লম্মীঃ " অদুওইরবদি নহাক্না মেলাসিদগী অপাম্বা পোৎ অমখক্তং নত্রগা অনীখক্তং ওইরবসু লৌদ্রিবসে করি মরমগীনো?" লৈশাবীদুনা খুম্লক্লম্মীঃ " ওঃ ইনিংথৌ ! অপাম্বগী ঙমখৈ কদাইদনো? মরমদুনা ঐহাক করিমতা পামজদে।" নিংথৌদুনা হায়রক্লম্মীঃ "ও ঃ হৌনখঙবী ইবেম্মা ! করিগুম্বা অমখক্তদি হায়য়ু, অদুগা মদু নহাক্কী ওইহঞ্জগে।" লৈশাবী অদুনা নীংজিং-মাঙজিংননা মোমোন-মোমোন নোক্লগা হায়রকখিঃ "ঐগী অপাম্বা অসিনা ভাবনা শাগৎপা মরিং-মরাংবা ব়াখল অমা ওইরম্লবদি ইনিংথৌনা ইনিংথৌগী ব়া অদু ঙাক্না চৎপীবা ঙম্বীগদ্রা?" নিংথৌদুনা খুম্লকখিঃ "শোয়দনা ঙমগনি, ইবেম্মা !" লৈশাবীদুনা হায়রক্লম্মীঃ "ঐহাক্না ইনিংথৌখক্তবু পামজরবদি ...।" মহাক্না হায়দোকখিবা ব়াগী মতুংইন্না নিংথৌদুনা লৈশাবীদুবু মহাক্কী মহারানী ওইনা লৌখি।
হৌজিক্তি নিংথৌগী নুপা ওইরবামীনা মেলাদা পুথোৎলক্লাবা পোৎ পম্লমক মতাক্কী ওইখি। বাবা অসিগী নং গী অর্থ করিবনো ?

মখল মথেলগী পোৎ জাৎ জাৎ লোইবা খল্বা নাইদবমখৈ লৈরিবা ফজখ্রবা মালেম অসি তাইবং মেলানি। ঈশ্বরনা নিংথৌদুনি অদুগা তাইবং মেলাগী মপুনি। মালেমসিদা লৈরিবা মীয়াম পূম্নমক্না তাইবং মেলাদা অচঙমল পীদনা লেম্না চঙলকই অদুগা মখোয়না লৌবা ঙম্বা পোৎ মখৈ লৌদুনা নুংঙাইথোকই অদুবু মালেমসিগী পোৎশিংবুদি পামজদবা অদুগা পোৎশিংদুগী মপুদুখক্তবুদি পামজবা মী খরদি লৈ। ৱারীসিদা য়াওরিবা লৈশাবী অসিনা অসিগুম্বা অতাংবা মী খরসিগী মীহুৎনি।

পূম্নমক ফংননবগীদমক্তা ঈশ্বরদা হায়জৌ।



## ঈশ্বরনা মাগী ভক্তবু কনবী

অকবরগী মতমদা সেনা কৌবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত অমা লৈরম্মী। মহাক অকবরগী মতীক চাবা মাইবা অমা ওইরম্মী। অয়ুক খুদিংগী পুং ৭ তাবা মতমদা মহাক্না কোনুং য়ৌনবা চৎলম্মী, অদুগা সম্রাট অকবরগী হকচাঙবু থাউ তৈর-তৈরগা নোইরম্মী। মহাক য়াম্না হরাও-তয়াম্বা মীওই অমা ওইরম্মী, অদুগা মাগী থবকসু চীংলেম্না য়াম্না ফজনা অমদি তৌনীংনা তৌরম্মী। মহাক্না মত ম পূম্বদা মতম চানা অমদি চাং-নাইনা সম্রাটকী হকচাঙ নোইবা লাক্লম্মী।

সেনানা অয়ুক খুদিং ঙন্না ঙ ন্না হৌগৎলগা ঈরুজথোকই অদুগা মহাক্কী অপীকপা কা অদুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী পূজা লোইরগা মহাক্না কোনুংদা চৎলম্মী।

নোংমাদি মহাক শ্রীভগবান পূজা তৌরম্বদগী সমাধিদা লূপ্তুনা লৈখি অদুগা মতমগী খোঙজেলবু কাউথোকখিরম্মী। বাঁশী খোংদুনা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম অদুদা মহাক্না হীরী-কোন্দুনা লৈথোকখিরম্মী। মহাকপু সম্রাটনা চৈরাক শোয়দনা পীবীরগনি হায়বসে খঙলবসু মহাক্কী নুপীনা মপুরোইবগী হীরী-কোল্লীবদুবু থূগায়রুবগী থৌনা লৈজখিদে।

চৈরক্তুদা, কোনুংগী মনুংদা মনুং-ওইবা কা অমদা মহৌশাগী মহৌশাগুম, অকবরবু সেনানা হকচাঙ নোইরম্মী। সম্রাটনা য়াম্না নুংশিনা হায়রকখিঃ "সেনা, নহাক্না ঙসিদি থোইদোক হেন্দোক্না ফজনা নহাক্কী নথৌ তৌইনে, ঐহাক শান্তি অমসুং নুংঙাইবা য়াম্না ফংলে। ঐহাক হৌজিক মপূংফানা পোত্থারে, অদুগা হকচাঙগী অনাবা পুম্নমক্সু কোক্লে। থাঙ্গেশেংনমক নহাক্কী খুৎ-ছাশিং অসি লাইগী খুৎ-ছাশিংগুম ওইরে।" অকবরনা ৱহৈশিংদু হায়রল্লগা মকোক নোন্থরকপদদি মাইবগী মশক অদু থাউগী তেঙ্গোৎ অদুদা মমি তারম্মী। মমি অদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী য়ৌনা ফজরবা শক্তমদু ওইরম্মী। মহাক্না মদু থাজরমখিদে। মাইবা অদুবু মশক খঙগে হায়দুনা অকবরনা মকোক হাইগৎলকপা মতমদদি মাইবা অদু লৈরমখিদে। সেনাগী মহুৎ শীন্দুনা হকচাঙ নোইথ্রিবা মাইবা অদু অতৈ কনাসু ওইখিদে, ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক ওইরম্মী।

মসিগী ৱারীসিদগী ঐখোয়না করি খঙবা ঙমই ? ঈশ্বরনা মহাক্কী ভক্তশিংবু মতম পুম্বদা থাদোক্তে। ঈশ্বরদা থম্মোয় পুম্না কত্থোক্লবা ভক্তশিংবু মখোয়গী অৱা-অনাদগী কনবীনবা ইবুংঙো। মহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা শেম-শাদুনা লৈ।

) ) )

## চাংয়েং

প্রহ্লাদ শ্রী বিষ্ণু নরায়নগী অচানবা ভক্ত অমা ওইখিবতা নত্তনা  ধর্ম্ম য়াম্না লৈবা নিংথৌ অমসু ওইখি। নিংথৌশিংগী মরক্তগীসু মহাক্না খ্বাইদগী অফবা নিংথৌ অমা ওইখি। মঙোন্দা থৌজানবীয়ু, খুদোল পীবিয়ু নত্রগা মতেং পীবিয়ু হায়দুনা লাকখিবা মী খুদিংগা মহাক্না য়াখিদবা য়াওখিদে।

নোংমদি ইন্দ্রদেবনা প্রহ্লাদবু চাংয়েংগে হায়দুনা শক লোৎলগা ব্রাহ্মণ শাদুনা মহাক্কী মনাক্তা লাকখি। প্রহ্লাদনা ব্রাহ্মণদুদা ইকাইখুম্নবা উংলম্মী অদুগা হংজরম্মী, "ঐঙোন্দগী করি পাম্বীবগে ? ঐনা মতৌ করম তৌরগা ব্রাহ্মণ অমবু পেলহনবা ঙমগদগে ?" ব্রাহ্মণ অদুনা হায়রক্লম্মীঃ "ওঃ মহারাজ ! নহাক্কী অফবা নগুণ (লমচৎ) অদু ঐঙোন্দা পীবিয়ু। মদুমক্তি  ঐহাক্না ইনিংথৌদগী পামজরিবসে ।" প্রহ্লাদনা হায়রকখিঃ "অদোম্না মদুবু পাম্বীরবদি লৌবিরো। অদোমগী অনীংবা আশা অদু থুংবীরো ।ঐনা ঐগী ইগুণ অদু অদোমদা পীজরবনি।" ব্রাহ্মণ অদু কোনুং থাদোক্লুনা নুংঙাইনা চৎখিরম্মী। মহাক্না হেক চৎখিবগা শুক্ষ্মৎনবগী মশক ওইনা ফজরবা নহা অমা কোনুংদগী থোরকপা নিংথৌ প্রহ্লাদনা

উরম্মী, অদুগা মঙোন্দা হংলম্মীঃ "মহাশয় ! নহাকপু কনানো? "
নহা অদুনা খুল্লক্লম্মীঃ "ঐহাক **'মিংচৎ'** নি। নহাক্কী অফবা গুণনা
নহাকপু থাদোক্তুনা চৎখিবনা মরম ওইদুনা ঐহাকসু নহাক্কা
লৈমীন্নবা ঙম্লরোই, ঐহাক চৎলগে " প্রহলাদনা মহাক্লা চৎলগে
হায়বদু য়াবীখি।

মীৎকৃপ খরগী মতুংদা, অতোপ্পা চুং-ফিরান চানা ফজবা
নুপা অমসু কোনুংদুদগী থোরকপা উরম্মী। প্রহলাদনা হংলম্মীঃ
" নহাকপু কনানো হায়বা ঐহাক্লা ফজনা খঙজবা য়াগদ্রা?" নুপা
অদুনা খুল্লক্লম্মীঃ "ঐহাক **'থৌনা'নি'**। গুণ অমদি মিংচৎ য়াওদনা
ঐহাক্লা মতৌ করম্না নহাক্কা লৈমীন্নগদৌরিবনো ? মরমদুনা ঐহাক
চৎলগে?" প্রহলাদনা মহাকপুসু চৎহনখি। মদুগী মতুংদা থুনমক
শুস্কাৎনবগী মশক ওইরবী নুপী অমসু অথুবা খোঙথাঙ থাঙদুনা
কোনুংদগী থোরকলম্মী। প্রহলাদনা মঙোন্দা হংলম্মীঃ "ইমা!
নহাকপু কনা ওইবীরবনো? ঐহাক্লা ইমাবু খঙজবা য়াগদ্রা ?"
নুপীদুনা খুল্লক্লম্মীঃ " ঐহাক লৈবাক অসিবু ঙাকশেন্দুনা লৈরিবী
লাইরেম্বী রাজলক্ষমিনি। ঐহাক্লা গুণ, মিংচৎ অমসুং থৌনা য়াওদনা
মফম অসিদা লৈবা ঙম্লরোই। মরমদুনা ঐহাক অতোপ্পা মফম অমদা
চৎলগে।" প্রহলাদনা মহাকপুসু চৎহনখি।

অদুদগীদি নুপী অমসু মমীত্তা মপি চদুম চদুম তারগা থোক্লকপা
উরম্মী। প্রহলাদনা নুপী অদুগী মনাক্তা চেনশিল্লম্মী অদুগা হংজরম্মীঃ
"ইমা! নহাকপু কনানো ?" নুপীদুনা খুল্লকখিঃ "ইচানুপা ! ঐহাক

ধর্ম্মগী লাইরেম্বীনি । ঐনা মিংচৎ, গুণ, থৌনা অমদি রাজলক্ষমি য়াওদনা লৈবা ঙম্লোই। মখোয়না লৈতবা মফমদা ঐগী লৈফম লৈতে। রাজলক্ষমি ফাওবনা নহাকপু থাদোক্তুনা চৎখ্রে।" প্রহ্লাদনা ধর্ম্ম-লাইরেম্বীগী মখোঙদা তুরম্মী অদুগা হায়জরকখিঃ " ইমা ! নচাদি গুণ, মিংচৎ, থৌনা অমদি রাজলক্ষমি য়াওদনা লৈবা ঙমগনি, অদুবু ইমা ধর্ম্ম-লাইরেম্বী য়াওদনদি ঐহাক লৈবা ঙম্লোই। মতৌ করম্না ঐহাক ইমাবু অতোপ্পা মফম অমদা থাদোকপা ঙমগদৌরিবনো ? ধর্ম্মবু ঙাকশেন্দুনা থম্লগা য়োকখৎপীবা হায়বা অসি নিংথৌ অমগী মথৌনি। ধর্ম্মতনা মালেম পূম্বগী য়ুম্ফম ওইগদবনি। চানবীদুনা ঐগা লৈমীন্নসি। ইমা ! ঐবু থদোকপীনু।" প্রহ্লাদগী ৱাদু তাবদা ধর্ম্ম লাইরেম্বীদু মথম্মোয় পেৎথখি; অদুগা মহাক্না প্রহ্লাদগা অদুম লৈমীন্নবদু য়াবিখি। অতৈ কোনুং থাদোক্তুনা চৎখিবা পূম্নমক কোনুংদা অমুক হল্লক্লম্মী অদুগা প্রহ্লাদদা হায়জরকখিঃ " ঐখোয়সু ধর্ম্ম-লাইরেম্বী য়াওদনদি লৈবা ঙম্লোই। মরমদুনা ঐখোয় অমুক মহারাজগা লৈমীন্নজরগে।" ধর্ম্মগী শাজেল শান্নরগতা ফংখিবা প্রহ্লাদগী অথোইবা মতীক-মগুণ অদুবু মালেমসিদা খুদম পীদুনা তাক্কে হায়বগীদমক্তা ইন্দ্রদেবনা প্রহ্লাদবু চাংয়েংখি ।



## শঙ্গোম অমসুং ঈ

নোংমা খোঙচৎ অমদা গুরু নানক্না শাগৈ-জাৎ য়াম্না হন্থনা পোকপা অমদি য়াম্না লায়রবা উশুবা নুপা অমগী য়ুমদা পুং খরগী ওইনা পল্লম্মী। উশুবা অদুগী মমিংদি ভাই লালো হায়না খঙনরম্মী। গুরু নানক্না ময়ুমদা ঙাইহাক্তুং পল্লবা অদুদা লালোনা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। মহাক্না গুরুগী চান-থক্লবগীদমক্তা লৈজবা খরদং ওইরবসু পূকচেলশেংনা শীল্লাঙজরম্মী । মতম অদুমক্তদা লালোখোয়গী মনাক্তা লৈবা য়াম্না ঈনাক-খুনবা মালিক ভাগোনসু গুরুবু মাগীদা চাক চাবীরনবা হায়জরম্মী। গুরুনা মহাক্না হায়জবদু য়াবীখিদে। ভাগো য়াম্না নীংবকায়রম্মী, অদুগা চাক চাবীয়ু য়াদবগী মরমদু পীবিয়ু হায়দুনা মহাক্না গুরুদা কন্না তকশিল্লম্মী। অদুদগীদি গুরুনা অনীমক্কী অচাপোৎশিংদু পুহল্লক্লগা মাগী খূৎ অমনা লালোগী অচম্বা তল অদুগা অতোপ্পা খূৎ অদুনা ভাগোনা পীজগদবা অহাউবা চীঞ্জাক অদু কন্না পায়শল্লগা শুমথরম্মী। গুরুনা লালোগী তলদগীনা শঙ্গোম অদুগা ভাগোগী অহাউবা চীঞ্জাক্কুদগীনা ঈ শুমথরকখি। মতৌ অসুম তৌদুনা লালোগী চীঞ্জাক্কী থম্মোয় শেংনা তানবনি, অদুগা ভাগোগী চীঞ্জাক্কী অতোপ্পশিংবু কিহল্লগা অমদি ওৎ-নৈরগা তানবনি হায়বদু গুরুনা খুদম পীরগা শেংনা উৎখি।



# মপানা তৌবদৌনা মচাসু

য়াম্না ঈনাকখুল্লবা লল্লোনবা নুপা অমগী মচানুপা অমখক্তং লৈরম্মী। মচাদুনা চহি মঙা হেক শুরকপা মতমদা মমাদু লৈখিদে। মপানা মমাসু মপাসু শক্লগা মচাবু য়াম্না নুংশিনা য়োকপী থাকপীরম্মী। মপানা মচাবু লাইরিক নীংথিনা তমহন্দুনা মী অমা ওইহল্লম্মী, অদুগা য়াম্না মশক ফজরবী লৈশাবী অমগা লুহোংবীরম্মী ।

মমৌনুপীদুনা মকুবোক্কা লৈমীন্নবদা য়াম্না নুংঙাইজরমখিদে, অমসুং শাউনীংঙ্মী। মহাক্না মকুবোকপু মতৈ-মনাওগী নীংতম্বা থুগায়রে হায়না লৌরম্মী। মকুবোক্কী লন-থুম, সম্পত্তি পূম্বা লৌশিন্নবা মহাক্না মপুরোইববু য়াম্না হৈশিংনা থেমলম্মী। মপুরোইবনদি অসুম্না হায়খি ঃ "করিমতা ৱাগনু, নুংশিবী ! ঐহাকসে ইপাগী অমখক্তা ঙাইবা মচানি, সম্পত্তি পূম্বগী অমতা ঙাইবা মপুনি।" মদু হায়রবফাওবদা নুপী অদু তুমিন্না লৈবা ঙমখিদে। নুমিৎ খুদিংগী অরেপ্পা লৈতনা মপুরোইবদা ৱাফমদুগী মরীদা কন্না কন্না তকশিল্মল্লম্মী।

নোংমদি নুপীনা তকশিল্মল্লকপদগী মচানুপাদুনা মপাদা হায়রকখিঃ " বাবা, বাবাদি হৌজিক অহল য়াম্না ওইশিল্লক্লেদো !

লন-থুম, সম্পত্তি ময়াম অসিগী শীল্লাঙবা অমদি হিসাব-পুসাব তৌবা ৱারগনি। পুম্নমকসে নচাদা শীন্নবীবনা হেন্ন ফরোইদ্র ?" সংসারগী চৎনবী নীংথিনা খঙলবা মপাদুনা মচাগী ৱাফমদু য়ারম্মী, অদুগা মচাদা মখোয়গী লন-থুম, সম্পত্তিগা মরী লৈনবা চে-চাংশিংদু য়োৎকী উপুশিংগী সোশিংগা লোইননা শীন্নরম্মী।

থা অনীগী মতুংদা মমৌ নুপী অদুনা মতম অয়াম্বদা লোকখূগল্লিবা অমদি হাকথীখনগল্লিবা অহল ওইরবা মকুবোকপু য়ুমদুদা লৈহন্নীংঙকখিদ্রে। নোংমদি মহাক্না মপুরোইবদা হায়রকখিঃ "ঐগী নুংশিরবা ইবুংঙো! ঐহাক য়াম্না থুনা অঙাং অমা পোক্লগনি। ইকুবোক্না লৈরিবা মমাংগী কা অসি য়াম্না দরকার ওইরে, মসিদা ঐহাক অঙাং পোক্কে। নহাক্না ইকুবোক্কীদমক্তা ইনা কুপ্পা খাংপোকশঙ মচা অমা মনীংগী লমহাংসিদা য়াম্না থুনা শাবীয়ু।" নুপাদুনা মাগী নুপীদুবু শিংই হায়না লৌখি; মরমদুনা মহাক্না মহাক্কী নুপীদুগী অনীংবশিংদু থুংহনবীখি। মমৌনুপীদুনা হনুবা মকুবোক্তুবু থৌওই-ৱাওইনা তৌবীরমখিদে, থীনা তৌবীরম্মী অদুগা চাকসু নুংথিলগী অথেংবা মতমদা মখোয়না চাবা লোইরবা আ-মতুংদা লৈবাক্কী অমনবা কেগাম অমদা পীজে।

অফবা নুমিৎ অমদা মখোয়গী মচানুপা অমা পোকখি। অঙাংদু য়াম্না নুংশিবা, হৈশিংবা, মশা খীং খীং লাউবা মীশক অমা ওইনা হৌরকখি। মহাক্না মতম অয়াম্বদা মপুবোক্কা লৈমীন্নে। মপুবোক্কী ফাগি অমদি নুংঙাইবা ৱারীশিং তারগা মহাক্না য়াম্না হরাওজরম্মী অমসুং নুংঙাইজরম্মী। মমানা মাগী মপুবোক্তা চৎলিবা লীচৎ

শাজৎগী মওং অদু খল্লুরগা মহাক্না য়াম্না পেনখিদে, অদুগা মমাগী অকনবা থম্মোয়বু অমসুং মপানা মমাগী মখাপোন্না লৈবগী মতৌ অদুবৃসু মহাক্না পাল্লমখিদে।

নোংমা চাক চারবা মতুং নুংথিলদা মমা অমসুং মপানা পূং অমদগী হেন্না করিগুম্বা পোৎ অমা কোইথি থিরম্মী। অঙাংদুনা মপুবোক্কী মতম্বাক্তগী হৌগৎলগা মমা-মপাগী মনাক্তা চৎখিরম্মী। মচানুপাদুনা মপাদা হংলম্মীঃ "বাবা ! করিনো নখোয়না থিরিবদুবু ?" মপানা খুল্লক্লম্মীঃ "নপুবোক্কী চাক হাপ্লবা কেগাম অদুনি। হৌজিক য়াম্না থেংখ্রে, নপুবোকপু চাক পীজররোইদ্রা তৌরিসিবো ? কেগামদু নহাক উব্রা?" চহি মঙাদা ঙাইরিবা অঙাং অদুনা লৌনম মীনোক্কা লোয়ননা খুল্লক্লম্মীঃ "তশেংনমক কেগাম অদু ঐঙোন্দা লৈ। ঐনা মদু য়াম্না চেকশিন্না ঐগী উপুদা থমখ্রে।" মপানা য়াম্না শাউনা হায়রক্লম্মীঃ "করি? মদুগী লৈবাক্কী কেগামদু নহাক্কী উপুমনুংদা নহাক্না থমখ্রেবা! করিগীনো? লাও, মদু পুথোরকউ।" অঙাংদুনা খুল্লক্লম্মীঃ "নত্তে বাবা ! ঐনা মদু য়াম্না পাম্মী; ঐনা মদু তেক্ত-কায়দনা তুংগীদমক থমনীংই। ঐগী পুপুদৌনা নখোয়না অহল ওইরক্লগা চাক পীজনবা অসিগুম্বা কেগাম অসি মতমদুদা ঐনা ফংলক্তবা য়াই ....।" নহা ওইরিবা মপা-মমা অনী অদু ৱাঙাঙদনা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈখি। মখোয়গী অঙাংদুগী থম্মোয়দু খঙলক্লম্মী। মখোয়গী চৎখিবা লমচৎ-শাজত্তু খন্থরুরগা য়াম্না ঈকাইজরম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা মখোয়না অহল অদুবু য়াম্না নুংশিনা অমদি ঈকাইখুম্নগা য়েংশিনবা হৌখি।



# নোংশা অমসুং ককচেং

বর্মাগী ৱারী অমা লৈ। নোংমা উমংগী শা পুম্নমক শাশিংগী নিংথৌদা কাঙ্গৎ কাবা লাক্লরম্মী। ককচেং মচা অমসু শাশিংগী নিংথৌ নোংশা অদুদা ভক্তি কচ্চবা লাকচরম্মী। নোংশা নিংথৌনা ককচেং মচা অদুবু মাগী প্রজা অমা নত্তে হায়দুনা য়াম্না থীনা চৈরগা তান্থোকপীখিরম্মী। মহাক্কী মখা পোন্না লৈজরিবা প্রজা অমবু হৌনখঙদবা মওংদা য়াম্না থীনা তৌবীরকপা অদুদা ককচেং নিংথৌদু মথৱায় য়াম্না নুংঙাইরমখিদে। পাউ অদু হেক তাবমক্তদা ককচেং নিংথৌনা য়াম্না শাথীরবা তীল মচা অমা নোংশা নিংথৌদুগী মণাকোং মনুংদা লোন্না চঙলগা মরেং মরেং চৎহন্দুনা অমদি চীক্তুনা ওৎ- নৈরুরো হায়না থারম্মী।তীল মচা অদুনা নোংশাদুগী মণাকোং মনুংদা চঙলগা চীকপদা নাদুনা নোংশা নিংথৌনা লাউরক্লম্মী। মহাক্কী খোল্লাও অদু তাবদা শা পুম্নমক্না য়েক্লবদু থেংনরগে অদুগা মখোয়গী নিংথৌবু সেবা তৌজগে হায়দুনা চেনশিঞ্জরক্লম্মী, অদুবু চঙখ্রিবা তীল অদুবু মখোয়না ফংবা ঙমদবনিনা মখোয়গী উপায় অমতা লৈখিদে।

মমৈথংদদি নোংশা-নিংথৌ অদুনা ককচেং-নিংথৌদুদা য়াম্না

নোল্লুক্লা মাবু কনবিয়ু হায়জরক্লম্মী । অদুদগীদি ককচেং নিংথৌনা মহাক্কী প্রজা অমমুক থারগা নোংশাদুগী মণাকোং মনুংদগী তীল মচা অদু লৌথোকহনখি।

মতম অদুদগী হৌদুনা ককচেংশিংনা মখোয় মখোয়না লৈনীং - লৈনীংবা মফমদা লৈবা ফংবগী খুদোংচাবদু ফংজখি।



ছাত্রদুনা করিমতা পুরক্তনা য়ুমদা হল্লকপা অদুদা মপানা লফোই পুবক্ত্রুবদি কৈদৌরে হায়না মচানুপাদুদা হংলম্মী। মচানা খুম্লকখিঃ "বাবা, পুরকই, অদুবু লফোইশিংদু থবক্কী অশেংবা মহয়শিং ঙাক্তা ওইখ্রে।" মপানা মদুগী ব্বারীদু (মরমদু) তাবদা মচাদুবু মহাক্কী মতীক চাবা মচানি অমসুং মহাক্তা তৌজবা প্রার্থনা পূম্নমক্কী পাউখুম ঈশ্বরনা নুমিত্তুদগী পীনবিরে হায়দুনা মপূক্লীংদা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা মচানুপাবু হেন্না হেন্না নুশিরক্লম্মী, অদুগা মখোয় মপা-মচা অনী অমগা অমগা অসুক্কী মতীক য়াম্না হেন্না হেন্না নকশিন্নখি।



## কনাবু স্বর্গদা চৎহনগনি ?

মতম অমদা নুপা অহুমখক্না স্বর্গগী কোন্থোঙদা লাক্লম্মী। স্বর্গগী কোন্থোঙদা লৈরিবা সন্ত্রীশিংনা মখোয়দা হংলম্মীঃ "স্বর্গ চঙবা য়াননবা নখোয় নখোয়গী পৃক্সীদা করি করি থবক্তী তৌখ্রে ?" মখোয় অহুমগী মরক্তগী নুপা অমনা অসুম্না খুম্লকখিঃ "ঐহাক ধর্ম্মগী লাইরিক পুম্নমক হৈখ্রে, মরমদুনা ঐহাক স্বর্গ চঙননবগী গুণদু চেল্লবনি।" সন্ত্রীশিংদুনা হায়রকখিঃ " নহাক্না ধর্ম্মগী লাইরিকশিং চীন্‌ফা পুজবনি, অদুবু নহাক্কী নুতিগী পুক্সীদা লাইব্রা অমতং ফাওবা থবক্তা থবক ওইনা পাঙথোকখিদ্রি। থবক্তা থবক ওইনা পাঙথোক্তবা চুম্নগী ৱাহৈতগী ওইবা জ্ঞানদি করিশু কান্নদে। স্বর্গদা নহাক্কী নফম লৈতে। নহাক চৎখিবা য়ারনি।" অনীশুবা নুপা অদুনা অমুক হায়রক্লম্মীঃ "ঐহাক্কী যজ্ঞ অমসুং যোগ মখল চামা চামানা খুজিং ওইদুনা পাঙথোকখ্রে, অদুগা মদুদা ঐহাক্না অচৌবা মিংচৎ তানখ্রবনি। মরমদুনা ঐহাকপু স্বর্গদা চঙহনবিগদবনি।" সন্ত্রীশিংদুনা হায়রক্লম্মীঃ "নহাক্না পাঙথোকখ্রিবা যজ্ঞ অমদি যোগশিং অদুদি নশাগী ওইজবা য়েংদুনা পাঙথোকখিবা ঙাক্তনি। নহাকসু স্বর্গ চঙবা য়াদ্রি।" অহুমশুবা নুপা অদুনা য়াম্না

নোল্লুক্না হায়জরক্লক্সীঃ "ঐদি তোল্লবা লৌউবা মীশক অমা ওইনখক্তা লৈজবনি, অদুগা ঐহাক্না লম্বীদা চৎথোক-চৎশিন তৌরিবা মীওইশিংদা পীজ- পীথক তৌজৈ. অদুগা অমুকসু দরকার লৈবা মতম মতমদা মখোয়দা চঙজফমসু পী। মতৌ অসুম তৌদুনা ঐনা মতম মতমদুগী ঐগী লৈজবা খরদু অতোপ্পা মীশিংদুগা য়েন্নদুনা চামিন-থকমিন্নে, অমসুং শীজন্নমিন্নে।ঐগী তাঞ্জরকপশিংদু অতোপ্পা মীশিংগা শীজিন্নমিন্ননবগীদমক্তা শেম শারগা লৈজবদুনা ঐগী পুন্সীগী নিয়ম অমসুং ধর্ম্ম-কর্ম্ম ওইহল্লি। মসিনা ঐগী চেকশিন্না ঙাকচরিবা অমতা ঙায়রবা সাধনানি।" সন্ত্রীশিংদুনা হায়রকখিঃ"নহাক্তী স্বর্গ চঙবা য়ারে।"

ৱারীসিনা অচুম্বদু শেংনা তাকইঃ লাইরিক্কী জ্ঞাননা নত্রগা ধর্ম্ম-কর্ম্মশিংনা মরম ওইরগা ঐখোয়না স্বর্গ ফংবা ঙম্লোই। অতোপ্পা মীশিংগী নুংঙাইনবগীদমক্তা কখোকপখক্তনা মরম ওইরগা ঐখোয়না স্বর্গ চঙবা য়াগনি।



# লৈফম অমসুং সঙ্গ

মমাঙঙৈদা শাদানবা নুপা অমনা ফজখ্রবা তেনৱা অনীখক ফারম্মী। মহাক্না তেনৱা অমদি শা হাৎলগা য়োনবা নুপা অমদা য়োল্লম্মী, অদুগা অতোপ্পা তেনৱা অদুবুনা শ্রীহরিবু নীংবা হরিদাস অমদা য়োল্লম্মী। থা তরুক্কী মতুংদা শাদানবা নুপা অদুনা অসূম চৎথোক্লক্কপদা শা য়োনবা নুপা অদুগী দুকান মচা অদু উবম্মী। মহাক্না য়োনখিবা তেনৱা অদুবু হেক নীশিংলক্কুনা শা-দুকান অদুগী মনুংদা চঙশিল্লম্মী, অদুগা ইনক -হেক-নক্লনা লৈরম্বা তেনৱা অদুনা অয়াকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা "ফারো, হাৎলো, মতূপ মতূপ কক্লো, মচেৎ মচেৎ লৌরো" হায়না হায়রকপা তারম্মী। শাদানবা নুপা অদুনা তেনৱাদুগী ৱাহৈশিংদুগী মরমদা খল্ল-খল্লগা শা-দুকান্দু থাদোক্কুনা চৎখি। অদুদগীদি মহাক্না অতোপ্পা তেনৱা অদুগী মরমদসু য়াম্না খঙনীংবা অমা পোক্লক্লম্মী।মরমদুনা মহাক্না হরিদাসগী লৈফমদা চৎলম্মী। শারংদা লৈরিবা মঙোন্দগী লৈখিবা অতোপ্পা তেনৱা অদুনা য়াম্না নুংঙাইনা মাশাশিং খপ্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মী, "লেঙশিনবিরকউ ! লেঙশিনবিরকউ! হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ! হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে !"

শাদানবা নুপা অদুনা তেনৱাদু উবদা অমদি মাগী খোইথুম্নরবা ৱাহৈশিংদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

মহাক্না ময়ুম হল্লকপা মতমদা তেনৱা অনীদুনা হায়াখবা ৱাহৈশিংদুগী খোপ্পোক্তা, মওং-মতাদা অমদি ৱা-মচংদা পূমখেন খেন্নবা মতৌদুবু খন্থরুবদা ঙক্লম্মী। তেনৱা অমগী ৱাহৈশিংদুনা শাথীনা কাহেনবা, য়ৌনা নুংশিহৈতবা অমদি য়ানীংদবা ঙাক্তা ওইরম্মী, অদুগা অতেপ্পা তেনৱা অদুগী ৱাহৈশিংদুদি খোইথুম্নরবা, অচুম্বা অমসুং পূক্লীং শুম্লাৎনঙাই ওইবা ঙাক্তা ওইরম্মী। লৈফম অমদি সঙ্গনা খেন্নবা পূম্নমক অসি ওইহনখিবনি।

"নহাক্না তিন্নরিবা মরূপশিংদু কনা কনানো হায়য়ু, অদুগা ঐহাক্না নহাক কনানো হায়বদু হায়বীগে।"



# পাপীনা সাধু ওল্লকপা

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদি নগরসংকীর্ত্তন আন্দোলোনগী লময়ানবা অমনি। মহাক্তী ঈশ্বরগী মতীক মগুণবু শক-শোঞ্জরগা ইবুংঙো মহাক্কী ৱাখলদা মশামক লূপচবা অদুগা মপানগী সংসারবু কাউথোকচবা ঙমখিবনি। মতম অমদা নবদ্বীপতা মহাক্না নগরসংকীর্ত্তন পাঙথোক্লম্মী। সহরগী লুচিংবা ময়ামসু ভক্তিগা মরী লৈনবা ঈশৈদু শকপা য়াওরম্মী।

মখোয়না ঈশৈদু য়াম্না য়ৌনা নুংঙাইনা শক্লম্মী, অদুগা শোড়োকশিংদুদা খোঙনা চৎলম্মী। হুরানবা নুপা অমসু মদুদা য়াওশিল্লম্মী। মহাক্কী ৱাখলদি ঈনাকখুনবা ভক্তশিংদুনা ঈশৈ শক্লগা জগোই শাদুনা অয়ৌবীদা নুংঙাইরিবঁদা মখোয়গী ফুরিৎখাওশিং চপ্পগী খুদোংচাবা লৌহৌগে হায়না খল্লম্মী। অদুবু মহাক্না সংকীর্ত্তন অদুদা থাঙ্গৈশেংনা হেক য়াওখিবগা অতোপ্পশিংদুদগী হেন্না থৱায় য়াওশন্না ঈশৈশকপা হৌরকখি। মখোয় পূম্নমক লাইশঙ অমদা লাক্লম্মী অদুগা ফম্নরম্মী। মহাক্না চৈতন্যগী মনাক্তা ফল্লম্মী, অদুগা মহাক্কী মাঙলোমথংবা মায়কৈদা ফম্লিবা মীয়াম অদুনা চৈতন্যগী ধর্ম্মগী পাউতাকশিংদু তারম্মী। মী অয়াম্বনা লাইশঙ অদু থাদোক্তুনা

চৎনখ্রবা মতুংদা হুরানবা নুপা অদুনা চৈতন্যগী মখোঙ অনীমক পায়রগা হায়জরকখিঃ"স্বামী ! ইবুংঙো নহাক্না অদুক য়াম্বা মীয়াম অদুদা পাউতাক অদুক্কী মতীক য়াম্না পীবিখি। ঐঙোন্দা অশেংবা মন্ত্র খর পীবিয়ু।" চৈতন্যনা মঙোন্দা য়েংলম্মী অদুগা হায়রকখিঃ " অহানবদা নহাক কনানো অদুগা নহাক করি থবক তৌরি হায়বদু ঐঙোন্দা হান্না হায়য়ু।" হুরানবা নুপা অদুনা হায়রকখিঃ "স্বামী ঐনা ইবুংঙোগী নফমদা করম্না মীনম্বা ব্রা ঙাঙবা ঙমগনি? ঐহাক হুরানবা মী অমনি। ঐহাক্না হৌখিবা পূর্ণীগী শরুক্তুদা হুরানবা মীশক অমা ওইখি। ঐহাক্কী মিংনা **'রাম'** কৌই, অদুগা মীয়াম্না ঐবু **'রাম হুরানবা'** হায়না কৌনৈ।

চৈতন্যনা হায়রকখিঃ "কয়াদা নুংশিনঙাই ওইবা ব্রাফমনোসে ! ঐহাক্না নঙোন্দা ঈশ্বরগী মিংলেন অমা নত্রগা লাই-পাউ অমা পীগে, অদুবু নহাক্না ঐঙোন্দা গুরু দক্ষিনা ওইনা করিদি পীগনি ?" হুরানবা নুপা অদুনা খুদক্তা চিংনবা করিমতা লৈতনা হায়রক্লম্মীঃ "ঐনা হুরাল্লগা ফংলকপা পোৎশিং অদুগী শরুক অমা শোয়দনা পীগনি।" চৈতন্যনা হায়রক্লম্মীঃ "ঐদি পৈশাগী নত্রগা শেল-থুমগী দরকার ওইদে। ঐনা নঙোন্দা হায়গদবদি- নহাক্না হুরানবগী থবক থাদোক্কদবনি।" হুরানবা নুপা অদুনা অমুক হায়রকখিঃ"হুরানবগী থবক অসিদি ঐগী শিন্‌ফম্নি, স্বামী ! ঐদি অতোপ্পা থবক অমতা তৌবা হৈজদে। হুরান্দ্রবদি ঐনা করি থবক তৌরগা হিংবা ঙমগনি?" চৈতন্যনা হায়রক্লম্মীঃ "ফরে ! সর্ত অমগী মখাদা

নঙোন্দা অশেংবা মিংলেন অমা পীরগে, নহাক্না করিগুম্বা অমা হুরানগে হায়বা মতমদা ঐনা পীগদৌরিবা অশেংবা মিংলেন অসি ১০০৮ লক শোনগদবনি।" চৈতন্যনা মহাকপু খুৎনা শোক্লগা মহাক্কী মণাকোংদা লোন্না হায়রম্মীঃ "**ওঁ নমঃ ভগবতে বাসুদেবয়া** ।" চৈতন্যনা মহাক্কী মশা হেক শোকপা মতম অদুমক্তদা মঙোন্দা অওনবা অমা লাকখি। মখোয় অনী ৱারী শান্নমীন্নখিবা অদুনা মরম ওইদুনা মহাক্কী মমাংদা তৌখিবা ফত্তবা থবকশিংগী পাপ পূম্বা কোকখি। হুরানবা নুপা অদু থম্মোয় শেংদোক্লবা মীশক অমা ওইনা হনখি। নোংমদি লন-থুম লৈবা য়ুম্বুশিংনা মখোয় মখোয়গী য়ুমশিংদু থোঙ লোন্দুনা থম্লম্লগা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী দর্শণ তৌবা চৎনখিরম্মী। হুরানবা নুপা অদুনা মদুগী খুদোংচাবদু মাঙহনবা পান্নমখিদে। মহাক্না সহরগী খ্বাইদগী ঈনাকখুনবা নুপা অমগী য়ুমদা চৎলম্মী, অদুগা মহাক্না থোঙ নমখায়রগা য়ুমদুগী য়োৎ-উপু থম্বা কাদুদা চঙলম্মী। মহাক্না উপুদু হাংদোক্লুবদা মমল য়াম্ল-য়াম্লবা হীরা মণি মুক্তাশিং অমসুং সনাগী লীক-কোনশিং উরম্মী।

চৈতন্যনা পীবিরকপা মন্ত্র অদু ১০০৮ লক থীদ্রিফাওবদি পোৎ অমতা মখুৎনা শোক্লোই হায়না মপূক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপখি। মহাক্না মন্ত্রদু থীবা হোখি। মন্ত্র থীবা লোইদ্রিঙৈদা য়ুমগী মপু (নুপা) অদু মহাক্কী অঙাং- নুবীগা লোইননা য়ুমদা থুংলখি। য়ুমগী য়ুম্বীরেম্বী অদুনা মহাক্না শিরিবা লীককোণশিং অদু লৌথোক্লগা য়োৎ- উপু অদুদা থমজিনগে হায়দুনা লাকপদা ধর্ম্মগী অশেংবা মন্ত্র "**ওঁ নমঃ**

**ভগবতে বসুদেবায়া”** হায়বদুবু পুক্লীংচংনা থীরিবা লম্লানবা নুপা অদুবু উরম্মী। মহাক্লা লম্লানবা নুপাদুবু মখোয়গী য়ুমদা মখোয়বু আশীর্ব্বাদ পীবিগে হায়দুনা লাকপিবা শোয়দনা ওইরমগনি হায়না খঞ্জরম্মী। মহাক্লা মপুরোইববু কৌশিল্লম্মী। হুরানবা নুপা অদুদি মহাক্কী ধ্যান অদুদা পুক্লীং লূপ্তুনা অদুম লৈখি। ইমুং অদুগী মী খুদিংমক্লা মহাক্কী অকোয়বদা খুৎ লোন্নদুনা ফম্লম্মী। মহাক অসে চৈতন্যগুম্বা পাপ পক্ত্রবা মীশক অমা শোয়দনা ওইরমগনি হায়না মখোয়না লৌখি। মন্ত্র অদু ১০০৮ লক থীবা লোইরবা মতুংদা হুরানবা অদুনা মমিৎ পাঙথোক্লক্লম্মী। মী কাঙলুপ অমনা মহাক্কী মমাংদা ভক্তি তৌদুনা ফম্লমবদু উবদা মহাক্লা য়াম্না ঙক্লম্মী। য়ুম্বু অদুনা মঙোন্দা হংলম্মী ঃ “ওঃ মহাশয়! অদোম্বু কনানো? ঐখোয়না অদোম্বু খঙজবা য়াগদ্রা ? ঐখোয়গী পাপশিংসি কোক্লনবা ঙসিদি ঐখোয়গা চাক চামীন্নরসি হায়ববু য়াবীগদ্রা?” হুরানবা নুপা অদুনা মশা মথন্তা খন্থজখিঃ ‘ঐনা ঈচম-চম্না ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবখক্তনা অসিগুম্বা সম্মাণ অসি ঐনা ফংজবা ঙম্লবা! ঐনা নুমিৎ খুদিংগী থব্রায় য়াওনা লেপ্তুনা মিংলেন অসি শোনবগী হৈনবী অমা লৈজরবদি কয়াদা হেন্না ঐঙোন্দা ফগদবনোসে। ঐনা ঈশ্বরগী থৌজাল শোয়দনা ফংগনি।” মহাক্লা হুরানবগী থবক শুকতৌ তৌররোই হায়দুনা পুক্লীং চপ য়ুংনা লেপখি। মহাক্লা ঈনাকখুনবা য়ুম্বু অমসুং মহাক্কী নুপীদুগী মমাংদা দন্দবৎ তৌদুনা খুরুম্লম্মী অদুগা হায়রকখি ঃ “ইমা! ঐহাক্লা নখোয়দা অচুম্বা হায়জগে । ঐহাক হুরানবা নুপা অমনি। ঐহাক উমংদা চত্তুনা

ঐহাক্কী লেমহৌরিবা পূন্সী অসিদি ঈশ্বরবু নীংদুনা লেল্লুরগে।"

পূন্নমক মহাক্কী ব্রহৈশিংদু তাবদা ঙক্লম্মী, অদুবু য়াম্নদি নুংঙাইরম্মী। মহাক্না অহিং অদুমদি য়ুমদুদা অতিথি অমা ওইনা মখোয়গা লৈমীন্নরম্মী। থৌদোক অদুগী পাউ অদু অয়ুক্তদি য়াম্না থুনা শন্দোকখি। মদুনা মরম ওইদুনা য়ুম্লোন্নবদা লৈবা মী অয়াম্বনা হুরানবদুবু য়েংবা লাক্লরম্মী। মখোয়না মহাকপু মথক- কুপ্পা দোলাই অমদা পুরগা সহরগী অকোয়বদা চৎলম্মী অদুগা মহাক্না তপ তৌনীংলিবা মফম উমং অদুদা থন্বীরম্মী। মতুংদা, অমুক হন্না, মহাক্না শ্রীচৈতন্যগী মনাক্তা লাকখি, অদুগা অশেংবা সাধু অমা ওইরকপা য়াবগী আশিৰ্ব্বাদ শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্যদগী ফংজখি।



## দাননা খুৎকী লৈতেংনি

যুঃপীঃদা ঈনাক্তী খুঞ্জদবী থৌজালদি লৈজবী নুশিহৈবী অশেংবা নুপী অমা লৈরম্মী। মহাক্না তাল্লক- তাল্লকপা পৈশাশিংদুদগী খর খর চাং- নাইনা তূঙশিল্লম্মী। মহাক্না তুঙশিল্লীবা পৈশা অদুনা লায়রবা মীশিংদা পীননবা কম্পোরশিং লৈরম্মী। মহাক্না তৌরিবা সেবা মখল অদু চাংদম্নগাই লৈতবমখৈ তোপতোপ্লনি।

নিংথমথাগী অহিংদা ধর্ম্ম লৈবী নুপী অদুনা কম্পোরশিং লৈরগা সহরগী সোড়োকশিংদা কোইচৎ চৎলম্মী, অদুগা কম্পোর য়াওদনা সোড়োক মপান্দা তূমদুনা লৈবা মীশিংবু কোয়থি থিরম্মী, অদুগা মখোয়গী হকচাঙশিংদা মহাক্না লৈরকপা কম্পোরশিংদু কুপশিনবীরম্মী। মদুগী মতুংদা মহাক্না কনামতা খঙহন্দনা য়ুমদা থুনা থুনা হল্লকখি। মহাক্না কনাদসু মহাক্কী অহিংগী সেবা(থবক) অদু হায়দোকখিদে। মতমগী মতুংইন্না ঈশ্বরগী থৌজালদগী মহাক্না পৈশা হেন্না তানবা, পৈশা হেন্না তুংশিনবা অমসুং কম্পোর ময়াম অমা হেন্না লৈবা ঙম্লকখি। মহাক্না অহিংদা কম্পোর ময়াম অদু গাড়ীদা পুরগা চত্তুনা য়েম্বোকপা ঙম্লকখি। মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না মীয়াম্না ধর্ম্ম লৈবী অদুবু, অদুগা মহাক্কী পীনহৈবা থবক

অদুবু খঙলকখি। অদুবু মীয়াম্না জ্ঞান তানদবা মরম অমদি লৈরম্মী, মদুদি নুপী অদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মকোক লূকথদুনা চৎলি, অদুগা মপূক্লীংদা ইপেন-পেঞ্জদবা অমা লৈবগুম্নসু তৌই। নোংমদি মী খরনা মঙোন্দা নুংঙাইনা অমদি চাওথোক্লা লৈগেদি হায়দ্রগা করিগীদমক্তা মহাক্লা কোক লূকথদুনতা চৎলিবনো অমসুং থব্রায় নুংঙাইতদুনতা লৈরিবনো হায়না হংলম্মী। মহাক্লা পাউখুম পীরকখিঃ"ঈশ্বরনা ঐঙোন্দা মখুৎ ময়াম চংনা লন-থুম ময়াম অমা পীবীরি; অদুমহায়না মী অয়াম্বদসু পীবীরি; অদুবু ঐগীদি পীননবা খুৎ অমখক্তা মঙায়। মসিবু ঐগীদমক্তা ইকাইনীংঙাই মচাক অমা ওইদব্রা ? ঐনা মতৌ করম্না চাওথোকপা ঙমগদৌরিবনো ?"

"খুৎ য়েৎনা পীখিবদু খুৎ ওয়বু খঙহনগনু।"



# অরান- খুভম

নোংমা ঋষি অমনা থবক কন্না শুরগা ইমুং- মনুং য়োক থাকচরিবা লৌউবা নুপা অমা থেংনরম্মী। নুপা অদুবু নুংশিরুবদগী ঋষিদুনা হায়রকখিঃ "ঐগী নুংশিরবা মরূপ, নহাক করিমতা ৱাগনু। নহাক্কী অৱাবা পূন্নমক কোল্লগনি। নহাকপু নুংঙাইনা অমদি নীংতম্না লৈহনবা ঙম্বগী শক্তি অদু ঐঙোন্দা লৈ। লাকও, ঐগা ঈশ্বরগী লৈফম বৈকুন্থদা চৎমীন্নরসি।" লৌউবা নুপা অদুনা খুন্নকখিঃ "ওঃ ইকাইখুম্নীনীংঙাই মশক ওইরবা ইবুংঙো! ঐনা ঐগী নুপী- অঙাংশিংবু থাদোক্কুনা করম্না চৎপা ঙমগদগে? চহি তরাগী মতুংদা লাকপীয়ু। মতম অদুদদি ঐহাক ইবুংঙো নহাক্কী তুং- ইন্নবা শেম-শাদুনা লৈজরম্লগে।" চহি তরাগী মতুংদা ঋষি অদু লাক্লম্মী, অদুগা লৌউবা নুপা অদুদা নীংশিংহল্লম্মীঃ "ঐগী নুংশিরবা মরূপ, ঐগা নহাক্কা হায়নখিবা চহি তরাগী মতম অদু ঙরাং লোইখ্রে। লাকও! হৌজিক্কী নহাক্কা লোয়ননা বৈকুন্থ য়ৌনবা চৎলসি, অদুগা মফম অদুদা আনন্দগী নুংঙাইবা অয়ৌবী অদু ফংলুরসি।" লৌউবা নুপা অদুনা অমুক হায়রক্লম্মীঃ "ওঃ ইকাইখুম্নীংঙাইগী মশক ওইরবা ইবুংঙো! ঐগী ইচানুপা অহল অদু হন্দক্তা লুহোংখিবদা মঙাইরি ।

ঐনা ঐগী ইশুশিংফাওবদদি উনীংই। ৱারৌবীবা য়াদে। চহি তরাগী মতুংদা অমুক লাকপীয়ু। মতম অদুদদি ঐহাক শোয়দনা ইবুংঙোগী তুং- ইঞ্জরগে।

চহি তরাগী মতুংদা অমুকসু ঋষি অদুনা লৌউবা নুপা অদুগী য়ুমদা লাকখি, অদুবু নুপা অদু শিখ্রে হায়দুনা মঙোন্দা খঙহল্লকখি। মহাক্না থোঙ মনাক্তা হুই অমা কুন্দুনা লৈবা উরম্মী। লৌউবা নুপা অদুনা শিরগা হুই অদু ওইনা পোক্লককপনি হায়বসি ঋষিদুগী নুং-গী মীৎনা উবা ফংখি। মহাক্না হুইদুদা ৱাঙাঙবা ঙম্বগী শক্তি অমসুং মমাংগী মপোক খঙবা ঙম্বগী জ্ঞান পীবীরম্মী। মহাক্না হুইদুদা হংলম্মীঃ " হে মী! হুই ওইনা নহাক্না হন্থবা মপোক অমদা পোক্লক্লিবসে ইকাইদ্রা? লাকও, ঐহাক্না নহাকপু হন্থবা পৃশ্নী অসিদগী লান্থোকপীগে।" হুইদুনা হায়রকখি ঃ"ওঃ ঋষি! ঐহাক্তী ঐগী ইচাগী য়ুমশঙ হুই ওইনা মতম খর লৈনীংলি। ইচানুপাসে য়াম্না চ্যেকশিন্দবা মীনি। লুট-ৱালাশিং লাক্লগা ঐনা মখোয়গীদমক্তা পৈশিন্দুনা থন্বীরম্বা লন-থুম পৃম্বা পুদুনা চৎখিবা য়াই। চহি তরাখক্তংগদি অমুক্তা ঙাইবীবগী ঙাইবীবা ঙাইবীখো, অদুগা ঐবু লৌবা লাকপীয়ু।"

চহি তরাগী মতুংদা ঋষি অদুনা অমুকসু লাক্লম্মী। হন্দক্তী মফম অদুগী শক্তম পূমওন-ওল্লম্মী। লৌউবা নুপাদুগী অপীকপা য়ুমদুগী মহুত্তা য়ুমজাও অমা শাগৎলম্মী। লৌউবা নুপা অদু লিল ওইনা অমুক পোকখ্রে হায়বসিসু ঋষিগী নুং-গী মীৎনা উরম্মী।

লিল অদু য়ুমজাওদুগী মনীংদা লৈবা ককচেং-মহুমগী পূং অমগী মনুংদা লৈরগা লৈনুংদা ফুমদুনা লৈরিবা লন-থুম অদুবু শঙদুনা লৈরম্মী। ঋষি অদুনা ককচেং মহুমগী পূং মনাক্তা চঙশিল্লম্মী অদুগা লোন্না ৱা হায়রম্মীঃ "ওঃ ঐগী নুংশিরবা মী! নহাক্কী লাইবকসে কয়াদা থীখ্রবনোসে। নহাকসে শিনবগী মরম ওইবা মপোক্তা পোক্লরেদো! লাকও, ঐগা লোয়ননা চৎমীন্নখ্রসি, ঐহাক্না নহাকপু মুক্তি ফংহনগে।" লিল অদুনা লৈনুংদগী খুন্নক্লম্মীঃ "ওঃ ইকাইখুম্ননীংঙাইগী মশক ওইরবা ইবুংঙো! ঐহাক লাকপা ঙম্লরোই, ৱারৌবিরনু। ঐহাক লৈনুংদা ঐনা লোত্তুনা থন্নম্বা লন-থুম ময়াম অসি শঙদুনা অসুম লৈরগে।" ঋষি অদুনা ইমুংদা লৈরিবা মীশিংদুগী মনাক্তা চ ঙশিল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী ঃ "ঐগী নুংশিরবা ইচাশা ! নখোয়গী মনীংদা ককচেং মহুমগী পূং অমা লৈবনি। নখোয়বু চীক্লগা শিহনবা ঙম্বা লিল অমনা নখোয়গী নপুবোক্না নখোয়গীদমক্তা পৈশিন্দুনা থম্বীরম্বা লন-থুম পুম্নমক অদু শঙদুনা লৈবনি। নখোয়না লিলদু হাত্তোক্লগা লন-থুমদুগী মপু ওইজহৌবনা হেন্না ফগনি।"

মশুশিং অদুনা ৱাদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। লিল অদুবু মখোয়না হাৎখি ; অদুগা মহাকপু মমৈথংদা নীংতমহনখি। অপাম্বগী কিশিনা কিরিবমখৈদি জীবনা অরান-খুভম ফংগনি হায়বগী আশা লৈতে।



# নচাদা লৌনম তৌগনু

চীনাগী ব্বারী অমা লৈ। নোংমা শেঙজী কৌবা নুপা অমগী নুপীনা মখোয়গী চহি তরেৎ শুদ্রিবা মচা নুপা অমা পুরগা কৈথেল কারম্মী। মচানুপা অদুনা লম্বীদা য়াম্না কপ্লম্মী। কপ্পা ফনবা হায়দুনা মমানা মচানুপাদুদা হায়রম্মীঃ "ইবুংঙো, কপকনু, ইচাদি মরম য়াম্না ওকপনি, য়াম্না ফবনি।মমা -মপানা হায়বসু ইনবনি। য়ুম হেক য়ৌবগনে ওক অমা হাৎপীগনি, অদুগা ইচাদা পীজগনি।" মচানুপাদু ওক হাৎপীগনি হায়বদুদা কপ্পা হেক ফখি। মখোয়না য়ুম য়ৌরকপদা মপাদুনা মচানুপাদগী ওক হাৎপগী ব্বাদু খঙখি। অদুদগীদি মপানা ওক হাৎননবা থৌরাঙ তৌরকখি। মহাক্কী নুপীনা মহাকপু খাম্মী অদুগা হায়রক্লম্মীঃ "ওক হাৎপীগনু। ঐনা লম্বীদা অঙাং কপ্পা ফনবা থেম্বদা "ওক হাৎপীগে" হায়দুনা ফাগি ওইনা হায়খিবনি।" মদুদা মহাক্কী নুপানা শাউরপ্না মাগী নুপীদা লাউরক্লম্মীঃ "অদুম হায়না নহাক্না অঙাংদা ফাগি তৌবা য়াব্রা ? অদুম হায়না তৌগদবা নত্তে। অঙাংদি মশাগী জ্ঞান লৈজদবনি,মমা-মপানা হায়রকপদুগী মখা পোল্লি অদুগা মখোয়না হায়রকপদুবু থাজে অমসুং ইল্লি। নহাক্না নচাদা লৌনম তৌরবদি, নহাক্না নচাবু লৌনম্বা তম্বীরে। মসিগুম্বসি খক তৌরোইদবনিকো।" মমানা হায়খিবদুগী মতুংইন্না মপানা মখোয়গী য়াচংবগী চরাগীদমক্তা ওক অমা হাৎখি।



# রাজেন্দ্র প্রসাদ অমসুং রত্ন

ভারতকী অহানবা প্রেসিডেন্ট রাজেন্দ্র প্রসাদকী রত্ন কৌবা য়াম্না ফরবা মনাই অমা লৈরম্মী। মহাক থোইদোকহেন্দোক্না মপুনীংবা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাক্না মতম কুইনা মপুবু পেন্নবা সেবা নীংথিনা তৌজরকখি। নোংমদি রত্নবু মহাক্কী কা ৱাইশীৎহল্লম্মী। রাজেন্দ্র প্রসাদনা মহাক্কী কলম অমা মহাক্কী লাইরিক অমগী মনুংদা থম্লম্মী। কলম অদু মঙোন্দা মহাত্মা গান্ধিনা পীরকখিবনি। রত্ননা মাগী টেবলদু শেংদোকপা মতমদা কলমদু লৈমায়দা তাখিদুনা মচীন তেক্লম্মী। মদুদা রত্ন য়াম্না পাখৎখি; অদুবু মহাক্কী মরালদু ঙাকপীয়ু হায়দুনা মহাক্কী মপুদা অচুম্বদু হন্না হন্না হায়জরম্মী। মদুদা রাজেন্দ্র প্রসাদনা য়াম্না শাউরম্মী, অদুগা খোঞ্জেল হৌনা লাউরকখিঃ "চখোকখ্রো, নশক্কু অমুক হন্না য়েংনিংদ্রে; নহাক্না মচীন তেকহনখিবা কলম অদু মহাত্মা গান্ধিনা ঐঙোন্দা পীবিরকখিবা মমল য়াম্না য়াম্লবা খুদোল অমনি।"

অদুদগীদি মন্‌াই অদুনা মহাক্কা কনাগা লৈমীন্নরগা মহাক হিংবা ঙমগনি ঙাকপীয়ু হায়দুনা মপুদা থৱায় য়াওনা হন্না হন্না হায়জরম্মী। অদুবু মহাক্কী মপুনা করিমতা তাবীখিদ্রে। রাজেন্দ্র

প্রসাদনা রত্নগী মশক্তু মঙোন্দা অমুক হন্না উহল্লনু হায়রম্লগা মপান্দা থোকখি। মনাই রত্নদু উপায় লৈতদুনা চৎখি।

অহিংদদি রত্ন তাম্বোকখিবগী ৱাখলদু অসুম অসুম খন্থরুরগা রাজেন্দ্র প্রসাদ তূম্বা য়াখিদে। মনাই রত্নবু নীংশিংদুনতা লৈখি। মথংগী অয়ুক্তদি অয়ুক খুদিংগী রত্ননা পীরম্বা কোফিদু য়ৌরকখিদ্রে। মহাক্না রত্নদা চৎখিবা লমচৎ অদুগী মরমদা মুন্না ৱাখল খন্থরকখি, অদুগা মহাক্কী অচৌবা মরালসু নত্তবদা মপুনীংবা মনাইবু তাম্বোকখিবসিদা মহাক মথৱায় য়াম্না নুংঙাইরকখিদে। মহাক্না মহাক্কী কলমবু মফম চানা থমগেদি হায়দ্রগা করিমতা চ্যেকশিন্দবমখৈ লাইরিক অমগী মনুংদা হেক্তা থমজিনখিবসে মাগী মরালনি হায়বা খঙলকখি। মহাক্না রত্নদা পাউ থাখি, অদুগা মহাকপু লৌরুরগা মহাক্না রত্নদা অসুম্না হায়খিঃ "রত্ন! নহাকসে য়াম্না ফবা মীশক অমনি। ঐনা কলমদুবু লাইরিক্কী মনুংদা থম্লুবদু ঐগী ইরান্নি। মরমদুনা ঐগী হাথু-হাথুবা অরানবা থবক অদুগীদমক্তা ঐবু ঙাকপীয়ু।" মহাক্না রত্নবু মাগী পূক্নী লোইদ্রিবফাওবা লৈমীন্নসি হায়না হায়জরম্মী।

অশাউবসে নুং-গী পুক্নীংগী ফীভমদগী লাকপনি, অদুগা কনাগুম্বনা শাউবু হেক শাউরবদি শাউরুবা মতুংদা শোয়দনা ৱাগনি। শাউগনু, অদুগা শাউরিঙৈদা ৱা-ঙাঙগনু নত্রগা থবক তৌগনু।



# অপাম্বা অমসুং পামদবা

নোংমা খুঙ্গং অমদা স্বামী বিবেকানন্দনা ধর্ম্মবু নৈনবা মীয়ামগী মীফম অমদা ৱাঙাঙলুরবা মতুংদা হৈ-লৈ লল্লোনবা নুপা অমগা য়ুমদা হনমীন্নরক্লম্মী। ঙায়োম্বী অনীখকসু ঙা য়োল্লুরবা মতুংদা মখোয়গী ঙা য়াওদ্রবা অহাঙবা থুম্মোকশিংদু পুরগা ময়ুম ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। ইখঙ-খঙহৌদনা নোং কল্লা চুথরকখি। হৈ-লৈ লল্লোনবা নুপা অদুনা বিবেকানন্দ অমসুং ঙায়োম্বী অনীদুবু মহাক্কী অনকপা য়ুমদুদা ফজবা ব্যবহারগা লোয়ননা হরাও হরাও পুশিল্লম্মী, অদুগা পোত্থাহল্লম্মী। মহাক্না মখোয়দা অচম্বা অচা-তাথক পীজরগা মহাক্কী অঙম্বা সেবা তৌজখি। নোংচুবা লেপ্লগী আশা উরক্রবা মতমদা অহিং অদু হৈ-লৈ লল্লোনবা নুপা অদুগী য়ুমদা লেল্লসি হায়দুনা মখোয় ৱা লেপ্লখি। নুপীশিংদুনা ইমুংগী কা অমদা হীপ্লম্মী, অদুগা নুপাশিংদুনা মাঙ্গোলদা হীপ্লম্মী।

বিবেকানন্দগা হৈ-লৈ লল্লোনবা নুপাদুগাদি মাঙ্গোলগী কাচিন্দা থল্লিবা থুম্মোকশিংদুদগী লাকপা ঙাহিং মনম অদু তাবদা তূম্বা য়খিদে। নুপী অনী অদুনা ইমুংদা ৱারী শান্নবদু মখোয়না মপান্দা তারম্মী। ইমুংদা নুপী অমনা মুরুম মুরুম শোল্লম্মীঃ"ওঃ

ঐদি লৈশিংগী মনমনা তূম্বা য়াদ্রে? ঐবু করম তৌসিগে ?” অতোপ্পা নুপী অদুনা হৌগৎলক্লগা হায়রক্লম্মীঃ “ফরে, ইতা ! ঐসু তূম্বা য়াদ্রে। ঐখোয়গী থুম্মোকশিংদু লৌশিল্লুরসি, অদুগা ঐখোয়গী লুখূমদা থম্লসি। মদু ওইরবদি ঐখোয় নীংথিজনা তূম্বা য়ারগনি।” মখোয়না মাঙ্গোলদা থোরক্লগা থুম্মোকশিংদু ইমুংদা পুশিনখি। অদুদগীদি মখোয় অমসু অমসু তূমখুল হুন্না তূমথনখি।

বিবেকানন্দনা ৱাখল মুন্না খন্থরম্মী ঃ “ওঃ মী হায়বা জাৎসিবু করিনোনে! মীসিদি পোৎকী মহাউশিং অমসুং মাগী হৈনবীশিংনা শেম্বা জীব অমনি। ঐদি ঙাগী নমথীবা মনম হৈনদবনিনা তূম্বা য়াখিদে, অদুগা ঙাগী মনম হৈনবী নুপীশিংদুনা লৈগী নুংশিবা মনম হৈনদবনিনা তূম্বা য়াখিদে।”



## ণাকোংদনা ভাগবত পূন্নীংদনা বেশ্যাখনফম

মতম অমদা মরূপ অনীখক সোড়োক্তা অসুম চৎলম্মী। মখোয়না সোড়োক মপান্দা মী খরনা ভাগবত পাবা তানরম্বদু উরম্মী। মরূপ অমনা হায়রক্লম্মী ঃ " লাও, 'মরূপ ! ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিক তারুসি।" মহাক্না অসুম্না হায়রম্লগা য়াম্না থুনা লাইরিক তাফমদুদা চঙশিনখি, অদুগা ফমথখি। অতোপ্পা মরূপ অদুদি মূনা মূনা য়েংলম্লগা চৎখি, অদুগা ওক্তবী নুপীশিংগী শঙ অমদা চঙখি। অদুবু মহাক্না য়াম্না থুনমক মিংচৎ থীনীংঙাই ওইবা মফম অদুদা লৈবদু অসুম অসুম তুক্কচরকখি। মহাক্না মথন্তা অসুম্না মূরুম মূরুম শোঞ্জরম্মীঃ " ঐগীদমক মসি য়াম্না ঈকাইনীংঙাইনিদা ! ঐগী মরূপতুদি শ্রীহরিগী অশেংবা ব্রা তাদুনা লৈরমগনিদো; অদুগা য়েংউদো ঐনা লৈরিবা মফমসিদি !"

অদুবু শ্রীমদ্ভাগবতম তারিবা মরূপ অদূদি য়াম্না নীংবকায়রম্মী। মহাকসু মথন্তা মূরুম-মূরুম শোল্লক্লম্মী ঃ" ঐসে কয়াদা পঙখ্রবনো ! নুপা অসিনা চোইদ্রং-পাদ্রং ঙাঙবসে ঐনা তাদুনা লৈরক্লি, অদুগা ঐগী মরূপ অদূদি মহা ওইনা নুংঙাইবা মতম অমা ফংলমগনি।"

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না মখোয় অনীমক শিখি। যগম নিংথৌগী দূতনা শ্রীমদ্ভাগবতম তাখিবা নুপা অদুগী আত্মাদু লৌবা লাকখি, অদুগা মাগী আত্মাদু নরক কোমদা শোরো শোরো লাক্তুনা চিংথখি। অমরোমদনা অমুক ঈশ্বরগী দূতনা ওক্তবী মকোন্দা চঙখিবা নুপা অদুগী আত্মাদু লৌবা লাক্লম্মী, অদুগা মহাক্কী আত্মাদুবুনা স্বর্গদা পুখৎপীখি।

তশেংনমক্কি, ঈশ্বরনা মীওইবগী থম্মোয়বু য়েংই, অদুগা মীওইবনা করি তৌবগে নত্রগা কদাইদা লৈবগে হায়বদু য়েংলগা বিচার খক তৌদে।



# ঈশ্বর থাজবগী শক্তি

জাতিলা কৌবা নুপামচা অমা লৈরম্মী। মহাক্না জঙ্গল ফাওদুনা নুমিৎ খুদিংগী মথন্তা স্কুল কারম্মী। মহাক্না অয়াম্বা মতমদা মথন্তা স্কুল চৎপদুদা অকিবা ফাওরম্মী। মহাক্না মদুগী ৱাফম অদু মমাদা তল্লম্মী। মদুদা মমানা হায়রক্লম্মীঃ "ইচানুপা! নহাক্না করিগী কিরিবনো? নহাক্না হেক কিরকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু কৌ, তারক্রুগনা কন্না হন্না হন্না অমুক কৌ।ইবুংঙো মহাক্না নহাকপু স্কুল ফাওবা থিনবিগনি।" মচানুপা অদুনা মমাদা হংলম্মীঃ "ইমা! কৃষ্ণ হায়বদুবু কনানো?"মমানা খুম্লক্লম্মী ঃ" কৃষ্ণদি নহাক্কী নয়াম্বনিনে।" মদুগী মতুংদা নোংমা জঙ্গল ফাওদুনা মথন্তা স্কুল চৎপা মতমদা য়াম্না কিবম্মী। মমাগী য়াথং মতুংইন্না মহাক্না কৃষ্ণবু "ওঃ তাদা কৃষ্ণ" হায়দুনা অমুক অনীরক কৌরম্মী। মহাক্না কৌবদুদা কনামতনা খুম্বীরকখিদে। মরমদুনা মহাক্না অমুক কন্না কন্না কৌরম্মীঃ "ওঃ তাদা কৃষ্ণ! ওঃ তাদা কৃষ্ণ! ওঃ তাদা কৃষ্ণ! নহাকপু কদাইদা লৈবগে। ঐনা কৌজবসে তাদ্রবরা? ঐগী নাক্তা অমুক্তা লাকপীয়ু, ঐবু অমুক্তা ঙাকশেনবীয়ু, ঐহাক য়াম্না কিরে।"

অঙাংদুনা অসুক্কী মতীক থাজনা কৌবদু তারগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তুমিন্না অসুম লৈথোকপা ঙম্লকখিদে। ইবুংঙো মহাক্না নুপামচা অমগী শওং লৌরগা থোরক্লম্মী অদুগা হায়রম্মীঃ "ঐহাক সিদা লৈরে, ঐহাক নহাক্না কৌরিবা নয়াম্বা কৃষ্ণদুনি। করিগী কিরিবনো? নয়াম্বা লৈরি। কিগনু লাও; ঐহাক্না নহাকপু স্কুল ফাওবা থিনবিগনি।" মহাকপু স্কুল ফাওবা থিনবিরগা শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা হায়বিরম্মীঃ "নহাক্না হেক কিরক-কিরকপা মতমদা ঐনা নহাক্কী ননাক্তা লাক্কনি। নহাক করিমতা কিগনু।"

ঈশ্বর থাজবগী শক্তিদি মসিনি।



## মালেমদা খ্বাইদগী ঙকপা

ব্রহ্মানা নোংমা মচানুপা নারদদা হংলম্মীঃ "নহাক্না মালেমসিদা উবদা খ্বাইদগী ঙকপশিংদু করি করিনো?" নারদনা খুম্লক্লম্মীঃ "ঐনা মলেমসিদা উবদা খ্বাইদগী ঙকপদি শিগদবা মীশিংনা অশিবশিংগীদমক্তা কপ্লসিনি। মীৎকূপ খুদিংগী অশিবগী খয়াত্তা অসুম অসুম নকশিল্লক্লিবা মীশিংনা শিখ্রবা মীশিংগীদমক্তা থম্মোয় শোক্লা কপ্লি।মসিনা অশিবা মীবু হিংগৎহনবসু ঙম্লোই, অদুগা মখোয় মশামকপুসু শিবদগী নাম্থোকহনবা ঙম্লোই। মরমদুনা মখোয়না কপ্লগা কান্নগনি হায়বগী মতাগুম কপ্লিবদু অরেম্বনি।" ব্রহ্মানা নারদদা অতোপ্পা অঙকপা অমগা অমুক হায়য়ু হায়রম্মী। মদুদা নারদনা অসুম্না হায়রম্মীঃ "মী খুদিংমক্না পাপকী ফল ফংবসি কিনৈ, অদুবু পাপকী থবক্তী অদুম অরেপ্পা লৈতনা তৌনরি। মী খুদিংনা পুণ্যগী ফল ফংবা পামনৈ, অদুবু পুণ্যগী থবক্তি তৌনদে।



# অৱাবগী হৌরকফমদি মিহৌবনি

খুঙ্গং অমদা য়াম্না নকশিন্ননা তিন্নবা মরূপ অনীখক লৈরম্মী। নোংমা মখোয় অনীমক উমং অমা ফাওরগা নক্লবা খুঙ্গং অতোপ্পা অমদা চৎলম্মী। উমংদুদা চৎলিঙৈদা মখোয়গী মমাংদা শগোল তোংবা নুপা অমা চৎখি। শগোল মথক্তগী পোৎয়োম অমা তাহৌখি । শগোলতোংবা নুপাদুদি করিমতা খঙদবমখৈ চৎখি। মরূপ অনীদুনা চেনশিল্লগা পোৎয়োমদু লৌখৎলগা হাংদোক্লুনা য়েংলম্মী। ঈড়ং - লঙনা ঙানবা মমল য়াম্বা মণি মুক্তা মতূম মতূমশিংদু উবদা পূমঙক - ঙক্লম্মী। মখোয় অনী য়াম্না নুংঙাইরম্মী।মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা হায়রক্লম্মীঃ "ঐগী নুংশিরবা মরূপ, ঐহাক ঐখোয় অনীনা চান থক্লবা পোৎশিং লৌবা চৎলগে। নহাক্না মণি মুক্তাশিংসে মাঙদনবা চ্যেকশিন্না য়েংশিল্লম্মু। ঐখোয় অনী মণি - মুক্তাশিংসিগী মরমদদি চাবা থকপা লোইরগা ৱারী শান্নরসি।" মণি - মুক্তাশিংদু উরুবদা মরূপ অনীদু পুকচেল শেংনরকখিদ্রে ; মখোয় অনীমক অমসু অমসু মণি - মুক্তাশিংদুগী অমতা ঙায়রবা মপু ওইনীংলকখি।

অচা - অথক লৌবা চৎখিবা নুপা অদুদি মথন্তা য়াম্না থুনা চাক চাথোক্লগা মাগী মরূপকীদমক্তা চাক ময়োম অমা য়াম্না নীংথিনা

য়োম্লম্মী। অদুদগীদি মহাক্ল দুকান অমদগী হু লৈরগা লম্বীদা হুদু মহাক্কী মরূপপ্না চাগদবা চাক অদুদা য়ানশিনখি; অদুগা অমুক হন্না ময়োমদু নীংথিনা য়োমশিল্লম্মী। মহাক্না মহাক্কী মরূপকী মনাক্তা য়াম্না থুনা লাকখি। চাক অদু উবমক্তদা মাগী মরুপতুনা হায়রকখিঃ " হৌজিক নহাক্না অমুক মণি - মুক্তাশিংসি চোকশিন্না য়েংলম্মু, ঐহাক অমুক চৎকে, অনকপা পৃথ্রী অসিদা চক চানবা খুৎ অমুক্তা হামলুগে।" মহাক্না খুৎ হাম্বা চৎখ্রিঙৈদা অচা - অথক লৌবা চৎলুবা মরূপ অদুনা পোৎয়োম অদুদা পুক্লীং য়াম্না লাঙতক্লনা য়েংলম্মী অদুগা হাংদোক্লম্মী।মহাক্না মকোক লুকথরগা য়াম্না মিহৌনা অমদি নুংঙাইনা মণি - মুক্তাশিংদু য়েংলম্মী। ঈখঙ - খঙহৌদনা অকনবা অমদি অরূম্বা চৈতূপ অমনা খুদক্তা শিবা য়াবা শাফু অমগা লোয়ননা মহাক্কী মকোক্তা হাইথরক্লম্মী। অসুম্না অতোপ্পা মরূপ অদুনা মহাকপু হাৎখি; অদুগা মণি - মুক্তা মতম - মতমশিংদু লৌশিল্লগা ফুরিৎখাউদা হাপচিনখি। অদুদগী মহাক্না চাকয়োম অদু হাংদোক্লগা য়াম্না নুংঙাইনা চাক্তু চাবা হৌখি। মহাক্না চাক চখোম অনী/অহুম হেক চারবা মতুংদা মখুত্তু ফুরিৎখাউদা থিংজিল্লগা দোম হাইথদুনা শিখি।

মরূপ অনীসিনা ব্রানা পূন্সী লোইহিসিনখিবগী মরম করিনো? মদুদি লন- থুম ফংনীংবগী অপাম্বদুনি। মদুদি মিহৌবনি। নীংশিংউ, অৱাবগী হৌরকফমদি মিহৌবনি।



# নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী

নোংমা নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী অমনা য়ুম অমদা ভিক্ষা নিবা চৎলম্মী। অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈদগী হেক হৌদুনা মহাক সন্ন্যাসীগী পূন্সীদা চঙখিরম্মী। মরমদুনা মহাক্না সংসারগী ওইবা জ্ঞান অমতা লৈখিদে। য়ুম অদুদগী লৈশাবী অমনা ভিক্ষা হাপ্পবা থোরক্লম্মী। লৈশাবীদুগী খোম অনীদু হেক উবমক্তদা নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী অদুনা লৈশাবীদুগী থবাক্ত। পোম্লব্রা হায়না হংলম্মী। মদুদা লৈশাবীদুগী মমানা খুম্লক্লম্মীঃ " নত্তে, পোম্বা নত্তে, ইচানুপা ! ইচানুপীগী অপোম্বা অনাবা অমতা লৈতে। নোংমা মহাক অঙাং পোক্লক্কনি। অঙাং অদুদা খোম পীথক্লবা খোম অনীসে ঈশ্বরনা মাংজৌননা পীবিরকপনি। অঙাং অদুনা পোক্লক্লগা খোমশিংসে থক্তু না হিংগনি।" মদু হেক তাবদা সন্ন্যাসী নহা অদুনা ঙক্তুনা খঙলাউ লাউরক্লম্মীঃ"অঙাং পোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা হান্না ঈশ্বরনা অঙাংগী মচীজ্জাক থম্বীরমলে। হৌজিক ঐহাক্না ঐগী চরা নামাগীদমক্তা ভিক্ষা নিররোই। ঐবু শেম্বীরকপা ইবুংঙো মহাক্না ঐগীসু চরা পীবিগনি।"



## অসিগুম্বসিনি অরীকপা মীগী অৱাবা !

খুঙ্গং অমদা অরীকপা মচীন্মনাও অনীখক লৈরম্মী। মনাওনুপা অদুদি চুম্লা অরীকপা মী অমখক ওইজবতনি, অদুগা ময়াম্বা অদুদি য়াম্লা হেন্না লীকমন্বা মীশক অমা ওইরম্মী। লীকমন্বনা মখোয়সে চাকফাওবা মপূং ফানা চাদনা পূন্সী লেল্লম্মী। মখোয়না পৈশা হেন্না হেন্না ফংননবখক্কীদমক্তা ঈশ্বরবু পূজা তৌরম্মী। মখোয়না পূজা লোইরগা ঈশ্বরদা চাবা য়াবা খর কৎখিবদু প্রসাদ ওইনা চারম্মী। মচিন্মনাও অনীদুনা লাইগী বিগ্রহ - মুর্ত্তি অদুগী মমাংদা সিতামিছরি মচেৎ অপীখক অমা মীৎকূপ অমখক্তংগী ওইনা থম্লগা কৎকনি অদুগা থুনা লৌশিনগনি, মরমদি মখোয়না সিতামিছরি মচেত্তু ককচেংনা চাথোকখিনি হায়দুনা কিরম্মী।

নোংমদি মখোয়গী মরীমতা অমা শিরে হায়বা পাউ অমা ফংলম্মী। য়াম্লা কাহেন্না লীকপা ময়াম্বা অদুনা অৱাবা তারবা ইমুং অদুদা অৱাবা ফোঙদোকপা চৎপা তারম্মী। মহাক্লা মথংগী অঙনবা অযুক্তা খোঙনা চৎলগে হায়না থৌরাং তৌখি। মহাক্লা হৌগৎলকপা মতমদু য়াম্লা মল্লি, অদুবু মহাক্লা ঙলমল্লবসু খোঙশাল্লগে হায়না লেপখি। কাহেন্না লীকপা ময়াম্বদুনা হেক চৎখিবগা, মনাওনুপাদুনা নোংঙালদৌরবনিন্না থাউমৈ থান্দুনা থম্বগী দরকার ওইদ্রে, থাউ

তিংননবনি হায়না খল্লক্লম্মী। মরমদুনা মহাক্না থাউমৈ অদু মুখুৎলম্মী, অদুগা থাউমৈদু ফক্লাংদা হুৎচন্দুনা লৈবা মফম অমদা থম্লম্মী।মফমদুদা লৈরম্বা মহু - কনবা বৃশ্চিক (তীন - নাকোংবী) অমনা মহাকপু চীক্লম্মী । পূংখায় অমগী হেক মতুংদা কাহেন্না লীকপা ময়াম্বা অদুনা থোঙ - থীল্লক্লম্মী। মনাওনুপাদুনা থোঙ হাংদোক্লম্মী, অদুগা ময়াম্বদুনা হংলক্লম্মীঃ " করিগীনো হল্লক্লিবসিদে তাদা ? করি তৌরে ?" ময়াম্বদুনা খুম্লক্লম্মীঃ " নুংশিরবা ইনাও ইবুংঙো! নহাক্ল থাউমৈ মুখুৎপা কাউরমগদ্রা হায়দুনা পূক্লীং ৱাবদগী য়েংঙুগে লাকপনি।"

বৃশ্চিক্না চীকপগী অনাবদু তরাইথোক্লগা মনাওনুপাদুনা অসুম্না হায়রক্লম্মীঃ " হায় হায় ওন্থোকপনিদা ! ননাও ঐবু খঙবীদ্রব্রনে? তাদনা থাউ মাঙহন্দবা পাম্লিবদুমদি থাগৎনীংঙাইনি, অদুবু নহাক্কী খুদোল-খোঙউপশিংদুগী মরমদদি করিমতা খন্থবিদ্রব্রা? তাদনা দরকার লৈতনা হল্লকপসিদা তাদগী খোঙউপশিংদু হৌজিক্তি তুমশিললম্লগনি।" কাহেন্না লীকপা ময়াম্বদুনা মমীৎ কুফেৎ-কাফেৎ তৌরগা খুম্লক্লম্মীঃ" ওঃ নীংশিংউ, ঐসে নহাক্কী নয়াম্বনিনে। ঐনা খোঙউপশিংদু তুমশিনখিদনবা হায়দুনা ঐগী খাউ মচা অসিদা হাপচিল্লগা খোঙউপ য়াওদনা খোঙনা লাকপনিনে।" মহাক খুদক্তা অমুক খোঙউপ য়াওদনা খোঙনা চৎখি। তীন-কাঙ, লিলনচিংবা লৈবা চীংশাং অমা লান্না চৎপা লম্বীদা মহাকপু মহু য়াম্না কনবা লিল অচৌবা জাৎ অমনা মখোঙদা চীক্লম্মী, অদুগা মহাক শিখি।

অসিগুম্বসিনি অরীকপা মীগী অৱাবা!



# ৱারকহৌদবা

নোংমা মমা অমনা মহাক্কী চহি অনীখক্তা ঙাইরিবা মচানুপা অমবু লেংবান্দা থাঙ্গত্তুনা পুরগা কৈথেল কারম্মী। লম্বীদুদা নুপী অমসু উহৈ-ৱাহৈ য়াওবা থুম্মোক অমা পুরগা মখোয়গী মনাক্তা পরপ-পরপ চৎখি। অঙাং অদুনা উহৈ-পুবী নুপী অদুগী থুম্মোক্তগী লফোই অমা লোন্না লাম্লগা লৌহৌখি অদুগা চাখি। মচাগী হৈশিংবা মতৌদুবু উরগা মমানা মচাবু য়াম্না থাগৎখি। মচানুপাদুনা মপৃংমরৈ ফারক্লবা মতমদদি পোৎ মুনবা অমদি লুট তৌবনচিংবা ডাকুগী থবকশিং তৌরকখি। নোংমদি মহাক্লা লুট তৌবা চৎপদা মী অমা হাৎখি। মদুগীদমক্তা মহাকপু জেলদা থমখি। মহাক্কী মরালগী মতুংইন্না মহাকবু ফাঁসি তৌবা তাখি। মাবু ফাঁসি তৌদুনা হাত্ত্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্লা মমাবু উনবা পাম্লম্মী। তেংথাদুনা কপ্ল-কপ্লগা মমাদুনা অঙাওবীগী মতৌগুম মচানুপাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্লা মচাগী লাইবক অদুবু করম্না তম্বীরম্লীবনো হায়দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী। মমাদুনা মহাক্কী মনাক্তা হেক চঙলকপগা, মহাক্লা মমাগী মখৌরী চরম মেৎলগা হাৎকে হোৎনরম্মী; অদুবু জেলগী সন্ত্রীশিংদুনা মমা মচাবু শেত্তোক-খায়দোক্লম্মী। মচানুপাদুনা মমাদা য়াম্না পেন্দনা

অরোইবা ওইনা হায়রম্মীঃ " শিবগী দণ্ডি অসিদি ইমানা ফংবনা মতীক চাবনি, মরমদি নহাক্লনি ঐবু শিবগী দণ্ডি ফংহল্লিবগে। ঐনা চহি অনী শুরকপদা ঙাইরিঙৈদা লফোই হুরানখি। মতম অদুদা নহাক্লা নচাবু ব্লারকপীরম্লবদি ঐনা অসিগুম্বা দশা অসিদা তারম্লোইদবনি।"



# অরানবা খোঙথাং অমনা

কনাগুম্বা ব্রাহ্মন অমনা ফত্তবা থবক অহুমগী মনুংদগী অমখক তৌবা ঙম্লবদি মঙোন্দা অচৌবা খুদোলপোৎ অমা পীবগা লোয়ননা উপাধিসু পীগনি হায়দুনা নোংমা নিংথৌ অমনা লৈবাক মীয়াম খঙননবা লাউথোক্লম্মী। ফত্তবা থবক অহুমদুদিঃ

১) বেদবু অরানবনি হায়দুনা চৈগদবনি, নত্রগা

২) য়ু থক্কদবনি, নত্রগা

৩) অতোপ্পগী নুপীবু ইজ্জৎ মাঙহনগদবনি।

মতম কুইনা লৈরবফাওবদা সমুদ্র তরেৎনা কোল্লিবা লৈবাকশিংদগী কনামতনা য়ৌনা ফত্তবা থবক অহুমসিগী মনুংদগী অমখক্তংবু তৌগে হায়দুনা চোংথোরকখিদে। অদুবু মমৈথংদদি চরাহেন্দুনা শিগদৌরবা লায়রবা ব্রাহ্মণ অমনা কোনুংদা লাক্লম্মী, অদুগা পাপকী মশক ওইবা ফত্তবা থবক অহুমদুগী মনুংদগী খ্বাইদগী পাপ হন্থবনি হায়না মহাক্না খঙ্জবা য়ু-থকপা হায়বা ফত্তবা থবক্তুবু তৌজগে হায়দুনা চোংথোক্লম্মী। মদুগী মতুংইন্না মহাক য়ু থকখি, অদুগা মহাক্না য়ু হেক ঙাওরকপগা ব্রাশকপনে মীঙোন্দা শাপ তৌবনে মথোং মরম খঙখিদ্রে। য়ু ঙাওমনবদগী মফম মরাং খঙদনা

বেদবু ওইদবা ৱাশিংগী মচাকশিংনি হায়দুনা সোড়োক্তা কোইলাউ লাউদুনা চৎলকখি। মহাক্লা য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা মী অমগী ময়ুমদা চঙলগা লমদুগী খ্বাইদগী মরাল লৈবা মহাপাপী অমগুম ইমুংদুগী লৈমসিজা য়ুম্বুরেম্বীদুবু ইজ্জৎ মাঙহনখি।

ফত্তবা থবক অমনা অতোপ্পা ফত্তবা থবকশিংদা লমজিংই।



## অচুম্বদু লাউথোরকখি

মতম অমদা য়াম্না ফাওরবা পণ্ডিত অমা লৈরম্মী। বেদবু শন্দোক্লা তাকপা ঙম্বা মীশক অমা ওইনা মহাক্লা অচৌবা মিংচৎ অমা তাল্লম্মী, অদুবু কনামতনা মহাক্কী শাগৈ-জাৎ করিনো হায়বদুমদি খঙবা ঙমখিদে। মী অয়াম্বনা মহাকসে ব্রাহ্মণ ওইরম্লোই হায়না য়াম্না চিংনরম্মী। ব্রাহ্মণশিংনা ফনা য়াম্না কন্না খঙগে হায়না হোৎনরবসু মহাক্কী অশেংবা শাগৈ-জাৎ অদু খঙননবগী উপায় অমতা ফংখিদে। মমৈথংদদি ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমগী নুপীনা মপুরোইবদা হায়জরক্লম্মীঃ "পণ্ডিত অদু অমুক্তা ঐখোয়দা চাক কৌবিয়ু অদুগা পেন্না পীজরসি, অদুদগীদি মহাক্কী শাগৈ-জাৎ অদু ঈরায় লায়না খঙবা ঙমগনি।" নুপীদুগী ৱা মতুংইন্না পণ্ডিত অদুবু চাক কৌরম্মী। পণ্ডিত অদু মপূক পীক থন্না চারগা পোত্থারম্মী। চাক্লা নমখিদুনা পণ্ডিত অদু য়াম্না নীংথিনা তূমথখিরম্মী। মতম অদু মতুংদা নুপী অদুনা বেদ-পণ্ডিত অদুগী খুয়াদা মৈ ঙাংশঙ-ঙাঙনা ঈক্লবা য়োৎচৈ অমা থম্লম্মী। খুদক্তা পণ্ডিত অদুনা শামনখিদুনা "অ্যালা" হায়না লাউথোরকখি। মতৌ অসুম তৌদুনা মহাকপু মুস্লিমনি হায়বা খঙখি। থাজবা হায়বসিদি মপান্দা উৎকদবা নত্তে।



# নঙোন্দা অদুম থমজরো

নোংমা গৌতম বুদ্ধনা য়াম্না চীক্লা মথন্তা ফম্লম্মী। অদুবু মমৈথংদদি মী খর লাক্লগা মহাক্কী অকোয়বদা তিল্লখি। মখোয়গী মরক্তগী বুদ্বগী পাউতাকশিংবু তানীংদবা মী অমনা ফুক-হৌগৎলক্লগা লুদবা ৱাহৈ কয়া শীজন্নদুনা বুদ্ধবু য়াম্না থীনা চৈরম্মী। বুদ্বনা নোকমি নোকমি তৌদুনা ফম্লগা ফীভম করিমত। কায়দবমখৈ মাগী ৱাশিং অদু মুন্না তারম্মী। শাউনা ৱাঙাঙমনবদগী নুপা অদুগী মচীন্দু কোঙ্গোল কারম্মী অদুগা লৈয়েংসু য়াম্না ফায়রক্লম্মী। অদুবু বুদ্ধদেবদি মহৌশাগী মহৌশা ওইনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা অদুম লৈরম্মী। মমৈথংদা বুদ্ধনা নুপাদুদা হংলকখিঃ " ইয়াম্বা, ৱা ঙাঙবীবা লোইরব্রা ?" নুপা অদুনা য়াম্না শাউনা হায়রক্লম্মীঃ " নহাকসিদি ইকাইবগা অমতা খঙদমাল্লে। হে মায়থাবা ! ঐনা নঙবু অসুক য়াম্না থীনা চৈবদা নঙদি করিমতা নাচুংবিদে। নহাকসে মায় পান্দবা মীনি; নহাকসে উতূপ অমনি।" বুদ্ধদেবনা মোমোন মোমোন নোক্লগা নুপা অদুদা হংলম্মীঃ "ইয়াম্বা, মী অমনা কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমদা খুদোলপোৎ পীবা মতমদা অতোপ্পা মীদুনা খুদোলপোত্তু লৌবিদ্রবদি, মদু কনাগী মখুত্তা লৈগনি?" নুপা অদুনা য়াম্না থুনা

হেক্তা খুন্নক্লম্মীঃ“ মদুদি খুদোলপোৎ পীরিবা মী অদুগী মখুত্তা অদুম লৈগনি।” অদুদগীদি বুদ্ধদেবনা অসুম্না হায়রকখিঃ “ য়াম্না ফরে, অদুদি ইয়াম্বা! নহাক্না ঐঙোন্দা চৈবদা ঐহাক্না করিমতা লৌখিদ্রবনিনা (নাচুংবিখিদ্রবনিনা) নহাক্না চৈখিবা ৱাহৈশিংগী খুদোলপোৎশিংদু নঙোন্দা অদুম থমজরো।”



# সংসারসিদি মায়ানি

গু রু অমনা মহাক্কী শিষ্য অমদা হায়রম্মীঃ " সংসারসিদি মায়ানি। লাকও, ঐগী তুংইল্লকউ, ঐগা লোয়ননা আধ্যাত্মিক্কী লম্বী চৎগীন্নসি।" শিষ্যদুনা খুল্লক্লম্মীঃ" ইকাইখুম্নজরিবা গু রু ইবুংঙো! য়ুমদা লৈরিবা ঐগী ইমা, নুপী অমসুং অতোপ্পা ইমুংগী মীশিংনা ঐবু য়াম্না নুংশিবি। ঐনা মতৌ করম্না মখোয়বু থাদোক্লগা চৎকনি?" গুরুনা হায়রক্লম্মী ঃ " তশেংনমক নহাকসে "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা ৱাখলদা লৃপ্তুনা লৈরে, অদুগা নহাক্লা হায়রি মদুদি নহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীশিংনা নহাকপু অওইবা ওইনা নুংশি। মখোয়না নহাকপু অওইবা ওইনা নুংশি হায়বদু নহাক্কী পৃক্লীংনা শেরান্ননা লৌবনি। ঐহাক্লা নঙোন্দা করিগুম্বা অমা তাকপীগে, অদুগা মখোয়না নহাকপু অওইবা ওইনা নুংশিব্রা নত্রগা নুংশিদব্রা হায়বদু নহাক্লা খঙগনি।" মদু হায়রগা গুরুদুনা মহাক্কী শিষ্যদুদা হীদাক গুলী অমা পীরম্মী অদুগা মঙোন্দা হায়রকখিঃ" মসি য়ুম য়ৌরগা য়োৎশিল্লু, অদুদগীদি মখোয়গী মমীত্তা নহাকসে অশিবা মী অমগুম উগনি; অদুবু নহাক্কী জ্ঞান শুকমাঙ মাঙলোই।নহাক্লা পূম্নমক উগনি অমসুং তাগনি। মতম অদুদা ঐহাক নহাক্কী য়ুমদা লাক্কে,

অদুদগীদি নহাক অসুম অসুম হান্নগী ফীভমদুদা লাক্কনি।"

শিষ্যদুনা মহাক্কী গুরুগী য়াথং ইল্লম্মী, অদুগা মহাক্কী ফমুংদা অশিবা মী অমগুম তাদুনা লৈরম্মী। ইমুংদু তেংথা-নাওইবগী খোঞ্জেলনা পীক থল্লম্মী। মহাক্কী মমা, নুপী অমসুং অতোপ্পা মীশিংদুনা লৈমায়দা থরো থরো ওন্দুনা থম্মোয় শোক্লা কপনরকখি। মতম অদুমক্তদা মহাক্কী গুরুদু মফমদুদা লাক্লম্মী অদুগা হংলক্লম্মীঃ " ময়াম্না কপ্পরিবসিবু করি তৌরবগে?" মখোয়না খুম্লক্লম্মীঃ " নুপা অসি শিরে !" গুরু অদুনা নুপাদুগী মিহুল য়েংলম্মী অদুগা হায়রক্লম্মীঃ "করিনো ময়াম্না তৌবিরিবসিবো'? নত্তে, মহাক শিদ্রি। তুমিন লৈবিয়ু। মাবু পূংফ-ফহন্নবা ঐগী হিদাক অমা লৈ।" মদু তাবদা মহাক্কী মরীমতাশিংদুগী নুংঙাইবদু ঙমখৈ লৈখিদ্রে; ঈশ্বর মশামক্লা স্বর্গদগী মখোয়গী য়ুমদা হেক কুমথবিরকপগুম তৌখি। "অদুবু," গুরুদুনা হায়রক্লম্মী, " ঐনা করিগুম্বা অমা হায়জগে। মী অমনা মসিগী হিদাক অসি খর অহানবদা চাগনি, অদুগা মতুংদা নুপাসিদা অরেম্বদু পীজগনি। তৌবতদি অহানবদা হিদাক চাবা মী অদুদি শিগনি, অদুগা অরেম্বদু চারগা নুপাসিদি হিংগৎলক্কনি। নুপাসিবু নুংশিবা মরীমতাশিং মফমসিদা য়াম্না লৈরে হায়বা ঐহাক্লা উরে; মখোয়গী মরক্তগী অমনা হেক্তা হিদাক অসি চাগে হায়দুনা শোয়দনা চোংথোকপীরক্কনি হায়না ঐহাক্লা থাজৈ। অদুগা মহাক্কী নুপী অমসুং মমা অনীমক্লসু থম্মোয়শোক্লা কপ্লম্বা ঐনা উর্জখি। তশেংনমক মখোয়না হিদাকসি চাবদা করিমতা চিংনরোই হায়নসু

ঐহাক্লা খঞ্জে।" খুদক্তা মখোয় পূম্নমক কপ্পা তোক্লখি, অদুগা তুমিন্না লৈনখি। মমানা হায়রকখিঃ "ফরে, ঐখোয়গী ইমুংসি মী য়াম্না লৈবা ইমুংনি, ঐহাক শিরে হায়না লৌরো; অদুদগীদি ইমুং - মনুংসিবু কনানা য়েংশিনবীগনি?" মসি হায়রম্লগা মহাক্না পূক্নীং য়াম্না নুংঙাইতবা ফীভম অমদা হঞ্জিন্দুনা লৈখি। মিনিট অমগী মমাংদা কপ্লম্বী অমসুং মহাক্কী মপুরোইবগী ফত্তবা নোংদমদুবু খন্থরুরগা তেংথারম্বী নুপী অদুনসু হায়রক্লম্মীঃ"ঐগী পীকখ্রবা ইচা অনী/ অহুম লৈরি। ঐহাক্লা শিখ্রবদি মখোয়বু কনানা য়েংবীগনি?"

শিষ্য অদুনা পূম্নমক উরম্মী অমসুং তারম্মী। মহাক্লা খুদক্তা ফমুংদগী হৌগৎলকখি, অদুগা মহাক্কী গুরুদুদা হায়জখিঃ"গুরুদেব! ঐহাক জ্ঞান তারে। ঐহাক য়ুম থাদোক্তুনা চৎলনি। গুরুদেবগী তুং-ইল্লনি।"



# হকচাঙগী ফজবা

মহারাজ অমগী য়াম্না চুং-ফিরাল চাবা অমদি পাঙ্গল য়াম্না কনবা মচা রাজকুমার অমা লৈরম্মী। মহাক্না চহি ২২ শুরকপা মতমদা মপাবুং মহারাজনা মহাক্কী লুহোংনবগী মরমদা মহাক্কা ৱা খন্নরম্মী। রাজকুমারদুনা মপাবুংদা মহাক্কী নুপীদি মহাক মশানা মখোয়গী প্রজাশিংগী মনুংদগী খঞ্জগে য়াবীয়ু হায়জরম্মী। মপাবুংনা মচানুপানা হায়রিবদু হরাও-হরাওনা য়াবিরম্মী। নোংমা রাজকুমারদুনা শগোল তোংলগা থোং অমা লানবা মতমদা য়াম্না ফজখ্রবী লৈশাবী অমা তুরেল মখাদুদা ঈরুজবা লাকপা উরম্মী। মহাক্না লৈশাবীদুগী শুম্নাৎনীংঙাই ওইবা ফজবদু হেক উবমক্তদা মহাকপু মফম-মরাং হেক খঙদবমখৈ নুংশিরম্মী। লৈশাবী অদু সহর অদুগী য়াম্না ইনাক খুনবা লল্লোন-ঈতিক তৌবা বৈশ্য অমগী মচানুপী ওইরম্মী। মহাক্না ধর্ম্মগী লাইরিকশিং য়াম্না নীংথিনা খঙলম্মী অদুগা লুহোংবগুম্বা সংসারগী অফা-অপুনশিংসিবু তাথীরম্মী। কোনুংগী অঙম-অথৌশিংনা লৈশাবীদুগী মপাবু ফংননবা থিরক্লম্মী, অদুগা মাগী মচানুপীদু নিংথৌগী মচানুপাদুদা লুহোংঙসি য়ারো হায়রম্মী। নুপীগী মপা বৈশ্যদুনা মচানুপীবু

নিংথৌগী মচানুপাদুদা পীবা পাল্লমখিদে, মদুদা কোনুংগী অঙম অথৌশিংদুনা পৃঙক-ঙক্লম্মী। মপানা মহাক্তী বৈশ্য ওইবনিনা মহাক্কী ময়ানুপাসু বৈশ্য ওইবা পাল্লম্মী। অদুদগীদি মচানুপীদুনসু লুহোংবা শুকঙম-ঙম্লোই হায়রকখিবদুনা অমুক হেন্না ৱাফম অদু চয়েৎনহনখি।অদুদগীদি কোনুংনা লুহোংসি য়াদ্রবদি মপা অমসুং মচানুপীবু অকিবগী মশক ওইবা চৈরাক পীগনি হায়দুনা কিহল্লকখি।

ধর্ম্ম-চেনবী মচানুপী লৈশাবী অদুনা চৈরাক অদুদগী নাম্থোক্লব্বা থৌরাং অমা তৌরম্মী। মহাক্না মপাবুংদা হায়রম্মীঃ “পাবুং, নুমিৎ নিপালনিগী মতুংদা ঐনা রাজকুমার অদুবু মায়য়োক্লনা উননীংই, অদুগা মদুগী মতুংদা ঐহাক মহাক্কা লুহোংবা য়ারে হায়দুনা কোনুংগী অঙম্বশিংদা খর হায়বিরুচো।” মচানপীনা হায়বা মতুংইন্না মপানা কোনুংগী অঙম্বশিংদা পাউদমখিরম্মী। নুমিত্তুদগী হৌদুনা মচানুপীদুনা অকনবা জোলাপ নুতিগী চারম্মী, অদুগা মহাক্কী থী-য়ুং অদু নুমিৎ খুদিংগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা চফু অমমমদা হাপ্লগা থম্লম্মী। নিপালশুবা নুমিৎ অদুদা রাজকুমার উননবগীদমক্তা লৈশাবী অদু মথক কুপ্পা দোলাই অমদা পুরম্মী। মহাক্না লোয়ননা থী-য়ুং য়াওবা চফু নিপাল অদুসু পুরম্মী। মখুম ফজনা কৃপ্লবা চফু নিপাল অদু রাজকুমারগা মহাক্কা মায়য়োক্লনা উনগদবা হোল মনুং অদুদা মহাক্না হায়জবগী মতুংইন্না থম্লম্মী। কনামতনা চফুশিংদুদা করি য়াওরিবগে হায়বদু খঙখিদে। অকিবগী মশক ওইনা চৈরুং-চপশিল্লবা, মমীৎ কুৎশিল্লবা অমদি শরূ-শরাং ঙাক্তা ঙাইরবা লৈশাবী অদু উবমক্তদা

রাজকুমারদুগী থম্মোয়দা থুক-লাউবা অমা ফাওরম্মী, অদুগা মহাক্না লৈশাবী অদুদা হংলকখিঃ “ ইবেম্মা! নহাক্কী য়াম্না ফজরম্বা পূম্নমক অদুদি কদাইদা চৎখ্রে?” লৈশাবী অদুনা থী-য়ুং য়াওবা চফু নিপাল অদুদা খুদোনবী থিল্লগা উত্তুনা তাক্লম্মী। অদুদগীদি রাজকুমার অদু লৈশাবীদুগা লুহোংবগী ব্রাখল লৈরকখিদ্রে। “ হকচাঙগী ফজবসিদি উরম্বদগী মাঙখিগনি” হায়বা পারা অদুবু রাজকুমার অদুদা তম্বীখিবসিদা লৈশাবী অদুনা য়াম্না নুংঙাইজখি।



# শিগনি খল্লুবদা কিজবা

নোংমদি শোয়দনা শিগনি খল্লুবদা কিজবা লল্লোনবা নুপা অমনা শিবগী লাই ওইবীরিবা যম নিংথৌবু চহি কয়ামুক চুপ্পা পূজা তৌজরকখি। মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা ভক্তি অদু উরগা যমরাজনা য়াম্না পেল্লম্মী। মরমদুনা লল্লোনবা নুপা অদুনা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্কী তৌগদবা থবক পুম্নমক তৌরম্বা ওয়নবা মহাকপু খুদক্তা শিহল্লোই অমসুং মহাক শিগদৌরে হায়নসু মাংজৌননা খঙহল্লক্কনি হায়না যমরাজনা মহাক্কী মফমদা ৱাশক্লম্মী। শিরমদাইদদি লল্লোনবা নুপা অদু য়াম্না শাউরম্মী, অদুগা যমরাজবু তৌবিমল খঙদে অমসুং নমথাক তৌই হায়না মরাল শীরম্মী। মহাক্না যমরাজদা হায়রকখিঃ" হে যম নিংথৌ ! নহাক ওইদবা ৱা ঙাঙই। ঐহাক শিগদৌরে হায়বা মাংজৌননা খঙহল্লক্কনি হায়না হায়বীখিবনি, অদুবু ঐঙোন্দা করিশু খঙহন্বীরক্খিদ্রে।" যম নিংথৌনা পাউখুম পীরক্লম্মীঃ "করিগী? নহাক্কী শিরমদাইগী অয়ৌবী ফীভম অসি য়ৌরক্ত্রিঙৈদা য়াম্না মাংজৌননা অমুক্তা নত্তনা মরিরক নহাক শিগদৌরে চোকশিলহৌরো হায়না খঙহনখ্রবনি।"

লল্লোনবা নুপা অদুনা মঙোন্দা যমরাজনা মাংজৌননা

খঙহল্লকখিবা করিমতা লৈতে হায়না অদুম হায়রম্মী। অদুবু যমরাজনা মঙোন্দা শন্দোক্লা হায়রকখিঃ " নহাক্কী শম ঙৌরকখি। মদুনা নহাক শিগদৌরে হায়বগী অহানবা ওইনা খঙহনবনি। অদুবু নহাক্লা নহাক্কী অঙৌবা শমশিংদু মচু শঙখি, অদুগা নহাক্লা মদুগী পারা অদু কাউথোকখি। অদুদগীদি অমুক অনীশুবা ওইনা নহাকপু কোক তাংহল্লে, অদুবু, নহাক্লা অমুক খুৎশেম-শম হাপখি , অদুগা ঐগী পাউমেন্দুবু করিশু ওইদনা লৌখি। অদুগী মতুংদা অহুমশুবা ওইনা নহাক্কী নয়াশিংদু তেকহনখি, অদুবু নহাক্লা অশেম্বা য়া পরেং পরেং হাপখি, অদুগা নহাক্লা করিমতা থৌশাদবমখৈ খক শিররোই মতাগুম অদুম লৈথোকখি। ঐনা নঙোন্দা মরিশুবা ওইনা নহাক শিগদৌরে কুইররোই হায়না খঙহনখিবদুনা নহাক্কী উন্সা পূম্বা খুইহনখিবদুনি। নহাক্লা মদুবুসু থৌওইবিখিদে। হৌজিক্তি নখুৎ নশাদু থক থক নীক্লেদো ! ঐবু ৱারৌগনু।" যমরাজদি থাঙ্গৈশেংনমক মশাগী ৱা ঙাক্লা চৎচবনি।



# অ্যালেগজ্যান্দরনা ভারতবর্ষদা

অ্যালেগজ্যান্দরনা ভারতবর্ষদা লান্দাবা লাকপা মতমদা ভারতকী মমিং চৎপা মুনি-ঋষি অমা উননীংবগী খোয়রাঙবা পোক্লম্মী। মহাক্না মুনি-ঋষি অমনা লৈবা চীংগী শুরুংদা চৎলম্মী। মহাক্কী আশাদি ঋষিদুনা মহাকপু তরাম তরাম ওকপীগনি হায়বসিনি। অদুবু ওন্নতৈনবদা ঋষিদুনা ঈচম-চম্না মনাক্তফাওবা লাকপীগনু চৎখ্রো হায়না হায়রম্মী। পৃথিবীবু থক-থক নীকহল্লিবা লানঙম্বা মীশক অদুবু মহাক্না উনবা নত্রগা খঙনবা পামখিদে। মদুদা অ্যালেগজ্যান্দরনা য়াম্না শাউখি। মহাক্না থাঙশাং চিংথোক্লগা ঋষিদুবু হাৎলগে হায়দুনা কিহল্লম্মী। অদুবু ঋষিদুনা করিমতা ফিঙ্গৎতনা নোক্লগা হায়রক্লম্মীঃ"ঐদি শিরোই হকচাঙ নত্তে, ঐদি আত্মানি; ঐনা শিনীংলবসু শিবা ওন্নোই।" ঋাফম অদুনা অ্যালেগজ্যান্দরদা মঙালগী ঋাখল অমা পোকহল্লম্মী, অদুগা মহাক্না মহাক্কী থাঙশাং অদু থাঙখুমদা হাপচিনখিরম্মী।



# ওক্তবীদি নঙনি নুপীদু নত্তে

সন্ন্যাসী অমনা মন্দির অমগী মনাক্তা লৈরম্মী, অদুগা মহাক্না লৈরিবা মফম অদুগী মমাংহেকমক্তদা ওক্তবী বেশ্যা অমা লৈরম্মী। নুপা ময়াম ময়াম ওক্তবীদুগী য়ুমদা নুমিৎ খুদিংগী লাকপদু উবদা সন্ন্যাসী অদুগী মপূক্নীংদা পোত্থাফম খঙলমখিদে। নোংমদি মহাক্না নুপীদু কৌরম্মী অদুগা ৱারক-ৱাতেপ্নীবা ওইনা হায়রক্লম্মীঃ "নহাক মহাপাপী অমা ওইরে। নহাক্না করিমতা কিদবমখে অহিং-নুংথিল চুপ্না পাপ তৌরি ! ও! নহাক্তী শিরবা মতুংদা য়াম্না ৱাগদৌরিদা ! নরক তারনি।" লাইবকথীরবী ওক্তবী অদুনা মহাক্না তৌরিবা থবকশিং অদুগীদমক্তা অঙকপা ফংনা মথৱায় ৱাজরম্মী। মহাক্না থম্মোয়নুংগী মপূংফাবা অণুতাপকা লোয়ননা মহাক্কী মরালবু ঙাকপীয়ু হায়দুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরম্মী। কছুবী খনবনা মাগী শিন্‌ফম ওইখিরম্বনা মহাক্না অতোপ্পা হিংননবা পাপ্বে অমা ঈরায়-লায়না হেক্তা ফংবা ঙমখিদে। মহাক্কী হকচাঙনা পাপ তৌজরবসু মহাক্কী থম্মোয়নদি মহাকপু ঙাকপীয়ু হায়দুনা হন্না হন্না থৱায়-য়াওনা প্রার্থনা তৌজরকখি।

ওক্তবী অদুনা সন্ন্যাসীদুগী পাউতাক ইন্না চৎপা ঙমখিদে।

মহাক্কী পাউতাকপু অর্থ লৈহন্দে হায়বসি সন্ন্যাসী-অদুনা উরম্মী, অদুগা মহাক্লা খল্লক্লম্মীঃ“ ফরে, কছুবীসিগী লেমহৌরিবা পৃক্সী অসিদা নুপা কয়ামুক মঙোন্দা চঙবগে হায়বদু য়েংলগে।” নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা মহাক্কী মথৌ অমা ওইনা নুপী অদুগী য়ুমদা চঙখিবা নুপা হেক খুদিংগী নৃঙ-মচা অমমম মাগীদমক থল্লগা সন্ন্যাসী অদুনা নুপা মশীঙ থীবা হৌরক্লম্মী। মতমগী মতুংইন্না মমৈথংদদি নৃঙ-মচাশিংদুনা অচৌবা নৃঙ-মপৈ অমা ফারকখি। নোংমদি অচৌবা নুঙ-মপৈ অদুদা খুদোম্বী থিল্লগা সন্ন্যাসী অদুনা ওক্তবী অদুদা হায়রকখিঃ“ হে নুপী! মসিদা পৈরিবা নৃঙ-মচাশিংগী মপৈসে নহাক খঙলব্রা ? ঐনা নঙোন্দা ফত্তবা লীচৎ-শাজৎ চৎলনু হায়দুনা পাউতাক পীখিবা নুমিত্তুদগীসু নহাক্লা শিবগা মান্নরবা পাপ ময়াম অমা অকিবা লৈতনা তৌরক্লি। নৃঙ-মচা অমনা নহাক্কী শিবগা মান্নরবা পাপ অমনি। হৌজিকসু ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসিনিঃ নহাক্লা তৌরিবা ফত্তবা থবক অদুগীদমক্তা চ্যেকশিল্লু।”

মরাইবকথীরবী ওক্তবী অদুনা মহাক্কী পাপশিংগী মপৈদু উবদা পাখত্তুনা থক-থক নীক্লম্মী, অদুগা উপায় অমতা লৈজদদুনা মমীত্তা মপি চদুম চদুম শীন্থরগা ঈশ্বরদা থব্রায়-য়াওনা প্রার্থনা তৌজরম্মীঃ “হে প্রভু, ননাইনা লেল্লিবা ব্রারবা পৃক্সী অসিদগী ননাইবৃ লাম্থোকপীররোইদ্রা?” মহাক্লা থম্মোয়শোক্লা তৌজবা প্রার্থনা অদুবু প্রভুনা তাবীখি; নুমিৎ অদুমক্তদা ওক্তবী অদুবু ঙাকপীহৈবা জগৎকী মপুনা লৌশিনবিখি।

অভকপনি ঈশ্বরগী ৱাখেসে ! সন্ন্যাসী অদুসু নুমিত্তুমক্তদা শিখি। ঈশ্বরগী দূতশিংনা স্বর্গদগী কুমথরকখি অদুগা ওক্তবী অদুগী আত্মাদু স্বগগী লৈবাক্তা পুখৎপা হৌরক্লস্মী। অমরোমদনা অমুক যমগী দূতশিংনা সন্ন্যাসীগী আত্মাবু নরক্তা পুথবা হৌরক্লস্মী। কচ্ছুবীদুগী অফবা নোংদমদুবু উবদা সন্ন্যাসীগী আত্মানা লাউরক্লস্মীঃ " মসিরা ঈশ্বরগী মীচং-মীখায় নাইদবা হায়বদো ? ঐনা পূর্ণীচুপ্পা শেল-থুম তান্দবমখৈ ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চণ্ডজনবা কন্না হোৎনজখি, অদুগা পাপনা য়োমখিবী ওক্তবী অদুগী আত্মাদুবুনা স্বর্গদা পুখৎপীবা।" মহাক্কী ৱাসি তাবদা ঈশ্বরগী দূতশিংদুনা হায়রক্লস্মী ঃ" ঈশ্বরগী ৱাখৈশিংদি মতম লৈবা খিবিক্ত চুস্লনি। নহাক্ল র্কারি র্কারি খনখিবগে হায়বদু ঈশ্বরনা খঙই, মরমদুনা নহাক্কী ৱাখলগী মতুংইন্না ঈশ্বরনা ৱাখৈ পীবনি। নহাক্তী মপান্দা নঙ-মঙাইরে হায়না উৎপা পাম্মি, নাপল তৌই, মিংচৎনচিংবা ফংননবা হোৎনৈ, মদুনা মরম ওইদুনা ঈশ্বরনা ৱাখৈ অসি নঙোন্দা পীবনি। নহাক্কী থম্মোয়নদি ঈশ্বরবু থৱায় য়াওনা নুংশিরুদে। ওক্তবী অসিদি, মহাক্কী হকচাঙনা মতম অয়াম্বদা পাপশিং তৌজরুরবসু, অহিং-নুংথিল নাইদনা থৱায়-য়াওনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবা লেপতে। য়েংউ, নহাক্কী হকচাঙ অমসুং নুপীদুগী হকচাঙ অনীদুদা তৌরিবসে ! নহাক্কী হকচাঙনা পাপ তৌখিদবা মরমদগী হিংহৌরিবা মখোয় ময়াম্না নহাক্কী হকচাঙবু ফজ-ফজরবা মখল কয়াগী লৈশিং অমসুং লৈ-পরেংশিং পুরক্কুনা লৈতেংলি, অদুগা ঈশৈ - নোংমাইগা

লোয়ননা অশেংবা তুরেল তপ্পা শোভাযাত্রা চৎলি। অদুগা অমরোমদনা অমুক পাপনা থল্লবী ওক্তবী অদুগী হকচাঙ অদুদি লমহুইশিং অমদি লংজাশিংনা হৌজিক মচেৎ-মচেৎ শেগায়দুনা চারি। অদুম ওইনমক ওক্তবীসিগী থম্মোয়দি শেংই, মরমদুনা মহাক্কা অশেংবশিংনা লৈবা মফমদা চৎপনি। নহাক্কী থম্মোয়দি মতমলৈবখিবিক্তা ওক্তবী নুপীসিগী পাপশিংগী ব্রাখলদা লুপ্তুনা লৈরুবা মরমনা শেংদে। মরম অদুদগীনি নহাক্কা শেংদবশিংনা লৈবা মফম নরক্তা চৎলিবসি। ওক্তবীদি নঙনি নুপীদু নত্তে।"



# ঈশ্বরনা নোকপা

ঈশ্বরনা থৌদোক অনীখক থোকপা মতমদা নোকই। মাইবনা অনাবা অমগী মমাদা " ইমা, করিমতা ৱাবীরুগনু, ঐনা শোয়দনমক নহাক্কী নচানুপাসিগী অনাবা ফহনগনি" হায়বা মতমদা অমা ঈশ্বরনা নোকই। ঈশ্বরনা মশামক্তা অসুম্না হায়জরগা নোকচৈ ঃ" ঐনা মহাক্কী মচানুপাগী থৱায়দি লৌগদৌরি, অদুগা মসিগী মাইবা অসিনদি মহাকপু শিগদবদগী কনবীগনি হায়রি।" ঈশ্বরনা অশেংবা মপুনি হায়বসি কাউথোক্লগা মাইবদুনা মহাক্না মপুনি হায়না লান্না লৌরি।

মচিন্মানাও অনীনা লং অমা পায়রগা " মসিনা ঐগীনি, অদুগা মদুনা নঙগীনি" হায়দুনা মখোয়গী লম য়েন্থোক্লুবা মতমদা অমুক্কা ইবুংঙো মহাক্না নোকই। ঈশ্বরনা জগৎসিগী মপুনি হায়বসি মখোয়না কাউথোক্লি।

" ঐগীনি", "নঙগীনি" অমসুং "মহাক্কীনি" হায়দুনা মপু মহাক্কী পোৎশিংবু তান্নবা হৌনদে।



# পুম্নমকসে বিষ্ণুনিনে

অয়ৌবীদা নুংঙাইরবা বিষ্ণু-নীংবা লম্বোইবা অমা খুঙ্গং অমদা লৈরম্মী। মীয়াম্না মহাকপু অঙাওবা মীশক অমনি হায়না লৌনরম্মী। নোংমদি মহাক্না নক্লবা খুঙ্গং অমদগী চানবা খর নীরুরগা হুই অমগী মনাক্তা ফমদুনা মখোয় অনী চামীন্নরম্মী। অয়েংবা মীশিংনা মদু উবদা অঙকপা দৃশ্য অমা ওইখি। লম্বোইবা অদুনা অহানবদা চখোম অমা চাখি অদুগা মথংদনা হুই অদুদা চখোম অমা ইনবিখি। মতৌ অসুম তৌদুনা মরূপ অনী চামীন-থকমীন্নবগুম শাগা মীগা পূন্না চামীন্নখি। অয়েংবশিংদুগী মরক্তগী অমনা মহাকপু অঙাওবা মীশক অমনি হায়না নোক্লবা হৌরক্লম্মী। মদুদা মহাক্না নোকমি-নোকমি তৌরগা হায়রকখিঃ

" করিগীনো নহাক্না ঐবু নোক্লরিবদুবো ?
বিষ্ণুগা বিষ্ণুগা ফম্মীন্নবনি;
বিষ্ণুনা বিষ্ণুদা পীজবনি;
নহাক্না করিগী নোক্লরি, হে বিষ্ণু?
পুম্নমকসে বিষ্ণুনিনে।"



# গুরু হয়িংখোই

মতীক-মগুন য়াম্না লৈরবা যোগী অমনা অখন্নবা গুরু অমা ফংজখি। গুরু অদুদি হয়িংখোই ওইরম্মী। হয়িংখোইনা মতম চঙনা কন্না হোৎনজরগা খোইহী পৈশন্দুনা থমজরম্মী, অদুগা নুপা অমনা করিগুম্বা মফম অমদগী লাক্লগা খোইমহুমদু থুগায়রগা খোইহীদু থক্তোকখি। হয়িংখোইনা করিশু ৱারৌখিদে। কন্না হোৎনজবগী হোৎনজমল মহয়দু চাও হায়না হয়িংখোইগী লাইবক্তা হান্ননা তমখিদবনি। মদু উরুবদা মতীক-মগুণ য়াম্না লৈরবা যোগী অদুনা হয়িংখোইদুদা খুরুম্লম্মী, অদুগা হায়জরম্মীঃ" প্রভু! নহাকসে ঐহাক্কী গুরুনি; পৈশন্দুনা থন্বা লন-থুমগী থাজবয়াবা অরোইবী দশাদু করিনো হায়বা ঐহাক খঙজরে।"



# খেন্নবা উরোই

শুকদেবনা ব্রহ্ম খঙননবগী জ্ঞান তাকপীরক্লবগীদমক্তা জণককী মফমদা চৎলম্মী। জণকনা মঙোন্দা হায়রক্লম্মীঃ" নহাক্লা ঐঙোন্দা গুরু দক্ষিনা হান্নদা পীথোরক্কদবনি। নহাক্লা ব্রহ্মগী জ্ঞান হেক ফংখিবগা নহাক্লা ঐঙোন্দা গুরু দক্ষিনা পীরক্লরোই, মরমদি ব্রহ্মবু খঙলবা মীনা গুরুগা শিষ্যগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা উরোই।



# মশাগী ধর্ম্মতমক মউবা

শিব মহাদেববু লাৎপা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না অতৈ অতোপ্পা লাইশিংবুদি শাথীনা য়েংথীরম্মী। নোংমদি শিবনা নুপাদুগী মমাংদা শক-উৎলম্মী, অদুগা হায়রকখিঃ "নহাক্না অতোপ্পা লাইশিংবু য়েংথীরিবমখৈদি ঐনা নহাকপু কৈদৌঙৈদসু কুবিরোই।" অদুবু নুপা অদু হনবা লৈখিদে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা শিবনা মহাক্কী মমাংদা অমুক হন্না শক-উৎলম্মী। হন্দকমুক্তি ইবুংঙো মহাক্না তংখায় অমনা শিব অদুগা তংখায় অমনা বিষ্ণু ওইবা হরি-হরাগী শওং-শকতা অদু উৎলম্মী। মদুদা নুপা অদুনা হরি-হরাগী তংখায় অমদি পামখিদে। মহাক্না শিব ওইনা উৎলিবা নাকল অদুদা হৈকৎ-লৈকৎ তৌরম্মী, অদুগা বিষ্ণু ওইনা উৎলিবা নাকল অদুদদি করিমতা কৎখিদে। মহাক্না মানা পামজরিবা লাই শিবদদি ধূপকি নুংশিরবা মনম অদু নীংথিনা ফংহল্লম্মী, অদুগা মহাকসে কয়ামুক লমহেন্নো জাৎথীবগে হায়ববু বিষ্ণুনা ধূপকি নুংশিরবা মনম অদু হোঞ্জিনখিদনবা হায়দুনা মহাক্না বিষ্ণুগী মনাতোল মখুনশিং অদু মখুৎনা মেনশিল্লম্মী। অদুদগীদি শিবনা অসুম্না হায়রকখিঃ "নহাক্কী নশাগী ধর্ম্মতমক মউবগী ফীভম অসি য়াম্না চেৎনা মরা তাপ্রে,

ফুক্তোকপা ঙম্লরোই। ঐনা লাই অনীগী অপুনবা শক্লোন পুথোক্লগা লাইশিং অমসুং লাইরেম্বীশিংসে অমখক্তা ওইনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক্কী (ঈশ্বরগী) তোঙাল-তোঙাল্লবা শওং-শকতাশিংনি হায়বা খঙহনগে হায়দুনা য়ারিবমখৈ হোৎনখিবনি, অদুবু নহাক্লা পারা অদু অফবা মওংদা খঙফম থোকপনি হায়না লৌখিদ্রে। মরমদুনা নহাক মদুগীদমক্তা মতম শাংনা ৱাখিবা তারি।”

নুপা অদু খুঙ্গং অমদা চত্তুনা চঙজফম থিখি। অদুদগীদি মহাক বিষ্ণুবু খ্বাইদগী পামদবা মীশক অমা ওইরকখি। ময়ামদগী তোপ্তোপ্না লৈবা মাগী মরিং-মরাংবা মওং-মতৌদু খঙলগা খুঙ্গংদুগী অঙাংশিংনা বিষ্ণুগী মিংবু খোন্থোক্লা লাউর-লাউরগা মহাকপু লক্লরম্মী অমসুং শাউহল্লম্মী। মদুদা ৱারৌখিদুনা মহাক্লা শরীক অনীখক মহাক্কী মণাকোং অনীদুদা অমমম য়াল্লম্মী, অদুগা নুপামচাশিংদুনা ‘বিষ্ণু, বিষ্ণু, বিষ্ণু, ’ হায়না লাউরকপা মতমদা মহাক্লা শরীকশিংদু য়াম্না কন্না কন্না খীঙলম্মী, অদুগা মহাক্কী মণাকোং অনীদুদা “ বিষ্ণু, বিষ্ণু, বিষ্ণু,” হায়বা মিংশিংদু তাহনখিদে। অদুম তৌবদগী মহাকপু শরীক্কী মণাকোং পানবা অঙাওবা হায়না খঙনখি। মহাক্কুম্বা মশাগী ধর্ম্মতমক মউবা মী ওইগনু।



# দান লান্না তৌবা

মতম অমদা শা হাৎলগা কক্তুনা য়োনবা নুপা অমনা ষন্বী অমা অরাপ্পা শাহাৎফমশঙ অমদা পুরক্লস্মী। মহাক্না থীনা তৌবীমনখিবদগী ষন্বী অদু লন্বীদা লাকঙম-ফাঙল্লকখিদে। মহাক্না ষন্বীদুবু হোইরগা পুবদু য়াম্না ৱানা থোকখি। অদুবু পূং খরগী মতুংদদি মহাক্না য়াম্না ৱানা নুমিৎয়ুংবা মতমদা খুঙ্গং অমদা য়ৌরকখি, অদুগা মহাক য়াম্না চোথরক্তুনা নক্লবদা লৈবা লৈত-লায়রশিংগী অনাথ-আশ্রম অমদা চৎলস্মী, অদুগা মফমদুদা লেম্না পীজ-পীথক তৌরিবা চীজ্ঞাক অদু চারস্মী। মরাংকাইনা চাবা থকপা তৌরবা মতুংদা মহাক্কী মশাদু মপূংফানা তেখৎলক্লবদুদি মহাক্না ষন্বীদু ঈরায়-লায়না পস্থুংফম য়ৌবা ফাওবা পুবা ঙমখি। অদুদগীদি ষন্বীদু হাৎলগা মতূপ-মতূপ কক্তুনা য়োনখি। হৌজিক্তি ষন্বীদু হাৎপগী পাপ খরদি অনাথ - আশ্রম অদুদা লেম্না পীজ-পীথক তৌদুনা দান তৌরিবা মীশক অদুদা তাখি।

মরমদুনা চীঞ্জাক ওইনরিবা পোৎ অমা দান ওইনা পীবদা নত্রগা ভিক্ষা পীবফাওবদা দান ফংগদৌরিবা মীদু লীচৎ-শাজৎ ফজদবা অমদি পাপ তৌবা মীশক অমা নত্তে হায়বসি হান্না মুন্না য়েংদুনা খঙদোক্লনি।ফত্তবা মীদা ফত্তবা থবকশিং পাঙথোক্লবগীদমক্তা দান পীবা চুমদে, পাপনি।

○ ○ ○

# মচীন্মনাও অনী

মচীন্মনাও অনীখক লৈরম্মী। মনাওনুপা অদুনা গোপালগী (অঙাং- কৃষ্ণগী) ভক্ত ওইরম্মী, অদুগা ময়াম্বদুনা কালি লাইরেম্বীগী ভক্ত ওইরম্মী। নোংমদি মখোয়গী ইস্কোলদা হৌবা লফু পাম্বী অমদা য়াম্না ফজখ্রবা লফোই চরোং অমা পানবা উরম্মী। মখোয় অনীমক্না লফোইদু হেক মুল্লকপগা মানা মানা নীংলিবা লাইদুদা কচ্চগে হায়না নীংনখি।

মতমগী মতুংইন্না লফোইদু মুল্লকখি। নোংমদি মনাওনুপাদুনা য়ুমদা লৈতবা নুমিৎ অমদা ময়াম্বনা লফোইদু হেক্তোক্লগা মানা লাৎলিবা কালি লাইরেম্বীদা কৎলম্মী। মনাওনুপাদু হল্লকখি, অদুগা লফোইদু ময়াম্বনা হেক্তোক্লগা মাগী কালি লাইরেম্বীদা কৎখ্রে হায়বা খঙলকপা মতমদা মহাক য়াম্না শাউরম্মী, অদুগা তফিং-তফিংনা মখুত্তা চৈ অমা পায়রগা কালিগী লাইশঙদা কালিগী মূর্ত্তি থুগায়বা চৎলম্মী। অদুবু মহাক্না লাইশঙদুগী মনুংদা চঙলগা হেক য়েংলুবদদি কালিগী মূর্ত্তি লৈরমখিদে, মদুগী মহুত্তা তাঙবল মথক্তা গোপালগী মূর্ত্তি লৈবদু উরম্মী। গোপালগী লাইশঙদা শোয়দুনা চঙলুরে হায়না মহাক্না খনখি। মরমদুনা মহাক্না লাইশঙদুগী মপান্দা থোরকখি,

অদুগা অতোপ্পা লাইশঙ অমদুদসু চৈদু মখুত্তা পায়রগা চঙখি। অদুবু য়েংউনে ! মফমদুদসু গোপালগী মূর্ত্তি লৈরমখি। অদুদগীদি মঙোন্দা তূমদুনা লৈরম্বা অচুম্বদু য়াকাইরকখি। গোপাল ওইরিবা মহাক অদু কালি লাইরেম্বীসু ওই হায়বসে মহাক্না খঙখি।



# যিশুখৃষ্ট অমসুং মহাক্কী ভক্ত

নোংমা যিশুখৃষ্টনা সমুদ্রমপান্দা খোঙনা অসুম নুংঙাইনা চৎলম্মী। মতম অদুদা মহাক্কী ভক্ত অমনা মহাক্কী মনাক্তা চঙলক্লগা হংজরম্মীঃ" হে প্রভু, মতৌ করম তৌরগা কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরবু উবা ফংগনি?" করিমতা থীন্থবা তৌদনা যিশুনা মহাক্কী ভক্তদুবু সমুদ্রদা পুথরম্মী, অদুগা মহাক্কী ভক্তদুবু মঙকশম পায়রগা সমুদ্রগী ঈশিং মনুংদা লূপশিল্লম্মী। মতম খর ঈশিং মনুংদা লূপশিন্দুনা থম্লুরবা মতুংদা যিশুনা মহাকপু কোনখৎপীরগা ঈশিং মনুংদগী লৌখৎপীরম্মী অদুগা মঙোন্দা হংলকখিঃ" নহাক্লা ঈশিং মনুংদা শিনীংচীৎ য়ৌবা ফাওবা লৈবা মতমদুদা নপূক্লীংদা করি করিদি ফাওখিবগে? " ভক্ত অদুনা পাউখুম পীজখিঃ" ঐহাক্লা ঐগী অরোইবা মীৎকৃপ্তু লাক্লবগুম খঞ্জখি, অদুগা নুংশাসোর হোনববু য়াম্না কন্না পামজখি।" মদুদা যিশুনা হায়রকখিঃ" নহাক্লা হৌজিক ঈশিং মনুংদা নুংশসোর হোনববু য়াম্না কন্না পামখিবগুম নহাক্কী থম্মোয়না ঈশ্বরবু পামজরবদি নহাক্লা ঈশ্বরবু উবা ফংগনি।"



## লায়রবা ব্রাহ্মণ অমসুং ইনাকখুনবা ফি-লল্লোন্বা

লায়রবা ব্রাহ্মণ অমগী য়াম্না ঈনাকখুল্লবা ফি-লল্লোন্বা নুপা অমা মহাক্কী সেবক ওইনা লৈরম্মী। লল্লোন্বা নুপা অদু মশাগী ওইনা য়াম্না লীকচরম্মী। নোংমদি ব্রাহ্মণ অদুনা মহাক্কী ধর্ম্মগী লাইরিক মথক্তা কুপ্লবা ফি-মচেৎ অমখক্তং য়াম্না থুনা দরকার ওইরকখি। মহাক্না মাগী সেবক ফি-লল্লোন্বা অদুগী মনাক্তা চৎলগা মহাক্না দরকার ওইরিবা ফি মচেৎ অদু পীবিনবা হায়জরম্মী; অদুবু লল্লোন্বা নুপা অদুনা হায়রক্লম্মীঃ" ঐহাক য়াম্না নুংঙাইখিদ্রেদকো, ইকাই-খুম্নজরিবা মহাশয়, পূং খরগী মমাংদা লাকপীরম্লবদি অদোম্না পাম্বীরিবা ফি-মচেৎ অদু ঐনা পীরমগদবনি। লাইবকথীবনি, হৌজিক্তি গুরুগী লাইরিক অদুদা কুপ্পা য়াবা ফি-মচেৎ অমতা লৈত্রে। অদুমকপু গুরুনা পাম্বীরিবা পোৎ অদু ঐনা খক কাউজরোই, তৌবতদি মরক মরক্তা হেক হেক নীংশিংবীরকউ।" ব্রাহ্মণ অদু নীংবকায়না হনবা তাখিরম্মী। গুরুদুনা মাগী সেবক্কা ৱারী শান্নখিবদু সেবক্কুগী নুপীদুনা পদ্দা মরুমদা লুমদুনা তারম্মী। নুপী অদুনা খুদক্তা ব্রাহ্মণ অদুবু মী অমা থারগা য়ুমদুদা কৌরম্মী,

অদুগা হায়রম্মীঃ" নচানা ভক্তি তৌজরিবা পাবুং, পাবুংনা য়ুমগী মপু অসিদগী পাম্বীরিবা পোৎ অদুবু করিনো?" ব্রাহ্মণ অদুনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী ৱারীদু লীরম্মী। অদুদগীদি নুপী অদুনা মীনুংশিগী পূকচেল অমগা লোয়ননা হায়রকখিঃ " পাবুং, য়ুমদা লেঙবীরো, হয়েং অয়ুক অঙনবদা ফিদু য়ুমদা শোয়দনা য়ৌহল্লক্লগে।"

ফি-লল্লোম্বা নুপা অদুনা অহিংদা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা মহাক্কী নুপীদুনা হায়রম্মীঃ"দুকান থোঙ থিংবীরম্লব্রা?" লল্লোম্বা নুপা অদুনা খুম্লক্লম্মীঃ "হোই ,করি হায়নীংই?" নুপীদুনা হায়রক্লম্মীঃ "হৌজিকম্ক দুকান্দা চৎপীয়ু, অদুগা দুকান্দুদগী খ্বাইদগী হেন্না ফজবা ফি অনীখক্তা লৌবিরু।" নুপাদুনা হায়রক্লম্মীঃ " করিগীনো অসুক য়াম্না হাথু-হাথুনা হায়রিবসিবো? ঐহাক্না হয়েং অয়ুক অঙনবদা খ্বাইদগী ফজবা ফিশিংদুমক নঙোন্দা শোয়দনা পীগে।"অদুম অদুম ওইনমক নুপী অদুনা য়াম্না কন্না তকশিন্দুনা হায়রকখিঃ" নত্তে, য়ারোই; ঐহাক্না ফিশিংদু হৌজিকমক পামজৈ, নত্রগা পীবিদ্রবসু তোকপীয়ু।" মহাক্কী নুপী অদুদি মহাক্না মফম-মরাং খঙদবা ৱা খর হায়রগা থাদোকখিবা ধর্ম্মগী গুরু অদুগুম্বা ওইখিদে; মহাক্তী কাংখল মনুংগী গুরুনি। মহাক্কী য়াথং অদুদি খুদক্তা ইনবা তাখি, নত্রবদি য়ুমদুদা শান্তি ফংবগী আশা লৈরমখিদে।

মমৈথংদদি, অহিংগী অথেংবা পূংজাদুদা লল্লোম্বা নুপা অদুনা

মশানা য়ানীংনা দুকানগী থোঙ হাংদোক্লগা ফিশিংদু পুরক্কুনা মহাক্কী নুপীদা পীখি...। মথংগী অয়ুক অঙনবদা, লৌখৎনঙাই ওইনা ফরবী নুপী অদুনা ফিশিংদু গুরুদুগী মফমদা মখাগী পাউজেল অসিগা লোয়ননা থারম্মী ঃ

" মতুংদা ঐখোয়দগী করিগুম্বা পোৎ অমা পাবুংনা পাল্লবদি নচা ঐঙোন্দা হেক্তা হায়বিরকউ, অদুগা ঐনা মদু পাবুংদা শোয়দনা থারক্কনি।"



# নিংথৌদু ঈকাইরম্মী

মতম অমদা নিংথৌ অমনা মহাক্কী গুরুদগী "জগৎ পুম্নমক অসি ব্রহ্মনি, অদুগা মসিদা লৈরিবা পুম্নমকসিসু অমতনি." হায়বা ধর্ম্মগী পাউতাক অমা ফংলম্মী। পাউতাক অদুনা নিংথৌ অদুবু থৱায় য়াম্না নুংঙাইহল্লম্মী। মহাক্না মহাক্কী মহারানীগী কাদা চঙলম্মী, অদুগা মঙোন্দা হায়রকখিঃ" মহারানীগা মহারানীগী মীনাইনুবীগা খেন্নবা করিমতা লৈতে। মরম অদুনা নহাক্কী মীনাইনুবী অসি হৌজিক্তগী হৌদুনা ঐগী নুপী ওইরগনি।" মহাক্কী মপুরোইবগী অঙাওবা প্রস্তাব অদু তাবদা মঙোন্দা ব্রজ্রনা পানবগুম থোক্লম্মী। মহাক্না গুরুদুবু মী থারগা কৌরম্মী, অদুগা নুশিনঙাই ওইবা খোঞ্জেলদা ৱাকৎচরম্মীঃ " মহাশয়, অদোমগী পাউতাক্কী মাঙনবা ওইবা ফল অদু অমুক্তা য়েংবীয়ু।" মদু হায়রগা নিংথৌদুনা মঙোন্দা হায়খিবা ৱাফম অদু করিমতা চীথদনা মহারানীনা গুরুদুদা তমজখি। গুরুদুনা মহারানীবু থেমজিল্লম্মী অদুগা হায়রকখিঃ" ঙসিদি ঐসু নিংথৌগা চাক চামীন্নরগে। নিংথৌদা পীজবনা পুখম অমদা ষণথী পীক থন্না হাপ্লগা পীজৌ।"

নিংথৌদুগা গুরুদুগা মখোয় অনীমক চাক চানবা ফমথনখি। মঙোন্দা পীজনবা ষণথী পীক থন্না হাপ্পা পুখমদু উরগা নিংথৌদুনা কয়ামুক শাউরমগদগে হায়বদু অমুক্তা খন্থবীয়ু। মতাং অদুদা গুরু অদুনা পূক্লীং য়াম্না ঈংনা চপ্তুনা হংলক্লম্মীঃ" মহারাজ! 'মহারাজদি ব্রহ্ম-জ্ঞান য়াম্না নীংথিনা খঙবীরবা মীশক অমনি। মদু ওইবীরগা করিগীদমক্তা মহারাজ ইবুংঙোনা চাক অমসুং ষনথী অনীগী মরক্তা খেন্নবা উবীরিবনো?" ৱাহং অসি তারগা নিংথৌ অদু অসুক্কী মতীক শাউরকখি অদুগা খংলাউ লাউরকখিঃ" হে, ব্রহ্ম-জ্ঞান লৈরবনি হায়দুনা য়াম্না চাউথোকচরিবা নহাক অদুম্না তৌগনুকো ! নঙনা ঙম্লবদি ষণথীসি নঙ চাওসে।" গুরুদুনা হায়রকখিঃ " য়াম্না ফরে,ঐ চাগে।" গুরুদু খুদক্তা ওক ওনখি অদুগা ষনথীদু চাথোকখি। মমৈথংদদি মহাক্না ওক ওইরম্বদগী মী অমুক ওইরকখি। নিংথৌদু ঈকাইরম্মী। মহাক্না মহাক্কী অঙাওবা প্রস্তাব অদু অমুক হন্না মহারানীদুদা থাঙ্গৎখিদ্রে।



# অচৌবা মনা

য়াম্না শাথীনা চাক্তাঙলিঙৈ মতম অমদা জমিনদার অমনা মহাক্কী য়ুমজাও অদুদা খুঙ্গংদুগী খ্বাইদগী লায়রবা অঙাং কুনখক কৌরম্মী অদুগা হায়রম্মীঃ " মসিগী থুম্মোক অসিগী মনুংদা নখোয় খুদিংগী অপীকপা তল অথাবা অমমম লৌবা কোন্ননবা য়াওরিবনি। অমমম লৌ, অদুগা ঈশ্বরনা অফবা মতম অমা পীবীরক্ত্রীবফাওবদি নখোয় পূম্নমক নুমিৎ খুদিংগী তল অমমম লৌবা লাকউ।"

অঙাংশিংদুনা থুম্মোক অদু তম্না কন্না কন্না চেনশিন্নরম্মী, অদুগা হাথু হাথুনা তল অচৌবা অমদি অফবা তান্নবদা মখোয় মশেল অমগা অমগা খৎন-চৈনবা হৌরকখি অদুগা ফুনরকখি। মখোয়না কোন্নথংদদি জমিনদার অদুবু মহাক্কী থৌজাল লৈবা ৱাখল অদুগীদমক্তা থাগৎলমদনা চৎখি।

ফি-চম্না শেৎপী অমদি তরু-তনাম্বী ফ্রান্সিস কৌবী লৈশাবী মচা অমদি তোঙান্না, কি-হঙ্গোয়না, ৱা-ঙাঙদনা লেপ্পুনা লৈরম্মী, অদুগা থুম্মোক্তুদা অমখক্তং লেমহৌরিবা খ্বাইদগী অপীকপা তল অদু লৌরগা তৌবিমলখঙবা উৎপা ওইনা জমিনদার অদুগী খুত্তু চৎলম্মী, অদুগা য়ুমদা হনখি।

মথংগী নুমিৎ অদুদদি অঙাংশিং অদু হান্নদগী ব্যবহার কায়বা হেল্লকখি, অদুবু ফ্রান্সিসতি হান্নগী হান্নগুম্না খ্বাইদগী অপীকপা তল অদু লৌরগা ময়ুমদা হনখি। মহাক্না ময়ুম হেক-য়ৌবগা তলদু মমাদা পীরম্মী। মমাদুনা তল অদু অনীথোক্না হেক শেগায়বা মতমদা সনাগী শেল ময়েকশিং তারক্লম্মী।

মহাক্কী মমানা য়াম্না ঙক্লম্মী অমসুং পূক্নীং ৱারম্মী। মমাদুনা মচানুপীদুদা হায়রকখিঃ"সনাগী শেল ময়েকশিং য়াওবা তল অসি খুদক্তা জমিনদারদুদা পীরুচো। পোৎশক লান্নবা শোয়দনা ওইরমগনি হায়না ঐনা খল্লি।"

ফ্রান্সিসনা সনাগী শেল ময়েকশিং য়াওবা তল অদু জমিনদারদুদা পীননবা মহাক্কী য়ুমজাওদুদা লাক্লম্মী, অদুবু জমিনদারদুনা হায়রকখিঃ" নত্তে, পোৎশক লান্ননা পীখিবা নত্তে। ঐগী নুংশিরবী ইচানুপী, নঙোন্দা মনা ওইনা পীনবা হায়দুনা তল অদুদা সনাগী শেল ময়েকশিংদু হাপচলহনখিবনি। মসি অচৌবা মনা অমনি হায়না লৌরো। পূক্নীগী অচৌবা মনা ফংগে হায়রবদি মতম লৈবা খিবিক্তা লমকেৎ-লমহাইদনা নোল্লুক্লা লৈয়ু, অদুগা পেন্থোকপসু তম্মু।"



## লুপা অমনা ঈশ্বরবু কাউহল্লি

নোংমা ফকির অমনা ঈশ্বরগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লগা লম্বীদা চৎলম্মী। অরাপ্পদগী লাকপা মী খরনা মহাক্কী মনাক্তা অসুম অসুম চঙশিল্লকখি, অদুগা মখোয়গী মরক্তগী অমনা মঙোন্দা লুপা অমগী শেল ময়েক অমা পীরম্মী। লুপা অমদু হেক ফংবগা ফকির অদুনা পূক্নীংদা অসুম্না খল্লকখিঃ" লুপা অসিনা মহৈ-মরোং খর নত্রগা ফি মতেক অমা লৈগে।" অসুম হায়না খল্লিঙৈ মতমদা মহাক্না ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবা কাউখি, অদুবু খুদক্তা মহাক্না ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবা কাউথোকলুরে হায়বা খঙলকখি, অদুগা মতৌ করম্না লুপা অমনা মহাকপু ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবা কাউহনখ্রিবনো হায়বদুগী মরমদু মুন্না খন্থখি। মমৈথংদা মহাক্না লুপা অদু য়াম্না পামদনা লমহাংদা হুন্দোকখি, অদুগা শেল ময়েক অদুদা মুন্না য়েংলগা হায়রক্লম্মীঃ" লুপা অমনা ঐবু ঈশ্বরগী মিংলেন কাউহনখি, অদুবু লন-থুম য়াম্না পায়বা ঈনাকখূন্বা মী ময়াম অমা লৈরি; মখোয়না মতৌ করম্না ঈশ্বরবু নীংশিংলমগনি ?"



# ফত্তবা লাই

নোংমা ফত্তবা লাইনা নুপা অমদা হায়রম্মীঃ" নহাক কুইররোই শিরনি, অদুবু নহাক্না শিনীংদ্রবদি নহাক্কী মীনাই অদু হাৎলু নত্রগা নহাক্কী নুপী অদু ফু নত্রগা যু থকউ।" নুপা অদুনা যু থকপনা হেন্না ফৈ হায়দুনা যু থক্লম্মী। অদুদগীদি মহাক্না যু ঙাওমনখিবদগী মহাক্কী মরাল লৈজদবী নুপী অদুবু য়াম্না শাথীনা ফুবিরম্মী, অদুগা মহাক্কী নুপী ফুজববু মনাইনা খামই হায়দুনা মহাক্কী মরাল লৈজদবা মীনাই অদুবু হাৎখি।



# ঈশ্বরগী অনীংবা অমা য়াওদ্রবদি

অরাপ্পা মফম অমদা য়াম্না ঈনাকখুনবা লল্লোনবা নুপা অমগী য়াম্না চাউবা লশিংগী গুদামশিং লৈরম্মী। নোংমা মহাক্না নুতিগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্কী থবক্তা তেংবাংলিবা ঙমথং অমনা মহাক্কী কাদা য়াম্না ফিংনা চেনশিল্লক্লম্মী অদুগা লাউরকখিঃ“ সার! ঐখোয় হৌজিক অচৌবা খুদোংথীবা অমদা তারে। ঐখোয়গী লশিংগী গুদামশিং অদু মৈনা চাক্লুনা উৎ ওনখ্রে। হৌজিক্তা ঐনা ফংলকপা টেলিগ্রাফ ওফিসকী পাউ অদু অসিনি।”

লল্লোনবা নুপা অদুনা টেলিগী পাউ অদু পারম্মী। পাও অদু পাবা লোইরগা মহাক্না মীৎকুপ অমরোম মমীৎ উইশিল্লম্মী, অদুগা হায়রকখিঃ “ হে ঈশ্বর! ইবুংঙো নহাক্কী অথৃপ্পশিংসিদি হায়ফম খঙদবমখৈ ঙকইদকো !” অসুম্না হায়রল্লগা মহাক্না মঙোন্দা করিমতা থোকখিদবগুম মপৃক য়াম্না তপ্না মহাক্কী মথৌ অদু মখা অমুক চত্থরকখি। মঙোন্দা য়াম্না শাথীবা থৌদোক অমা থোক্লগা মহাক্না করিমতা থৌশাদনা লৈথোকখিবা মওং-মতৌদুবু উরগা মহাক্কী ঙমথং ওইরিবা মী অদুগী ব্রাখলদা অঙকপা অমা পোক্লম্মী। মতম

অদুদদি ইন্স্যুরেন্স কোম্পানীশিংগা লৈরম্বা জাৎ নত্তে, মৈনবু চাকখ্রবদি লুপা লাখ লাখ মাঙবা তারম্মী।

পূং অমগী মতুংদা মহাক্কী ঙমথং ওইরিবা নুপা অদুনা অমুক হন্না মহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী। হৃদকমুক লাকপদদি মহাক মোমোন মোমোন নোক্লগা লাকখি। মহাক্না থৱায় য়াম্না নুংঙাইনা হায়রক্লম্মীঃ" সার! হৌজিকমক টেলিগ্রাফ ওফিসতগী পাউ অমুক ফংলে, মদুদি ঐখোয়দা হান্না থারকখিবা পাউ অদু মীশক শোয়নখ্রে, অতোপ্পা কনাগুম্বা মী অমগী গুদামশিং চাকপনি। ঐখোয়গী গুদাম পূম্নমক অমাঙ-অতা করিমতা লৈত্রে, ঈশ্বরবু থাগৎচরি।"

অমুক্কা হন্না লল্লোনবা নুপা অদুনা মীৎকূপ অমরোম মমীৎ উইশিল্লম্মী, অদুগা অমুকসু হায়রক্লম্মীঃ" হে ঈশ্বর! ইবুংঙো নহাক্কী অথূপ্পশিংসিদি হায়ফম খঙদবমখৈ ঙকইদকো!"

ঈশ্বরগী অনীংবা অমা য়াওদ্রবদি করিগুম্বা থৌদোক অমতা থোক্লোই হায়বসি লল্লোনবা নুপা অদুনা খঙলম্মী।



## অফবরা ফত্তবরা খঙগে হায়রবদি

মী হাৎপা অমদি লুট তৌবা হৈনরবা লুট - ৱালা অমখক্লা মহাক্কী ফত্তবা শিন্‌ফম অদু মতম কুইনা শাংনা তৌমল্লকপদগী চোকথবা পোক্লক্লম্মী। মরমদুনা মহাক্লা আধ্যাত্মিক্কী লম্বী চৎলগে হায়দুনা চপ য়ুংনা নীংখি। নোংমদি মহাক্লা ঋষি অমগী মনাক্তা চৎলম্মী, অদুগা মহাক্কী মখোঙদা তুরগা হায়জরম্মীঃ" ওঃ মহাঋষি! ঐহাক অকিবা ফংলবা পাপকী পূম্বী অমা লেল্লুরে, অদুবু হৌজিক্তি ঐহাক আধ্যাত্মিক্কী লম্বী থিবা পাল্লে। চানবীদুনা ঐহাকপু অদোমগী শিষ্য অমা ওইনা লৌশিনবীয়ু।" ঋষি অদুনা ঙাইহাক্তং ৱাখল খল্লম্মী অদুগা হায়রকখিঃ" ইচানুপা, মসিগী অকংবা চৈ অসি নহাক পুরো অদুগা "ওঁ শ্রীরামায়া নমঃ" হায়দুনা হন্না হন্না শোল্লু। চৈ অসি করিগুম্বা অচীকপা মফম লমহাং অমদা থাগদবনি, অদুগা নুমিৎ খুদিংগী অচেৎপা ভক্তিগা লোয়ননা ঈশিং চাইবীয়ু। চৈ অসিনা ময়োল হেক চোংলকপা মতমদা ঐগী ইনাক্তা অহেনবা লমজিং-পাউতাকশিং লৌবা অমুক লাকউ।"

লুট-ৱালা অদুনা মঙোন্দা ঋষিনা তাকপীরকখিবা অদুমক

করিমতা কায়দনা তৌরম্মী। নুমিৎ কয়া হৌখি, থা কয়া হৌখি। অকংবা চৈ অদুদি ময়োল খক চোংলকখিদ্রে। অদুবু মহাক্না চৈ অদুদা শুকলেপ-লেপ্তুনা অদুম ঈশিং চাইরম্মী অদুগা ঈশ্বরগী মিংলেনদুসু তত্তনা শোল্লম্মী।

নোংমদি অহিং অমদা, মহাক্না ঈশ্বরগী মিংলেন্দু শোন্দুনা লৈরিঙৈদা, মী অনীখক্না ৱারী শান্নরম্মী। মহাক্না ৱারীদু লুমদুনা তারম্মী। মী অমনা হায়রম্মীঃ " ঐহাক ঙসি চৎলগে, অদুগা ঐগী য়েক্লবা মীদু হাৎলুরগে ?" অদুবু অতোপ্পা মী অদুনা পাউখুম অমা পীরক্লম্মীঃ "নহাক অদুমহায়না তৌরুনু, মরমদি পুলিসনা নহাকপু মীহাৎপা মী অমনি হায়না শোয়দনা খঙখিনি। অদুদগী হেন্না ফবা অতম্নবা ৱাখল অমা লৈরে। ঐখোয় অনীনা খুঙ্গং পুম্বসে মৈ থারসি। অদুদগীদি ঐখোয়গী য়েক্লবা মীদুসু য়াওনা মী পূম্নমক শিরনি।" অহানবগী মী অদুনা খংলাউ- লাউরকখিঃ" হায়বীরিবদু য়াম্না ফরে, তৌরসি।"

মখোয় অনীগী ৱাদু তাবদা লুট-ৱালা অদু খাঙবা ঙমখিদে। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী ঈশিং চাইদুনা থম্লিবা চৈ অদু ফুক্তোক্লগা লৌতূনরিবা মী অনীদুগী মকোকশিংদুদা কন্না কন্না হাইথরম্মী, অদুদগীদি মখোয় অনীমক খুদক্তা শিখি। মহাক্না অকংবা চৈ অদুবু য়েংলুবা মতমদদি চৈদুগী মতাং-মতাংশিংদগী অশংবা ময়োল অমমম চোংখৎলকপা উরম্মী। মদুদা মহাক্না য়াম্না ঙক্লম্মী। মহাক্না চৈ অদু মাগী গুরুগী (ঋষিদুগী) মনাক্তা পুরকখি, অদুগা ৱারী অদু শীৎ-

নান্না তম্লম্মী। গুরু অদুনা হায়রকখিঃ “ নহাক্না মী অনীদু হাৎলগা খুঙ্গং অপূম্বা অদুদা লৈবা মীশিংগী পূক্সীদি কনবীখ্রে। মসিগুম্বা পুণ্যচেনবা থবকসে তৌরগা নহাক্না নহাক্কী অমোৎপা থম্মোয়বু শেংদোকখ্রে ; অদুগা হৌজিক্তি নহাক ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা য়ারে।” আধ্যাত্মিক ওইবা পূক্সীগী অথূপ্পশিংদু গুরুদুনা মঙোন্দা মখা তানা তম্বীখি, অদুগা মমৈথংদদি মহাক অথোইবা ঋষি অমা ওইখি।

কনাগুম্বা অমগী থবকপু অফবরা ফত্তবরা খঙগে হায়রবদি মহাক্কী থবক্কী পান্দম অদু য়েংলগা খঙগদবনি।



## মীত্তাঙবা মী অমসুং লুট-ৱালা

মমাঙঙৈদা মীত্তাঙবা ঈশৈহেৎবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্না সহরগী মতাইদা লৈবা খাংপোকশঙ অমদা মথন্তা অদুম লৈরম্মী। মহাক্না চাক থোংলগা চাবা তৌদনা উহৈ-ৱাহৈ চারগা অদুম নুংঙাইনা হিংলম্মী। মহাক্কী ঈশৈ তাবা লাকপা মীশিংনা মাগীদমক্তা উহৈ-ৱাহৈ পুবীরক্লম্মী।

মহাক্না মতম হেক ফংবগা ঈশৈ অদুম শক্তুনা লৈরম্মী; অদুগা অয়াম্বা মতমদা চাগনি হায়বফাওবসু কাউথোরক্লম্মী। মহাক্কী নুংশিরবা খোঞ্জেল অদু তাবদা উচেক ময়াম অমসু মাগী খাংপোকশঙ তান্না পাইরক্লম্মী। মীত্তাঙবা নুপা অদুনা য়াম্না নুংশিনা মখোয়দা উহৈ-ৱাহৈ পীজরম্মী। উচেকশিংদুনফাওবা মহাক্কীদমক্তা উহৈ-ৱাহৈশিং পুরক্লম্মী।

অহিং অমদি লুট-ৱালা অমনা লম্বীদুদা লাক্লম্মী। মীপোং-তাদবা মফম অদুদা লৈরিবা অপীকপা খাংপোকশঙ অদু উরদুনা মহাক্না মদুদা চঙশিল্লম্মী, অদুগা মীত্তাঙবা নুপা অদুদগী লুট তৌগে হায়না পূক্নীং চপ যুংনা লেপখি। ঈশৈহেৎবা নুপা অদু লৈমায়দা তূম্লম্মী, অদুগা মহাক্কী ঈশৈগী যন্ত্র অদুনা মনাক্তা তাদুনা লৈরম্মী। লুট-

ৱালা অদুনা মহাক্কী থাং অদু থাঙ্গৎলম্মী অদুগা লাউরক্লম্মীঃ" ঐহাক লুট-ৱালা অমনি। নহাক্কী অরৈবা পৈশামখৈ ঐঙোন্দা পীয়ু।"

মমীত্তাঙবা ঈশৈশকপা নুপা অদুনা পাউখুম পীরক্লম্মীঃ" অদুবু ..... ঐগী মরূপ ! মরূপ্তা পীননবা পৈশা অমতা লৈজদে। মরূপনা মফম অসিদা উরিবা পূন্নমক অসিদি পুবীখিবা য়াগনি।"

লুট-ৱালা অদুনা হায়রক্লম্মীঃ" ঐহাক নহাক্কী নরূপ নত্তে। ঐহাক্না নহাকপু হাৎপা অদুগা নহাক্কী অরৈবা পোৎ পূন্নমক পুখিবা পাম্মী।"

" ঐবু হাৎপীয়ু, য়াই; অদুবু ঐনা মহাশয়দা হায়জনীংবা ৱাফম অমতদি হায়জগে।"

" য়াম্না থুনা হায়য়ু। ঐগীদি মতম মাঙবা য়াদে।"

" ঐনা তৃমদ্রিঙৈগী মমাংদা শক্লস্বা ঈশৈ অদুতদি লোইশিঞ্জখিগে। মদুগী মতুংদা ঐবু হাৎপীয়ু।"

" ফরে ! ঈশৈদু শক্তোক্লো। থুনা লোইশিল্লু।" মসি হায়রগা লুট-ৱালা অদু মনাক্তা লেপ্পুনা ঙাইরম্মী।"

মতম অদু নোংঙালগদবা ৱাত্রে । মহাক্না ঈশৈ শকপা হেক হৌবগা উচেক শঙ্গু শঙ্গু মীহুৎথোঙশিংদুদগী পাইশিল্লক্লম্মী। উচেকশিংদুনা উহৈ মচা মচাশিং মচীন্দা চীক্ল-চীক্লগা পুশিল্লক্লম্মী। মখোয়না উহৈশিং অদু মীত্তাঙবা মী অদুগী মমাংদা থন্নম্মী, অদুগা মহাক্কী অকোয়বদা খোঙ-কোন্সন্দুনা তুমিন্না ঈশৈ তাদুনা লৈরম্মী। ঈশৈশকপা লোইরগা মীত্তাঙবা মী অদুনা লুট-ৱালা অদুদা

হায়জরকখিঃ " মহাশয় ! অদোমদি হৌজিক ঐগী খাংপোকশঙদা লৈবীরি, মরমদুনা অদোমসে ঐগী অতিথিনি, ঐবু হাক্রিঙৈদা ঐহাক্ত া ইবুংঙোবু অতিথি সেবা তৌজহৌগে। চানবীদুনা উহৈ খরদদি চাবীখো।" লুট-ব্রালা অদু খঙহল-হনখি। মহাক্না ঈকাইরক্তুনা অসুম্না খন্থরক্লম্মীঃ" মতৌ করম্না উচেকশিং অসিদগী ঐনা হেন্না ফত্তবা জীব অমা ওইগদৌরিবনো ? উচেকশিং অসিনা মীত্তাঙবা অসিগী নুংশিবা ঈশৈ অদু তাবা ফংজবগীদমক্তা উহৈ-ব্রাহৈ মঙোন্দা পীরি। ঐসু মহাক্কী ঈশৈ তাখি, অদুগা ঐনা মহাকপু হাৎকদৌরিবা !"

মহাক্না মহাক্কী থাং অদু লংথোকখ্রে, অদুগা মীত্তাঙবা মী অদুদা খুরুমলম্মী। মহাক্না লুট-পাৎ তৌবগী থবক অদু থাদোকখি, অদুগা মীত্তাঙবা মী অদুগী ভক্ত অমা ওইখি।



# মীত্তাঙবনা অঙালবা থাউমৈ পুবা

নোংমা অহিংদা মীত্তাঙবা নুপা অমনা অরাপ্পদগী মহাকপু উবা ঙমগদবা অঙালবা থাউমৈ অমা পুরগা লম্বীদা চৎলম্মী। মহাক্না অচীকপা মফম অমগী কাচিন-কোয়ায় য়ৌশিল্লকপা মতমদা মহাক্কী লীচৈনা লৈমায়দা তাক-তাক ফুদুনা মহাক লৈ হায়বা খঙহল্লম্মী। মতম অদুমক্তদা নুপী অমনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী অদুগা য়াম্না খঙনীংনা হংলক্লম্মীঃ" ঐবু ঙাকপীয়ু, সার, করিগীনো মহাশয়না লেন্ট'ণ থাউমৈ অমা পুরগা চৎলিবসিবো ? অদোম্না উসু-উরোইদৌবদা !" মীত্তাঙবা নুপা অদুনা পাউখুম পীরকখিঃ " ওঃ ! ইবেম্মা, ঐগীদমক্তা থাউমৈ অসি পুবা নত্তে; ঐঙোন্দা মীনা খুদি থীজনবীরক্তনবা হায়দুনা অতোপ্পা মীশিংগীদমক্তা পুবীবনি।



## ভারতমচা বিদ্যাসাগর

ভারতকী অফাওবা লাইরিকহৈবা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা ইংরেজমচা খরগা লোয়ননা রেলগাড়ীগী দাবা অমত্তদা তোংমীন্নরগা লমকোয়রম্মী। মহাক্লা ইংরেজমচা অনীগী মরক্তা ফম্লম্মী। মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা অমদা হংলম্মীঃ “ **মসিগী লোলা অসিবু কনানো ?**” অতোপ্পা অমদুনসু মঙোন্দা অমুক হংজিল্লম্মীঃ “ **মসিগী ওক অসিবু কনানো ?**”

অহুমশুবা ইংরেজমচা অদুনা বিদ্যাসাগরদা হংলকখিঃ “ নহাকপু কনানো ?” বিদ্যাসাগরনা করিমতা ফিঙ্গৎতনা তপ্লা খুন্নক্লম্মীঃ“ **ঐহাক লোলা অমগা ওক অমগগী মরক্তা ফম্বা মী অমনি।**”

রেলগাড়ীদগী বিদ্যাসাগরনা হেক কুমথরকপা মতমদা লৈপরেংশিং হুক্লনবা মীয়াম্না ঙাইদুনা লৈরম্বদু উবদা ইংরেজমচা অনীদু য়াম্না ঈকাইরকখি। অদুদগীদি ভারতমচাশিংসে ঈচম-চম্বা অমদি লাইরিক হৈতবা মাঞ্জরবসু মহৌশাগী পীথোরকপা ওইনা পূকচেল য়াম্না চাউই অমসুং ঈং-তপ্পী হায়বসি ইংরেজমচাশিংদুনা খঙখি।



# ফিদম্নফম ওইরবা য়েক্লবা

শ্রীরামগা রাবণগা লান্থেংনরিঙৈ মতমদা রাবণদু শ্রীরামগী তেলশিংগী মমাংদা লেপ্পা ঙমখিদে। রাবণগী খুৎলায় পূম্নমক মাঙ-তাকখি। শ্রীরামনা রাবণ য়াম্না চোকথরে অমসুং মহাক্কী খুৎলায় অমতা লৈত্রে হায়বা খঙখি। শক্তি লৈজদ্রবা নত্রগা অশোনবা মী অমবু হাৎপা হৌনদে হায়বসি শ্রীরামগী ধর্ম্মনি। য়েক্লববু মাঙহনবা তারবসু মহাক্না পাঙ্গল কল্লিঙৈ অমসুং শক্তি লৈরিঙৈ মতমদা মাঙহনগদবনি। রাবণগী ফীভম মতাদু উবদা শ্রীরামনা মহাক্কী খুৎলায়শিং থাদরম্মী অদুগা পূকচেলশেংনা রাবণদা হায়রকখিঃ" হে রাবণ ! নহাক য়াম্না চোকথরে অদুগা নহাক্কী খুৎলায়সু অমতা লৈত্রে। নহাক্না লাল মখা চত্থবা ঙম্নরোই। মরমদুনা নহাক নয়ুম কোনুংদা চৎলো, পোত্থারুরো, অদুগা হয়েং অমুক নহাক্না পাঙ্গল কনখৎলক্লবা অমদি খুৎলায় মতীকচানা পুরক্লবা মতমদা ঐখোয় অমুক লান্থেংনসি।" অসিগুম্বা মখলগী পূকচেলচাউবা মতৌ অসিবু মহাক্কী য়েক্লবা রাবণদা শেংনা উৎলগা শ্রীরাম মশামকসি ফিদম্নফম ওইরবা য়েক্লবা অমনি হায়না খঙহল্লম্মী।



## ওইগদবা মতৌ মানবমখৈ অওইবনি খনগনু

মশক য়াম্না ফজরবী স্বগগী দূত অনীখক্না লল্লেবা ইমুং অমদা অহিং য়ারেকপা লাক্লম্মী। ইমুং অদুদা লৈবা মীশিংদু য়াম্না শাথীনা ফৎলমখিদে। মখোয়না দূত অনীদুবু য়ুমজাওদুগী মনুংদা লৈহনখিদে। য়ুমগী লৈমায়দগী কুৎথবা মনীংথংবা অঙ্গৈংবা কা অমদা মখোয় অনীদুবু লৈহল্লম্মী। কাদূগী অকনবা লৈমায়দুদা মখোয় অনী হীপ্লম্মী। অহল খর ওইবী দূত অদুনা ফক্লাংদা অহোবা মখুন অমা লৈবা উরম্মী, অদুগা মহাক্না অহিংদুদা মখুন্দু মেনশিন-খোৎচিন তৌদুনা নীংথিনা শেম্বীরম্মী। নহা খর ওইবী দূত অদুনা " করিনো তৌরিদুবো?" হায়না হংবা মতমদা অতোপ্পা অহল খর ওইবী দূত অদুনা খুম্নক্লম্মীঃ" ওইগদবা মতৌ মানবমখৈ অওইবনি খনগনু।"

মথংগী অহিংদদি স্বগগী দূত অনীদুনা অতিথি সেবাদা য়াম্না থব্রায় য়াওজবা লৌউবা মতৈ-মনাওগী য়ুম অমদা পোখাবা লাক্লম্মী। মখোয়গী লৈজবা খরদু য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা পীজরগা মখোয়না তূম্বা ফমুং অদুদা অতিথি অনীদুবু য়াম্না নুংঙাইনা তূমহল্লম্মী। অয়ুক্কী নুমিৎ থোরকপা মতমদদি মখোয়গী অমখক্তা লৈজবী ষন্নী অদু লবুক্তা শিদুনা লৈরম্বা থেংনবদগী মতৈ-মনাও অনীদু থম্মোয় শোক্না কপ্লম্মী। ষন্নীদুগী শঙ্গোমদুখক্তনা মখোয়গী

চাগা ওইরম্মী।

নহা খর ওইবী দূত অদু য়াম্না শাউরম্মী, অদুগা অতোপ্পা দূত অদুদা হংলক্লম্মীঃ" করিগীনো নহাক্না অসুম্না থোকহল্লিবসিবো ? অহানবা লল্লেবা নুপা অদুগী ইমুংদি করিমতা ৱাত্তে, মীনাইশিংসু য়াম্না লৈ; অদুবু নহাক্না মহাক্কী ফক্লাং শেমজনবীদুনা মহাক্কী য়ুমগী থবক্তা মতেং পাংখি। অনীশুবা ইমুং অদুদি করিশু হেন্না লৈজদবনি, অদুবু মখোয়গী অরৈবা খজিক্তংদুফাওবা ঐখোয়দা পীনীংখি, অদুগা নহাক্না মখোয়গী থৱায় ওইনা লৈজরিবা ষষ্বীদুবু শিহনখ্রে।" অসুম্না মহাক্না মঙোন্দগী হনবী দূত অদুদা মরাল শীরম্মী।

মঙোন্দগী হনবী দূত অদুনা মঙোন্দা পাউখুম পীরক্লম্মীঃ " ওইগদবা মতৌ মানবমখৈ অওইবনি খনগনু। ঐখোয়না লল্লেবা নুপা অদুগী য়ুমজাওদুগী মনীংথংবা কুৎথবা অঙ্গংবা কা অমদা লৈরিঙৈ মতমদুদা ঐহাক্না ফক্লাংদুগী অহোবা মখুন মনুংদা সনা ময়াম অমা থম্বা উরম্মী। মপু অদুনা য়াম্না মিহৌচাউবদুদা অমদি অতিথি সেবা তৌনীংদবদুদা ঐনা অহোবা মখুন অদু মহাক্না (লল্লেবনা) থিবা ফংদনবা হায়দুনা মেনশিনখিবনি। অদুগা অমুক ঙরাংগী অহিংদনা লৌউবা নুপা অদুগী ফমুংদা হেক তৃম্বগা যমগী শকথীবী দূত অমা লাক্লগা লৌউবা নুপা অদুগী নুপীগী থৱায় লৌবা লাকখি; মদুদা ঐহাক্না মহাক্কী মথৱায়গী মহুত্তা ষষ্বীদুগী থৱায়দু পীখিবনি।"

থৌদোক খুদিংমক্কী নুং-দা ফোংদোক্তনা লৈবা তমগদবা পারা অমমম লৈ।



## অচুম্বা মীৎয়েং

হৌজিক্কী মতমগী মীশিংসে নাপল, য়েংথীবা, কল্লক-মিহৌবা, মশাগী ওইজবথিবনচিংবা ফত্তবা গুণশিংনা তাদুনা শাখ্রে। মখোয়না মখোয়গী শেংদ্রবা পূক্নীংগা লোয়ননা সংসারসিবু য়েংলকপা মতমদা সংসারসে মন্না উরে। মসিবু মহাভারতকী মনুংদগী লৌথোরকপা থৌদোক-ৱারী অমনা খুদম পীদুনা তাক্লি।

**ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা** দুর্য্যোধন অমসুং ধর্ম্মরাজ অনীবু কৌরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না মখোয় অনীদা লৈবাক অদুগী মীশিংদু করম করম্বা মীতাশিংনো মুন্না থিজল্লুচো হায়না হায়রম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা দুর্য্যোধনদা লৈবাক অদুদা অফবা মী কয়ামুক লৈবগে থিদোকউচো হায়রম্মী। দুর্য্যোধননা লৈবাক অদু শীন্থুংনা চৎলূরবা মতুংদা লৈবাক্কুগী করিগুম্বা মফম অমতদসু অফবা মী লৈতে হায়দুনা *শ্রীকৃষ্ণদা* পাউ তম্লম্মী। করিগুম্বা অফবা মী অমা লৈরম্বা তারবদি মহাক মশামক ওইগনি হায়রম্মী। ধর্ম্মরাজনদি মখোয়গী ধর্ম্মগী লৈবাক অদুদা কনাগুম্বা ফত্তবা মী অমফাওবা লৈতে হায়না *শ্রীকৃষ্ণদা* পাউ তমজরম্মী। অদুবু ফত্তবা খরদি মঙোন্দা লৈ হায়না মহাক্না হায়জরম্মী।

মসিগী ৱারীসিগী নুং-গী ওইবা অর্থদি কনাগুম্বা অমনা মপানগী সংসার অসিদা উগদবসি মহাক্কী মশাদগী থক্তোরকপা মমি অদুতনি হায়বনি। অশংবা আনোক উপ্লবদি পোৎশিংসি শংনা উগনি, অদুগা অঙাঙবা আনোক উপ্লগনা পোৎশিংসি ঙাঙনা উগনি। অচুম্বা মীৎয়েং য়েংউ, অদুগা সংসারসে চুম্না উগনি। মরমদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী পূক্নীং অসিবু অফবা ৱাখলশিংনা পীক থলহনগদবনি।



# পারা অমা তম্লম্মী

লাইরিক হৈবা নহা ওইরিবা অঙম্বা ওফিসার অমনা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী বক্তৃতা য়াম্না তানীংলম্মী। মরমদুনা মহাক্না উপু-মচা অমা পুরগা বিদ্যাসাগর য়াওনা তৌগদবা মীটিং মফম অমদা রেলগাড়ী তোংলগা চৎলম্মী।

রেলগাড়ী ষ্টেশন্দা কুমথরকপা মতমদা মহাক্না মহাক্কী উপু- মচা অদু পুবীনবা কুলি অমা কৌরম্মী। কুলি অমতা লাক্রবা মতমদুদা রেলগাড়ী অদুমক্তদগী কুমথরকপা হনুবা অমনা উপু-মচা অদু পুবীগে হায়দুনা চোংথোরক্লম্মী। হনুবা অদুগী ঈচম-চম্বা ফিজেৎ অদু উবদা ওফিসার অদুনা মহাকপু য়াম্না লায়রবা খুঙ্গংগী মী অমনি হায়না লৌরম্মী, অদুগা মঙোন্দা মহাক্কী উপু-মচা অদুবু মহাক্না য়ৌগদবা মফম অদু ফাওবা পুহল্লম্মী। পম্থুংফম য়ৌরবা মতমদদি হনুবা অদুনা উপু-মচা অদু থম্লম্লগা চৎকে হেক তৌরকপদা ওফিসার অদুনা মঙোন্দা অন্নামল পীগে তৌরম্মী। হনুবা অদুনা অন্নামল অদু লৌ হায়বা য়াখিদে অদুগা হায়রক্লম্মীঃ" ঐদি পৈশা তানবা মী অমা নত্তে, ঐনা তৌখিবা থবক পূম্নমক সেবাগী অশেংবা ৱাখল অমদা

তৌখিবা ঙাক্তনি।”

হনুবা অদু কনাসু ওইরমখিদে; ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর মশামক ওইরম্মী। মহাক্না ওফিসার অদুবু থাগৎলবা মতুংদা হায়রক্লম্মীঃ “ নহাক্না তৌরিবা মতৌ অসিদি নহাক্না নহে তম্লুবগী কান্নবা অমতা লৈত্রে। নহাক্না অসুক্কী মতীক নহে তম্লুরগা নহাক নশামক্কী তৌদবা য়াদবা থবক ফাওবা তৌজবা ঙমদ্রে। নহাক নশানা নশামকপু মতীক চাদবা মী অমা ওইহল্লে। নোল্লুকপনা শিক্ষাগী লৈতেংনি। নোল্লুকপা য়াওদবা শিক্ষাদি শিক্ষা শুকনৎ-নত্তে। নাপল-তৌবা হায়বসিসু অফবা শিক্ষাগী খুদম নত্তে। চাউথোকপা অমসুং অপাম্বা হায়বশিংসিদগী নাম্থোক্লবা লাক্লগদবনি।”

নুমিৎ অদুগী অথেংবদা মীয়াম অমা মীটিং মফম অদুদা তিল্লম্মী। বিদ্যাসাগরবু তরাম-তরাম ওক্লনবা হায়দুনা মীয়াম্না য়াম্না খৌরাংনা ঙাইরম্মী। বিদ্যাসাগরনা ষ্টেজদা হেক কাখৎলকপগা লৈ-পরেংশিং মরাঙ-কায়না মঙোন্দা হুক্লম্মী। ওফিসার অদু ভাবক মরক্তা য়াওরম্মী। ষ্টেজদা ব্রাঙাঙলোই অদুনা হেক কাখৎলকপা উবদা মহাকপু বিদ্যাসাগর ওইরমগদ্রনে হায়দুনা ওফিসার অদুনা খঙনীংবনা খৌরাংলম্মী। মহাক্কী ব্রাখলদা অসিগুম্বা ব্রাহং অমা হংখিঃ“ ঙসিগী অয়ুক্তা ঐগী উপু-মচা পুখিবা নুপা অদুমক মহাক ওইরমগদ্রনে ?”

মহাক্কী কুলি ওইখিবা নুপা অদুমক্না বিদ্যাসাগর মশামক ওইরম্বদুদা মহাক মথন্তা য়াম্না ঈকাইজরম্মী অদুগা মথন্তা অসুম্না

হায়জরম্মীঃ "ঐনা নাপল কারুবা অমসুং চাউথোকউবনা মরম ওইদুনা অসুক য়াম্না ঈকাইখুম্ননীংঙায় ওইরবা মীশক অমগী মফমদা ব্যবহার কায়রুবসে অসুক্কী মতীক ঈকাইনীংঙাইনিদা !" নুমিৎ অদুমক্তদা ওফিসার অদুনা " অশেংবা শিক্ষাগী অচুম্বা মোহরদি নোল্লুকপনি," হায়বা অফবা পারা অমা তল্লে হায়দুনা মপূক্লীংদা ফাওখি।



# চাক্লিবা নুপা অমা অমসুং ছাত্রশিং

করিগুম্বা মতম অমদা গেরুব্রা মচুগী ফি শেৎপা চাক্লিবা নুপা অমনা কৈথেলদা চৎলম্মী। স্কুল অমসুং কলেজগী ছাত্রশিং খরনা মহাক্কী মরমদা খঙসু খঙদবদা পংঙাঙদা ঙাঙনরগা মহাক্কী মতুং ইল্লম্মী। মখোয়না ফনা ঙাঙনজরবসু মহাক্না করিমতা থৌশা-ৱাশাবিরুখিদে। মহাক্না খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা চৎলম্মী। ছাত্রশিং অদুনা চাক্লিবা নুপা অদুবু শাউহন্নবা মখল মখলগী ফত্তবা ৱাহৈশিং শীজন্নদুনা চৈরম্মী, অদুবু চাক্লিবা নুপা অদুনা করিমতা খুমদনা অসুম অসুম চৎলম্মী অদুগা মমৈথংদা খুঙ্গং অদুগী চিদাই অমদা হৌবা উপাম্বী অমগী মখাদা ফম্লম্মী। ছাত্রশিংদুনা করিমতা লেপ্তুবমখৈ ফাগি-জুগাই তৌদুনা চৈথরকখি, অদুবু মমৈথংদদি মখোয়না চৈগদবমখৈদু চৈরগা চোকথরক্লুনা চৈবা লেপখি। মখোয়না তুমিন্না লৈখ্রবা মতুংদা চাক্লিবা নুপা অদুনা মখোয়দা হায়রক্লম্মীঃ“ অঙাংশা, নখোয়না ঐঙোন্দা চৈগদবা ৱাহৈশিং লৈরিব্রা ? হৌজিক চৈগদবমখৈ চৈহৌরো; ঐহাক থংনবা খুঙ্গং অসিদা চৎকদৌরে।” মখোয়গী মরক্তগী থক্সি-খাসি- নাইদবা নহা অমনা হংলক্লম্মীঃ “নহাক্না থংনবা খুঙ্গং অসিদা চৎলগা ঐখোয়দা করি তৌজবা ঙমগনি ?” চাক্লিবা নুপা অদুনা খুম্লকখিঃ“ হে ইচা ইবুংঙো, ঐনা করিমতা তৌরোইয়ে। থাগৎপা নত্রগা চৈবা হায়বসিদি হকচাঙগা মরী

লৈনবা ৱানি, আত্মাগা মরী লৈনদে। অদুবুনে থংনবা খুঙ্গং অসিদদি ঐবু য়াম্মা নুংশিবিবা অমদি ব্যবহার তৌবিবা মীময়াম অমা লৈ। মফম অদু য়ৌরগা নখোয়না ঐবু চৈরকপা তারবদি খুঙ্গংদুগী মীশিংনা নখোয়বু য়াম্মা শাথীনা ফুবিগনি। খুদোংথীবা অদু থেংনদনবা হায়দুনা ঐনা নখোয়বু নুংশিবদগী মাংজৌননা খঙহল্লিবসিনি।" ৱাফম অদু তাবদা ছাত্রশিংদুগী থম্মোয়দু হোংখি। মখোয়গী মপুক্লীংদা অসুম্না ফাওরকখিঃ " ঐখোয়না মঙোন্দা চৈবা য়াবমখৈ চৈবীরবফাওবদসু মসিগী পূকচেল চাউরবা নুপা অসিদি শুকশাউ হেক শাউবিদে, অদুগা শাউবগী মহুত্তা ঐখোয়দদুম অচুম্বা লমচৎ-শাজৎ তম্বীরকই।" মখোয়না চাক্লিবা নুপা অদুগী মখোঙদা তুদুনা খুরুমজরম্মী, অদুগা মখোয়বু ঙাকপীয়ু হায়দুনা হন্না হন্না হায়জরম্মী।



# অফবা থবক্কী মনা

নোংমা হারাওকুম্মে থোকপা নুমিৎ অমদা দ্রৌপদীনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী য়ুমদা লাকখি। শ্রীকৃষ্ণনা চু মকক মকক কল্লম্মী, অদুগা মখোয় ময়াম অমা হরাও-ইরাও নোক্নুনা চু চামীন্নরম্মী। চু ককপদা শ্রীকৃষ্ণগী খুদোনবী শোকখিরম্মী। খুদোনবীদুদগী ঈ তপ তপ তাবা হৌরকখি। লৈমশিংনা মখোয়গী কা-কাদা চণ্ডুনা অশোকপা খুদোনবী অদুবু পুন্নবা অপৌবা ফি-মচেৎ ফংননবা কোয়থি-থিনখি। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী খুয়া থম্বাল মনাক্তা ফন্নিবী দ্রৌপদীনদি খুদক্তা মহাক্কী শেৎলিবা ফিদুদগী মচেৎ অমা শেগায়রগা অশোকপা মফম অদুবু পুন্সিল্লম্মী। লৈমশিংনা ফি-মচেৎশিং পুরগা লাকপা মতমদদি মখোয় য়াম্না নীংবকায়রম্মী; মরমদি অশোকপা মফম অদু দ্রৌপদীনা হান্ননা ফি পুন্সিল্লমখি।

চহি কয়া হৌখ্রবা মতুংদা দ্রৌপদীবু ধৃতরাষ্ট্রগী কোনুংদা ঈকাইবা পীখি। মহাক্কী শেৎলিবা ফি অদুবু লৌথোক্লবা কন্না লাক্লখি। মহাক্লা মীয়াম মমাংদা মহাকপু ঈকাইবদগী কনবীয়ু হায়না লাওজখি, অদুবু উপায় অমতা লৈখিদে। মমৈথংদা মহাক্কী ইজ্জৎ কনবীনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌজরম্মী। অরাপ্পা লমদম দ্বারকাদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণনা থুনা লাকপীদুনা দ্রৌপদীগী পূকচেল-শেংবা প্রার্থনা অদুগী পাউখুম য়াম্না পীনীংনা পীখি। দ্রৌপদীগী শেৎলিবা ফিদগী মচেৎ অমা শেগায়রগা পুনখিবা খুদোনবী অদুমক্তুনা হাইর-হাইরগা ফি গজ গজ কয়ামুক

অরেপ্পা লৈতনা দ্রৌপদীগী হকচাঙ কুপ্পনবা থাদবীরক্লম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা দ্রৌপদীনা তৌখিবা সেবা অমসুং কখোকপগী থবক মচা অদুনা মহাক্কী ৱারবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল পুরকখি, অদুগা থৌনা য়াম্না ফরবা পাণ্ডবশিংনা মহাকপু কনবীবা ঙমদ্রবা মতমদা শ্রীভগবাননা মহাকপু ঙাক-শেন্বীখি।

অফবা থবক্তি ঈশ্বরগী ওইবা ধর্ম্মচেনবা থবক্নি, অদুগা মদুগীদমক্তদি ঈশ্বরনা মতম চানা মনা পীবিগনি।



# পূক্লীং অনী-লোঙবা

খুঙ্গং অমদা অফাওবা উকিল অমা লৈরম্মী। মহাক্না মরাল্লৈতবা মোক্কেলশিংগীদমক্তা (উকিলদা চঙজবা মীশিংগীদমক্তা) অচুম্বা তৌবীরম্মী, অদুগা মরাল্লৈরবশিংগীদমক্তসু ঙাকপী-কনবীবগী থবক তৌরম্মী। মহাক শিব মহাদেবগী ভক্ত অমনি। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অঙনবদা ঈরুজথোক্লগা পূং অমা চংনা জপ তৌরম্মী। মহাক্না "ওঁ নমঃ শিবয়া" হায়বা মন্ত্র অদু ১০০৮ লক নুমিৎ খুদিংগী থীরম্মী।

নোংমদি মহাক্না মন্ত্র থীদুনা লৈরিঙৈদা মোক্কেল অমা মহাক্কী য়ুমদা লাক্লম্মী অদুগা মহাক্কী মম্মৌনুপীদা "উকিল সাহেপ লৈব্রা, ইবেম্মা, ঙসিসিবু মহাক উনবা ফংগদ্রা ?" হায়না হংবা মহাক্না তারম্মী। মমৌনুপীদুনা মদুদা পাউখুম অসুম্না পীখী ঃ" ঐগী ইকুবোক্কী হৌজিক হৌজিক মুচিশিংগী শঙ-শাঙ অমদা লৈরি, ঙাইবীয়ু, য়াম্না থুনা লাক্লগনি।" পাউখুম অদু তাবদা মকুবোক-উকিল অদু য়াম্না ঙক্লম্মী অদুগা শাউসু শাউরম্মী। মহাক্না চাকশঙরোমদা থুনা চঙশিল্লগা মমৌনুপীদুদা হংলম্মীঃ"নহাক্না ঙাঙখিবদু করিনো ? ঐবু উশিত্ত্রা ? নত্রগা নহাক পু জ্ঞান মাঙলব্রা ? ঐনা মন্ত্র থীদুনা পূজাগী কা মনুংদা লৈরি হায়বা নহাক্না খঙনা খঙনা মুচিশিংগী শঙ-শাঙদা ঐবু লৈ হায়না মতৌ করম্না খুমখ্রিবনো?" মমৌনুপীনা খুমজরকখিঃ" ঐবু ঙাকপীয়ু ইকুবোক,

ইকুবোক্লা পূজাগী কা মনুংদা লৈখি হায়বসে চুম্মি, অদুবু ইকুবোক্কী পূক্লীংদি কদায়দা লৈখিবগে? অমুক্তা তাকপীয়ু। ইবুবোক্লা মন্ত্রদু থীরিঙৈদা মুচিনা ইকুবোক্কী খোঙগুপ জোরা অদু ৱায়েল-লোয়শঙ কাদ্রিঙৈগী মমাংদা পুরক্কদ্রা নত্রগা পুরক্লোইদ্রা হায়বগী ৱাখলদা পূক্লীং ৱাবীখিদব্রনে ?" মমৌনুপীগী ৱাফমদু চুম্বনিনা উকিলদু করিমতা মখাতানা ৱা হায়বা ঙমখিদে। মহাক্কী মুন্না ধ্যান তৌবা ৱাৎপগী মতৌ অদুবু য়াম্না হৈশিংনা অমদি জ্ঞান তানা উত্তুনা তাক্লকপা অদুগীদমক্তা মকুবোক্লা মমৌনুপীবু য়াম্না থাগৎখি।

ঐখোয়না ঈশ্বরগী মিংলেন শোনবা নত্রগা প্রার্থনা তৌবা মতমদা মেচিনগুম্না তৌরোইদবনি। ঐখোয়গী পূক্লীং, থম্মোয় অমসুং আত্মাবু জপ নত্রগা প্রার্থনাদুদা লেঙদনা থমগদবনি। ঈশ্বরগী মিংলেন শোন্না শোন্না অতোপ্পা করিগুম্বা অমগী মরমদা খল্লুরবদি মদু সাধণা ওইবা শুকয়া য়ারোই। মন্ত্র হায়বসিদি থম্মোয়দগী হৌরক্কদবনি, চীন্বানদগী হৌরক্কদবা নত্তে।



# ভক্ত অমগী অপাম্বা

হনুমাননা লঙ্কাদা পাঙথোক্কদবা থবক্তি লোইহ্রগা শ্রীরামচন্দ্রগী মনাক্তদি হল্লক্ত্রিবা মতম অদুদা মহাক্না মমা সিতাগী মনাক্তা আশীর্ব্বাদ পীবিনবা লাকচরম্মী। মমা সিতানা হনুমানদা অসুম্না আশীর্ব্বাদ পীরম্মীঃ " নহাক অসে তৌওস্বা পাঙ্গল, বুদ্বি অমসুং লিংজেলনা পীক থল্লি। নহাক অহল শুকওই-ওইরক্তবা ওইরসনু।" মদুনা হনুমানবু নুংঙাইহনবা ঙমখিদে। মহাক্কী নীংবকায়বা মতৌ অদু উবদা, সিতানা মঙোন্দা অমুক আশীর্ব্বাদ পীরম্মীঃ " নহাক অমর ওইরো।" মদুনসু হনুমানবু নুংঙাইহনবা ঙমখিদে। মহাক্কী পূক্নীং-ঈরাং অদু খঙলদুনা মমা সিতানা মঙোন্দা অসুম্না অমুক আশীর্ব্বাদ পীরম্মীঃ" মরোল অহুমসিদা লৈরিবশিংসিনা নহাক্কী অফবা নতীক-নগুণশিংবু ব্রাংনা থাঙ্গৎপা ওইরসনু।" মদুনসু হনুমানবু নুংঙাইহনবা ঙমখিদে। মহাকপু থাগৎপা ব্রাহ্মেশিংদু তারগা ঈকাইজদুনা হনুমাননা মকোক নোম্মদুনা খাঙলম্মী। মমা সিতানা অরোইবদা মঙোন্দা অসুম্না আশীর্ব্বাদ পীবিরম্মীঃ" শ্রীরামনা নহাকপু মতম লৈবা খিবিক্তা নুংশিবিবা ওইরসনুঃ" ব্রাহ্মেশিংদু হেক তাবা মীৎকৃপ্তুদা হনুমান পূক্নীং-তুজুংনা হরাওরম্মী। হনুমাননা হায়জরক্লম্মীঃ" ঐনা পামজবা হায়বদু মদুখক্তনি। হৌজিক্তি ঐবু শ্রীরামচন্দ্রনা নুংশিবিবদা মতীক চারগনি। শ্রীরামগী নুংশিবা য়াওদ্রবা পৃক্সীদি হিংনা হিংনা শিরবনি। ঐনা পামজরিবসু শ্রীরামনা ঐবু নুংশিবিবা অদুখক্তনি।"



## চা-চন্দন পাম্বী

নিংথৌ অমনা উমং অমদা শাতানবা লাক্লম্মী। মহাক্না শজী অমা উরম্মী অদুগা শজী অদু ফংননবা তান্নরকপদা মহাক্না লাকমীন্নবা মনাই-মশলশিং অদুদি য়াম্না লাপ্না লৈহৌখিরম্মী। মহাক্কী লম্বী মাওখি অদুগা মহাক অরাম-খৌরাংবনা হেঞ্জনমনখিদুনা মশা পুবা ঙম্লকখিদে। মমৈথংদদি মহাক্না অরাপ্পা খুঙ্গংদা শীং য়োনবা চৎপা শীং-চনবা মতৈ-মনাওগী অপীকপা খাংপোকশঙ অমা উরম্মী। খাংপোকশঙ অদু য়ৌনবা নিংথৌ অদুনা চৎলম্মী। মহাক্না য়েংবদা মখোয়গী চীঞ্জাক থম্নবা উপু অদু পূমহাঙ হাঙলম্মী; অদুবু মতৈ-মনাওনা উপায় অমা থিরগা নিংথৌদুদা তল অমা পীজরম্মী। নিংথৌদুনা তলদু য়াম্না হাওনা চারম্মী। মতম অদুদা অরাম-খৌরাংবা পোকখিবা অদুমহায়না মমাংদা অমুক্তা থেংনখিদবা মরমনা নিংথৌদুনা তল অদু চাবদা হাওরিবা খুৎহাও অদুগুম্বদু অমুক্তা মমাংদা থেংনখিদ্রি। মহাক্না নুমিৎয়ুংবা মতম অদুদা য়াম্না নুংঙাইনা মঙ-হা-চোয়দনা তূম্লম্মী, মরমদি মহাক্না মমাংদা অমুক্তা অদুমহায়না ব্রাদুনা চোকথবা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। মতম অদুমক্তদা রাজসভাগী অঙম্বশিং অমসুং সিফাইশিংনা মহাক্কী মনাক্তা লাকখি; অদুদগীদি শীং-চনবা নুপা অদুনা মহাক্কী অতিথি অদু মীচম অমা নত্রে লৈবাক্কুগী নিংথৌনি হায়বা হেক খঙলকপদা মহাক্কী পূক্নীংদু য়াম্না থুক্কৎখি। নিংথৌনা মঙোন্দা অথীবা ব্রা অমতা হায়রকখিদ্রবসু নিংথৌদা মখোয়না

য়াম্না হম্বুবা চীঙ্গাক পীজখিবদুগীদমক্তা মপূক্লীংদা অকিবা অমা ফাওখি। মরমদুনা মহাক্না নিংথৌদুদা মহাকপু ঙাকপীয়ু হায়না হায়জরম্মী।

মথংগী নুমিৎ অমদা কোনুংদগী মী খরনা মহাকপু লৌবা লাক্লম্মী। মদুদা লায়রবা শীং-চনবা নুপা অদুনা নিংথৌবু সেবা নীংথিবা তৌখিদবগীদমক মহাকপু দণ্ডি শোয়দনা পীরগনি হায়না খল্লম্মী। মহাক্কী নুপীদুসু মপুরোইবগী অন্নাবা অদু শরূক য়ামীন্নরুরগে হায়দুনা মহাক্কী তুং-ইল্লক্লম্মী। নিংথৌনা শীং-চনবা নুপা অদুগী ফমফম নীংথিনা পীবীরম্মী, অদুগা ফমফমদুদা ফম্বীয়ু হায়দুনা কন্না তকশিল্লম্মী।যজ্ঞদা মঙক কক্কদৌরবা শাশিংদা চৎনবী অমা ওইনা পীনবা ঈকাইখুম্নবা মখল অদুবু শীং-চনবা নুপা অদুনা নীংশিংলক্লম্মী। অসিগুম্বা শাশিংনা ফংনবগুম্বা অতোপ্পা ঈকাইখুম্নবা মখল অমা মমল চঙনা মতৈ-মনাওদসু পীবিগদৌরি হায়না মহাক্না খনখি।

অদুদগীদি নিংথৌ অদুনা মঙোম্দগী করি বর নিনীংই হায়না শীং-চনবা নুপা অদুদা হংলম্মী। শাথীনা কিজরবা শীং-চনবা নুপা অদুনা হায়জরম্মীঃ " ঐগা ঐগী নুপীগা ঐখোয় অনীসি য়ুমদদি য়ৌহনবীয়ু। ঐগী ঙক অসিদদি ককপীগনু।" নিংথৌদুনা হায়রকখিঃ" নহাকপু তমথীনা তৌগদবা তৌবীমল খঙদবা ফত্তবা মীশক অমদি ঐহাক নত্তে। ঐনা নঙোম্দা লৌ-ইংখোল পীরবসু নহাক্না লৌউবা মী অমা নত্তবনিনা নহাক্না মদু মাঙহনগনি। ঐহাক্না নঙোম্দা লন-থুম ময়াম অমা পীরবসু হুরানবশিংনা হুরানবীখিনি, মরমদি নহাক্না উমংদা নহাক্কী নুপীগতা লৈবনি। ফরে, হৌজিক্তি উমংদা লৈবা চা-চন্দন পাম্বীশিং হৌবা একর ৩০ (কুন্থ্রা) গী লম অমা নখোয়দা পীরে। মদু ফজনা শীজন্নরো। অদুগা

নখোয় নুংঙাইজরো।" শীং-চনবা নুপা অদুগী পূক্লীংগী অৱাবদু হেক কোকখি, অদুগা মহাক্কী উমংগী য়ুমদা মতৈ-মনাও য়াম্না নুংঙাইনা হল্লকখি।

থা তরক্কী মতুংদা নিংথৌ অদুনা উমংদুদা অমুক শাতানবা লাক্লম্মী। মহাক্না চাখিবা তল অদুগী মহাও অদু নীংশিংলক্তুনা শীং-য়ানবা নুপা অদুবু থিরক্লম্মী। মহাক য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী, অদুবু চন্দন-পাম্বীশিংদু চা-চন্দন ওইনা মচেৎ মচেৎ য়োনবগী মহুত্তা (অশিবা) মৈতাল ওইনা য়োল্লি হায়দুনা মহাক্না হায়রকপা মতমদা নিংথৌ অদু য়াম্না নীংবকায়রম্মী। নুপা অদুনা অদুক য়াম্বা চা-চন্দন পাম্বীশিংদু মৈ থারগা মৈতাল ওলহল্লম্মী। মরমদুনা মহাক্না নিংথৌদগী ফংলকপা খুদোলপোৎ অদুগী কান্নবদু খঙখিদে।

অদুমহায়না তাইবং মীওইবা ঐখোয়না তাইবং মপুদগী মমল য়াম্না য়াম্বা খুদোল অমা ওইনা ফংলিবা পূম্নীগী নুমিৎশিংসিগী কান্নবদু খঙদে। ঐখোয়না মতম কুইনা চত্তবা পোৎশিং অমসুং তুংকোয়দবা নুংঙাইবশিংবু ফংনবা তানবদা নুমিৎশিংবু মচীৎ-মচীৎ চোইজাইননা মাঙহল্লি, অদুগা ঐখোয়গী পূম্নীবু অৱাবনা লোইবা নাটক অমা ওইহল্লি।



# অরোইবা অপাম্বা

মহম্মদ গাজনী কাহেন্না লন-থুম পৈশন্দুনা থম্বা পাম্বা মিহৌচাউবা নিংথৌরেল অমনি। মহাক্না হিংলিঙৈদা হীরা অমসুং মণিমুক্তানচিংবা ময়াম অমা পৈশন্দুনা থম্বগী থবক্তা থৱায় য়াম্না য়াওরম্মী। মহাক্না ভারতবর্ষদসু য়াম্না তোয়না লান্দারম্মী, অদুগা মমল য়াম্ল-য়াম্লবা মনিমুক্তাশিং লৌরগা মহাক্কী কোনুংদা পৈশন্দুনা থম্লম্মী।

অরোইবা মতমদু য়ৌরকপদা মহম্মদ য়াম্না কন্না নারকখি, অদুগা মহাক কুইনা হিংলরোই শিরনি হায়বসে মশামক্না খঙজখি। মহাক্না মহাক্কী হৌখিবা পূন্সীগী অকি-অখং খঙদবা থৌনা অমসুং ৱাখলশিং অদুবু নীংশিংলক্লম্মীঃ" ঐগী হৌখিবা পূন্সীদা য়াম্না কন্না হোৎনজরগা অসুক য়াম্বা লন-থুম ময়াম অসে পৈশন্দুনা থম্লে; অদুবু লল-থুম পূম্বসে কোনুংসিদা হুন্দোক্লম্লগা ঐহাক হৌজিক ইথন্তা চৎখিবা তারেদো ! ঐদি শিরগা লন-থুমসে পুরগা চৎলরোই।" মহাক্না মহাক্কী রাজমন্ত্রীশিং কৌশিল্লম্মী অদুগা হায়রকখিঃ" ঐহাক্না নখোয়দা করিগুম্বা অমা হায়নীংই।" মহম্মদকী পূক্নীং অমসুং খোঞ্জেলদা খুদক্কী ওইনা অওনবা অমা লাকখিবা মতৌ অদুবু উবদা রাজমন্ত্রীশিংদুনা পূমঙক-ঙক্লম্মী। খোঞ্জেল অমতা ওইনা রাজমন্ত্রীশিংদুনা হায়রকখিঃ" করিনো তাকপীয়ু, মহারাজ ! ঐখোয়দা অমুক্তা খঙহনবীয়ু, ইবুংঙোগী অরোইবা অপাম্বা

অদু ঐখোয়না শোয়দনা থুংহঞ্জগে ।” মহম্মদনা হায়রক্লম্মীঃ“ ঐগী অশিবা হকচাঙ অসি পুবগা নখোয়না কোনুংগী সোড়োক্তা শোভাযাত্রা চৎপীয়ু। নখোয়বু শোভাযাত্রা চৎপীরোইদ্রনে ? অদুগনে ঐগী অশিবা হকচাঙ অদু থম্বা মতমদা ঐগী খুৎ অনী অসে ঐগী প্রজাশিংনা উবা ফংননবা শাংনা তিংথোক্তুনা থম্মীগদবনি।” রাজমন্ত্রীশিংদু য়াম্না ওক্লম্মী অদুগা মখোয়না হংলকখিঃ“ মহারাজ ! মহারাজগী ব্রাখলদা অসিগুম্বা অণ্ডকপা অপাম্বা অমা পোক্লক্লিবসিবু মরম করিদগীনো ঐখোয়দা অমুক্তা তাকপীয়ু।” শিগদৌরবা নিংথৌ অদুনা পাউখুম পীরকখিঃ“ মতীক-মগুণ চাউনা লৈরম্বা নিংথৌরেল মহম্মদ কবিমতা পুখিদনা সংসার থাদোকম্ব্রে হায়বসে ঐহাক্লা ঐহাক্কী প্রজাশিংদা খণ্ডহন্নীংই।”



# পূন্নমক ঈশ্বরনি

মতম অমদা গুরু অমনা মহাক্কী শিষ্য অমদা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ " হিংদুনা লৈরিবা পূন্নমক ঈশ্বরনি।" শিষ্যদুনা মসিগী লমজিং পাউতাকসিবু ব্রাহ্মেগী অতাবী অর্থদুখক্তা লৌরম্মী, অদুগা মসিগী অশেংবা নুং-গী অর্থদুদি খঙখিদে। নোংমদি মহাক্না সহরগী সোড়োক অমা লানবা মতমদা শামু অমা থেংনরম্মী। শামু মথক্তা তোংলিবা মাউৎ অদুনা শামু মথক্তগী য়াম্না কন্না "হন্দোকউ, হন্দোকউ, থুনা হন্দোকউ," হায়না লাউরকখি। শিষ্য অদুনা মথন্তা শেরান্নবা অসুম্না খন্থরম্মীঃ" ঐহাক্না করিগীদমক্তা হন্দোক্কদৌরিবনো ? ঐসু ঈশ্বরনি, অদুগা শামুদুসু ঈশ্বরনি। ঈশ্বরনা ঈশ্বরবু করিগী কিগদৌরিবনো ?" অসুম হায়না খন্থরুরগা শিষ্য অদু শামুনা চৎকদবা লম্বী অদুদগী শুকহন-হন্দোকখিদ্রে। মরমদুনা মহাকপু শামু মনাতোন্না কোৎখৎলগা সোড়োক্কী নাকলরোমদা লংথোকখিরম্মী। মহাক য়াম্না শাথীনা শোকখি। মমৈথংদা মহাক্না মহাক্কী গুরুগী মনাক্তা চৎলগা ব্রারী পুন্নমক লীরম্মী। অদুদগীদি গুরু অদুনা অসুম্না হায়রকখিঃ" য়াম্না ফরে ! নহাক ঈশ্বরনি, অদুগা শামুদুসু ঈশ্বরনি; অদুবু মাউৎকী মশক লৌদুনা শামু মথক্তা তোংলিবা ঈশ্বরনা নঙোন্দা " হন্দোকউ, হন্দোকউ, থুনা হন্দোকউ " হায়না নশা চোকশিঞ্জনবা তাকপীখি, অদুগা করিগীনো নহাক্না মাউৎকী শকফম লৌরিবা ঈশ্বরগী য়াথংবুদি থৌশাখিদ্রিবা ?"



# হোৎনদ্রবদি করিমতা য়ারোই

খুঙ্গং অমদা ঈশৈগী ওজা অমা লৈবম্মী। মহাক্কী ইমুংগী হিংনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা মহাক্না নক্লবা সহব অমগী অঙাংশিংদা ঈশৈ তম্বীবম্মী। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী অযুক অঙনবদা একাগাডী অমা তোংলগা সহব অদু তান্না চৎলম্মী অদুগা নুমিৎযুংবা মতমদা মযুমদা হল্লক্লম্মী। মহাক্কী নুপীনা মহাক হল্লক্ত্রিফাওবা থেংলবসু থেংনা কৈদৌঙৈদসু চাক চাখিবোই।

নোংমদি মহাক্কী নুপা অদু যাম্না থেংনা হল্লকখি। মহাক্কী নুপীনা মহাক্কী নুপা অদু যাম্না চোকথবে অদুগা চাকসু যাম্না লা!ল্লে হাযবা খঙখি। মবমদুনা মহাক্না মপুবোইবদা হাযজখিঃ" ঐগী নুংশিবা ! থুনা ঈকুজথোকপীকুবো। মবক্তুদা ঐহাক্না চান-থক্লনবা পৃম্নমক থৌবাং তৌবম্লগে।" মহাক্কী মপুবোইবা ঈশৈগী ওজা অদুনা ফদি অমসুং সাপোন পুবগা ঈশৈ ঙংল-ঙংলদুনা গুহা তান্না চৎখি। মহাক্না গুহা মনুংদগী ঈশিং চিংখৎলম্মী, অদুগা ঈশৈদি মতম পৃম্বদা অদুম শক্তুনা লৈবম্মী। মহাক্না সাপোন কোঙ্গোল যাম্না থোক্লা মমাযদা অমসুং হকচাঙদা নোইবম্মী, অদুগা অতোপ্পা ঈশিং বালতি অমা চিংখৎকে হাযনা হোৎনবম্মী। কোঙ্গোলনা মহাক্কী মমায পৃম্বা পৃমথা-থানা কুপশিনখিবা মবমনা মহাক্কী মমীৎ পাংবা ঙমখিদে। বালতি অদু থৌবীগা কোম্ননা গুহা মনুংদা তাখি। মহাক উপায লৈখিদ্রে। নক্লবদা লৈবা নুং অমগী

মথক্তা মহাক্না ফমথখি অদুগা ঈশৈ ওইনা প্রার্থনা তৌবা হৌরকখিঃ“ হে প্রভু, ঐহাক্না ইবুংঙো নহাক্কী নফমদা খুদিংমক শীন্নজরে। ইবুংঙোনা লেঙবীরক্নুনা খুদোংথীবসিদগী ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু। ” মহাক্তী ঈশৈ শক্ল-শক্লগা অমসুং প্রার্থানা তৌর-তৌরগা অদুম নুংঙাইনা লৈথোকখিরম্মী।

ঈশৈদু তারকপদা মহাক্কী নুপীনা গুহা তম্মা লাক্লম্মী। মমীৎ উইশিল্লগা ঈশৈ শক্নুনা নুংঙাইনা লৈথোক্লিবা মাগী নুপা অদু উরগা মঙোন্দা য়াম্মা ঙক্না থোকখি। মফম অদুদা থৌরী অমসুং বালতি লৈত্রে হায়বা মহাক্না খঙলকখি। মদুদা মহাক্না শাউখি অদুগা হায়রক্লম্মীঃ “ নহাক্না বালতি অদু লৌখৎনবদি হোৎনদ্রগা ঈশৈ অদুম শক্নুনা লৈথোক্লবদি ঈশ্বরনা নঙোন্দা করম্মা তেঙবাঙবীরক্কনি ! ঈশ্বরনা নঙোন্দা বুদ্ধি, ৱাঙাঙনবগী শক্তি অমসুং অতোপ-অতোপ্পা পূক্নীংগী পাঙ্গলনচিংবা পীবিরি। ঐখোয়না মখোয়দু শীজন্নগবনি। বালতিনা থৌরীগা লোয়ননা গুহাদা হেক তাখিবগা নহাক্না ঐহাকপু কৌরক্লম্লবদি ফগদবনি। ঐহাক্না খুদক্নুদা লাক্লগা করিগুম্বা উপায় অমা তৌরম্বা য়াবনি।”

মমৈথংদা মহাক্না য়ুমদগী ঈশিং পীকথন্না য়াওবা পাত্র অমা পুরক্লম্মী, অদুগা “ ঈরুজবা লোইশিনবীরো” হায়দুনা মপুরোইবদা হায়রম্মী। সমস্যা অমা কোক্লনবগীদমক্তা কনাগুম্বা অমনা মশানা ঙম্বমখৈ হোৎনদনা ঈশ্বরদা তেঙবাঙবীয়ু হায়দুনা কপ্পখক্লদি কান্নবা করিমতা ফংলোই। মশানা কন্না হোৎনজরিবা মীশিংদুদা ঈশ্বরনা তেঙবাঙবী। হোৎনদ্রবদি করিমতা য়ারোই।



# নিংথৌগুম প্রজাশিংসু

থায়না মমাঙঙৈদা মীচং-মীখায় নাইদনা অমদি ধর্ম্ম কায়দনা লৈবাক ঙাকচবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মহাক্লা মহাক্কী মীচম প্রজাশিংবু য়াম্না নুংশিরম্মী। মহাক্লা করিগুম্বা অনৌবা আইন অমা হৌদোকপা তারবসু মহাক্কী প্রজাশিংগা মতম পূম্বদা মাংজৌননা তানরম্মী। প্রজাশিংনসু মহাকপু য়াম্না নুংশিরম্মী। মখোয়না নিংথৌগীদমক্তা থৱায় থাদোক্কে হায়নফাওবা শেমশাদুনা লৈরম্মী।

নোংমদি মহারানীনা নিংথৌদুগী মকোক্কী শম থাউ তৈরম্মী। মহাক্লা নিংথৌগী শম অঙৌবা খর হৌবা উরম্মী। নিংথৌ অদু অহল ওইরে অদুগা মহাক শিগদবা কুইরক্রে হায়বা খঙননবা ঈশ্বরনা অহানবা ওইনা তাকপীরকপনি হায়বসি মহারানীনা খঙলম্মী। মবমদুনা মহাক্কী মখজাইশিংদা পি মরীক মরীক চেন্থরক্লম্মী, অদুগা নিংথৌদুগী মখুত্তা তারম্মী। নিংথৌদুনা য়েংখৎলকপা মতমদা মহারানীগী মমীৎশিংদগী পি মরীক মরীক তারকপদু উরগা হংলক্লম্মীঃ" করি তৌরে, রানী? নহাক্লা কপ্লীবদুবু করিগীনো?" মহারানীনা মরমদু শুগাইনা হায়খি। নিংথৌদুনা মোমোন মোমোন নোক্লগা হায়রকখি ঃ " ঐগী নুংশিরবী মহারানী ! নহাক্লা ঐঙোন্দা অচুম্বদু হায়বীবসে য়াম্না ফরে। হৌজিক্তি ঐহাক শিগদবা কুইদ্রে হায়বসি খঙলবনিনা ঐহাক্লা প্রার্থনা অমসুং প্রায়শ্চিত্ত তৌরগা শান্তি ওইনা শিবা ঙম্মনবা শেম-শাবা তারে। ঐহাক্লা হৌজিক ঐহাক্কী মন্ত্রীশিংদা লৈবাক ঙাকপগী দায়ীত্ত লোইনা শীন্নরগনি। ঐখোয় অনী উমংদা

চৎসি, অদুগা ঐখোয়গী লেমহৌরিবা পুন্সী অসি শান্তি ওইনা লেল্লুরসি।

নিংথৌদুনা খুদক্তা মন্ত্রী পুম্নমক্কী মীটিং অমা কৌরম্মী অদুগা মখোয়দা মহাক্কী পূক্নীংগী ফিরেপ অদু খঙহল্লম্মী। পাউ অদু লৈবাক শীন্থুংনা শন্দোকখিরম্মী, অদুগা প্রজা অয়াম্বনা কোনুংদা চেল্লকুম্মী। মন্ত্রীশিং অমসুং প্রজাশিংনা মখোয়বু হন্দোপীরম্লগা চৎপীখিনু হায়দুনা নিংথৌদুদা কন্না হায়জরম্মী। নিংথৌনা মখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি মখোয়দি থম্মোয় য়াওদ্রবা হকচাঙ অমগুম থবায় য়াওদনা লৈহৌরগনি হায়দুনা মখোয়না মঙোন্দা কন্না হায়জরম্মী। মীওইবসে শিবা হায়বসিমা শুকশোয়-শোয়দ্রবনি, অদুগা উমংদা লম্বোইবগী পুন্সী খুৎলেন অমা লেল্লগা নুংঙাইনা শিননবা মশা মশামক্লা শেম-শাজগদবনি হায়বগী ব্রাফম অসি মখোয়বু য়াহন্নবা নিংথৌ অদুনা লাক্লরম্মী।

অদুবু প্রজাশিংদুনা হায়রক্লম্মীঃ“ ওঃ মহারাজ ! ঐখোয়না ওইনা উমংদা চৎলগে, অদুগা ঐখোয়গী লাই ওইনা লৈবীরিবা ব্রহ্মাদা নিংথৌগী পুন্সী শাংদোকহনবীয়ু হায়দুনা প্রার্থনা তৌজরুরগে। ঐখোয়না হল্লক্ত্রিফাওবদদি মহারাজনা চানবীদুনা লৈবাক অসিগী শাসন পুবীরমখো।” প্রজাশিংদু উমংদা চৎখিরম্মী অদুগা ব্রহ্মাদা য়াম্না থবায়-হকচাঙ য়াওনা প্রার্থনা কয়া তৌজরম্মী। মখোয়না নিংথৌদুবু নুংশিজবা অমদি নীংজবদু উরগা ব্রহ্মানা য়াম্না পেল্লম্মী অদুগা নিংথৌদুগী পুন্সী অদু শাংদোকহম্বীখি। প্রজাশিংদু য়াম্না নুংঙাইনা কোনুংদা হল্লকখি অদুগা লাইগী বর অদু নিংথৌদদা তন্লম্মী। নিংথৌদুসু য়াম্না নুংঙাইখি।

অদুমওইনমক মহারানী অদুদি উমংদা চৎননবা শেম-শাখি, অদুগা নিংথৌ অমসুং প্রজাশিংগী মফমদগী বিদ্যায় লৌজখি। প্রজাশিংনা নিংথৌখক্কীদমক ব্রহ্মাদগী বর লৌরক্লে অদুগা মহাক্কীদমক্তদি লৌবীরক্লে

হায়দুনা মহারানীনা শাউখিবনি হায়না প্রজা অয়াম্বনা লান্না লৌনখি।

উমংদা মহারানী অদুনা হেন্না হেন্না লুথনা ধ্যান তৌরকখি, অদুগা মদুদা ব্রহ্মানা খাঙবা ঙম্লক্তদুনা মহাক্কী মমাংমক্তদা থোরক্লম্মী। মহারানী অদুনা ঙমজবমখৈ নোল্লুক্লা হংজরম্মীঃ" হে প্রভু, ইবুংঙো নহাক্লা নিংথৌদুদা চহি চনীগী পৃম্মী পীবিখ্রে হায়বসিবু চুম্লব্রা ?" ব্রহ্মানা খুন্নক্লম্মীঃ" হোই, চুম্মী।" মহারানীনা হংজরকখিঃ" হে প্রভু! নিংথৌদুবু য়াম্না নুংশিজবা অমসুং নীংজবা প্রজাশিংগী পৃম্মীদি শাংদোকহম্বীদ্রগা নিংথৌগী পৃম্মীদমক শাংদোকহনবীবসিবু করি কান্নগদগে ?" ইবুংঙো মহাক্লা অমুক হায়রকখিঃ" অদু ওইরবদি ফরে। ঐহাক্লা প্রজাশিংগী পৃম্মীবুসু শাংদোকহল্লে। নখোয়গী প্রজাশিংদুগীদা নত্তনা নহাক্লা হায়রক্লবসু নহাক্কী পৃম্মীসু শাংদোকহল্লবনি।"

মহারানী অদু কোনুংদা হল্লকখি, অদুগা লাইগী আশীর্বাদশিং অমদি বরশিং অদু নিংথৌ অমসুং প্রজাশিংদা খঙহল্লম্মী। অসিগুম্বসে থায়নগী ভারত জাতিগী মীচম-প্রজাশিং, নিংথৌ অমসুং মহারানীগী কখোকপগী পুকচেলনি।



# পৈশানা পোকহনবা নাপল

হঙোই অমগী ৱারীনি। মহাক্কী লুপা অমখক লৈজে। মহাক্না লুপা অমদু য়াম্না লুনা মহাক্কী মখুন্দা (মকোন্দা)থমজৈ। নোংমদি শামু অমনা মহাক্কী মখুল অদুগী মথক্তা নেৎলগা চৎখি, মদুদা হঙোইদুনা য়াম্না শাউনা থোরক্লগা শামুদুদা খোঙপাক্লা কাওগে মতাঙুম মহাক্কী মখোঙ অদু থাঙ্গৎলম্মী, অদুগা হায়রকখিঃ" হে শামু ! কয়ামুক থৌনাফরদনা ! নঙগুম্বনসু ঐহাক্কী কোকথক্তা নেত্তুনা চৎপবা ? লাও, কাওথেক্কে লাও।"

মসিগুম্বাসিনি পৈশানা থোকহনবা নাপল !



# কৈ অমসুং শাদানবা মী

নোংমা শাদানবা মী অমবু কৈ অমনা কন্না তান্নরক্লম্মী। শাদানবদুনা য়াম্না কন্না চেল্লম্মী, অদুগা মমৈথংদা উপাম্বী অমগী মথক্তা কাখৎলম্মী। কৈ অদুনা উপাম্বী অদুগী মথক্তা লৈবা য়োং অদুদা হায়রক্লম্মীঃ“ হে অপঙবা য়োং, নুপা অদু ইন্নুবকউ। মহাক শাদানবা মী অমনি। গরমদুনা মহাক ঐখোয়বু হাৎকদবা য়েক্লবনি। মহাক য়াম্না ফত্তবা মী অমনি।” য়োং অদুনা পাউখুম্লকখিঃ“ মহাক ফত্তবা মী অমা ওইজরবসু নহাকপু কিদুনা ঐঙোন্দো কনবীযু হাযদুনা চঙজরক্লবা মী অমনি। ঐঙোন্দা চঙজরক্লবা মী অমগী মফমদা ঐনা কবিগুম্বা অকায়বা থবক অমতা তৌনীংদে; চানবীদুনা নহাক মফম অসি থাদোক্লগা চৎপীখ্রো।” কৈ অদুনা উপাম্বী অদুগী মখাদা মী অদুবু ঙাইদুনা অদুম লৈরম্মী।

শাদানবা মী অদু মপূক য়াম্না লাম্লম্লগনি খল্লগা য়োং অদুনা মহাক্কীদমক্তা উহৈ-ব্রাহৈ থিবা চৎখিবম্মী। চৈরক অদুদা কৈ অদুনা শাদানবা নুপা অদুদা য়েংলগা হায়রক্লম্মীঃ“ হে শাদানবা ইবুংঙো ! য়োংদুগী মচাদু উথক্তুদা লৈবনি। মদু মখাদা লংথরকউ, অদুগা ঐনা নহাকপু থাদোক্লম্লগা য়োং-মচাদু পুরগা চৎখ্রগে।”

মপূক ফত্তবা শাদানবা অদুনা য়োং মচাদু মখাদা লংথরকখি। মহাক্কী অরাম-খৌরাংবা অদু কোক্লনবগীদমক্তা উহৈ-ব্রাহৈ থিবা চৎখিবা

য়োং অদু খুদক্তুদা হল্লক্লম্মী। কৈ অদুনা য়োং অদুদা হায়রক্লম্মীঃ" হে য়োং! নহাকসে ওস্থোক্লা পণ্ডিতদকো! নহাক্লা অসুক্কী মতীক নুংশিজরিবা শাদানবা নুপা অদুনা নহাক্কী নুংশিরবা নচাদু ঐনা চানবা হায়দুনা উশীল ওইনা মখাদা লংথবিরক্লিবসিনি। মহাকপু ইন্দ্রকউ, অদুগা ঐনা নচাসে থম্বীরম্লগা চৎখিগে।" য়োং অদুনা শাদানবা মী অদুবু ইন্দ্রকউ হায়বা য়াখিদ্রে। কৈদুনা কন্না লাউরক্লম্মীঃ" ফত্তবা মী অমবু নহাক্লা থৌজালবিরবদি নহাক মাওজগনি।" অদুমহায়না হায়রম্লগা কৈ অদুনা য়োং মচাদু চাদনা অদুম থনম্লগা হনখি। শাদানবা নুপাদুনা য়োংদুনা পুবীরকপা উহৈ-ব্রাহৈশিংদু চাথোক্লবা মতুংদা অসুম্না ব্রাখল খন্থরক্লম্মীঃ" ঐহাক্কী নুপী অমদি ইচাশিংনা চাননবা শদুম অমফাওবা যুমদা লৈহৌদে। করম তৌনি ?"

পূকচেল চাউরবা য়োং অদুনা মপূক্লীং তপ্না উশাদা য়াল্লগা পোখাদুনা লৈরিঙৈদা মপূক ফত্তবা শাদানবা নুপা অদুনা মহাকপু নীংথিনা সেবা তৌবিখিবা য়োং অদুবু হাৎখি, অদুগা য়োং অদুগী অশিবা মশা অদু পুরগা ময়ুমদা হল্লকখি।

ফত্তবা মীদা মতেং পীরবদি অসুম হায়না হেক থোক্কল্লি।



# মায়াগী কম্বল অমসুং শওম

তুবেল অমগী মপান্দা অঙাং কাঙবু অমনা ষণ মযাম শেল্লম্মী। মতম অদু নোংজুথা ওইবম্মী। ঈখঙ-খঙহৌদনা নোং কন্না তাবক্লম্মী, অদুগা তুবেলগী ঈচেলদু কন্না চেল্লকখি। অকনবা ঈচেল অদুদা শওম অমা তাউথবক্লম্মী। অঙাংশিংদুগী মবক্তগী অমনা অবাপ্পদগী যেংবদা তাউথবক্লিবা শওম অদু কম্বল মপুল অমা ওইনা লান্না উবম্মী। মহাক্না মহাক্কী মরূপশিং অদুদা হাযবক্লম্মীঃ " ঐহাক তুবেলদা চোংথবগে, অদুগা কম্বল মপুল অসে লৌখৎলক্কে।" অসুম্না হাযবল্লগা মহাক্না তুবেলদদা চোংথখি। শওমদুবু কম্বল মপুল অমনি হায়না লান্না লৌববা মবমনা মহাক্না মখুৎ অনী চঙনা শওমদুবু কোল্লিল্লম্মী। অদুদগাদি শওমদুনসু মহাকপু কোন্সিনখিবম্মী। নুপামচা অদুনা শওমদুদগী নাম্থোক্লুবা ফনা ক ন্না হোৎনজববসু, শওম অদুনা মহাকপু শুকথা থাদোকখিদ্রে। মহাক্কী মরূপশিংদুনা তোর্বান্দা লেপ্লগা কন্না লাউবক্লম্মীঃ" ওঃ ঐখোযগী নুংশিববা মরূপ ! মপুল অদু থাদোকও, অদুগা নহাক সিদা লাকও।" শওমদগী নাম্থোক্লুবা লাক্লিবা নুপামচা অদুনা কন্না লাউবক্লম্মীঃ " ঐহাক্না ফনা নাম্থোকপা পাল্লবসু কম্বল মপুল অসিনা ঐবু শুকথা থাদোক্ত্রে।" অদুমহাযনা পূন্সীগী তুবেলদা মাযানা শওমগুম মীওং শান্নবি, অদুগা ঐখোযনা শওম্বু কম্বল মপুল অমা ওইনা লান্না লৌবি। নুংঙাইবা অমসুং ওইজবা ফংগনি হাযবগী আশাদা ঐখোযনা তুবেলদুদা চোংথবি, অদুগা মাযাবু ফাগে লাক্লবি। মমৈথংদদি ঐখোযনা মাযাদগী নাম্থোকপা পাল্লবসু নাম্থোকপা যাম্না ৱানা থোক্কনি।



# যাদু মন্ত্র

মতম অমদা যাদু মন্ত্র হৈবা সাধু অমা লৈরম্মী। মহৌশানা মশাগী ওইনা মহাক অফবা মী অমনি। মহাক্না চাকহেন-ঙাহেননচিংবা অকন-অকনবা শাজেলসু ভৌবম্মী। অদুবু মহাক ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা যেংলুরবদি পূংহো-হোরম্মী। মরমদুনা মহাকপু চুমথোকপীগে হায়দুনা শ্রীভগবাননা সন্ন্যাসী অমগী ফিজেৎ শেৎলগা সন্ন্যাসী শাদুনা মঙোন্দা লাক্লম্মী অদুগা হায়রক্লম্মীঃ " মহাশয়, ঐনা তাজবদি অদোমগী যাদু মন্ত্রগী থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি অমা লৈ হায়নৈ।" সাধু অদুনা সন্ন্যাসী অদুবু অথোইবা সন্মাণগা লোয়ননা হবাও হরাও ওক্লম্মী অদুগা ফশ্বীয়ু হায়না হায়জরম্মী। মতম অদুমক্তদা লশ্বীদা শামু অমা লাক্লম্মী। শামু অদু হেক উবমক্তদা সন্ন্যাসী অদুনা সাধু অদুদা হায়রকখিঃ " ফরে, মহাশয়, শামু অসি নহাক্না হাৎকে হাযনা খল্লবদি নহাক্কী মন্ত্রনাহাৎপা ঙমগদ্রা ?"সাধু অদুনা খুম্লক্লম্মীঃ" হোই, ঐনা মন্ত্র শোল্লগা হাৎপা ঙমগনি।" অদুম হায়না হায়রম্লগা সাধু অদুনা উফুল খুবাম অমা লৌরম্মী অদুগা মহাক্কী শোয়দ্রবা মন্ত্র অদু শোল্লগা উফুলদু শামু অদুদা চাইশিল্লম্মী। শামু অদু খুদক্তা মন্ত্রগী চৈনা ফংদুনা প্রোক প্রোক চাক্লম্মী, অদুগা দোম লাউনা হাইথরগা শিখি।

সন্ন্যাসী অদুনা অশিবা শামু অদুদা য়াম্না মুন্না য়েংলম্মী অদুগা হায়রক্লম্মীঃ" ওঃ ! কয়াদা ঙকখ্রবনো নহাক্কী মন্ত্রগী শক্তিসে ! কয়াদা

লাযনা নহাক্লা শামু অসিবু হাৎখিবা !" থাগৎৱাহৈশিংদু তাবদা সাধু অদু নোকমি-নোকমি তৌজবম্মী। সন্ন্যাসী অদুনা অমুক হাযবক্লম্মীঃ " ফবে, মহাশয, নহাক্লা শামু অসি অমুক হিংগৎহনবনি ঙমগদ্রা ?" মহাক্লা নোকমি-নোকমি তৌবগা খুম্লক্লম্মীঃ" ঐনা অশিবা শামুসিবু অমুক হিংগৎহনবসু ঙমগনি।" অদুদগীদি মহাক্লা অমুক উফুল খুবাম অমা লৌবগা মদুদা মন্ত্র শোল্লম্মী। মহাক্লা উফুল অদু অশিবা শামুদুদা চাইশিনবদা শামুদু অমুক হিংগৎলক্লম্মী। মদুদা সন্ন্যাসী অদুনা মহাক্কী হাযনীংবদু হাযবক্লম্মীঃ" থাঙ্গৈশেংনমক নহাক্কী শক্তিসি যাম্না ঙকই। অদুবু ঐহাক্লা ৱাহং অমতদি হংনীংই। হৌজিকমক নহাক্লা শামু অদু হাৎখি, অদুগা অশিবা শামুদুবু অমুক হিংগৎহনখি; মদুনা কবি কান্নহল্লি? মদুনা নঙোন্দা ঈশ্বব ফংননবা লম্বীদা কবি মতেং পাংই ?" অদুম্না হাযবম্লগা সন্ন্যাসী অদু মাঙখি।



# ঈশ্বরগী ৱাহৈ খুদিংমক অর্থ লৈ।

কুরুক্ষেত্র লাল মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী নাপলবু য়াম্না ফজবা মওং অমদা তুহৎখি। লাল লোইরমদাইগী নুমিদাংৱাইরম অমদা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্কী সারথিনি অমসুং থৌদারোয়নি হায়বগী ৱাখল অদুদা নাপল কারম্মী। অর্জ্জুননা খনখিবম্বদি মহাক্না মপু ওইরবনিনা শ্রীকৃষ্ণনা দোলাইদগী কুমথখ্রবা মতুংদা মহাক্না কোন্না কুমথগদবনি হায়বসিনি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা হায়রক্লম্মীঃ" হে অর্জ্জুন, নহাক হান্না কুমথৌ।" মখোয় অনী য়েৎনদুনা, খুম্নদুনা অমসুং হাযজনদুনা মতম য়াম্না মাঙহল্লবা মতুংদা অর্জ্জুননা দোলাইদগী হান্না কুমথখি। শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মতুংদা দোলাইদগী হেক কুমথরকপগা দোলাই অদু মৈ হৌনা চাকখিরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা দোলাই মৈ হৌনা চাকপগী মরম অদু অর্জ্জুনদা শুগায়না তাক্লম্মী। দোলাইদুদা মচীন থিংজিন-থিংজিন্দুনা লৈরিবা তেনজৈশিং অমসুং অতোপ্পা খুৎলায়শিং অদু শ্রীকৃষ্ণনা দোলাইথক্তা লৈরিবমখৈদি মৈ হৌবা ঙমখিদবনি; অদুবু ইবুংঙো মহাক্না দোলাইথক্তা লৈত্রবা মতমদদি খুৎলায়শিংদুনা দোলাইদুবু মৈ হৌনা চাকথেকহনখিবনি। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মহাক্কী ৱাহৈ খুদিংমক মীওইবনা খঙজদ্রবসু অর্থ লৈ হায়বসে উ ৎপীরম্মী। নাপল হায়বসি ঐখোয়গী শাথীরবা য়েক্লবা অমনি।



# নিংথৌ অমসুং ভক্ত

নিংথৌ অমনা মহাক্কী মরূপ ভক্ত অমদা হায়বল্মী:" ঐবু সংসাবগী অফা-অপুন্দগী অমুক্তা নাম্থোকহনবীযু, ঐবু অমুক্তা মপূংফানা নীংতমহনবীযু।" ভক্ত অদুনা মহাক্কী মরূপ নিংথৌ অদুদা মদুগীদমক্তা তৌগদবা হিবম কযা তাকপীবল্মী, অদুবু নিংথৌদুনা ভক্তদুগী পাউতাকশিংদু শুকইন্দি-ইন্দনা " ঐবু মপূংফানা নীংতমহনবীযু" হায়দুনতা অদুম লৈবল্মী।

নোংমদি ভক্ত মশামক্তা যুম্বী অমদা চে-জেৎ কোম্সিন্দুনা লৈবল্মী, অদুগা নিংথৌদুদা হন্না হন্না হায়জবল্মী:" ইনিংথৌ, ঐনা যুম্বীসিদা কোম্সিন্দুনা লৈবিবসিদগী অমুক্তা নাম্থোকহনবীযু।" নিংথৌদুনা হায়বক্লল্মী:" নহাক নশানা কোম্সিঞ্জবিবদুদি নহাক নশানা থাদোকচগদবনি। কবিগীনো নহাক্তা যুম্বীদুদা কোম্সিন্দুনা থাদোক্তনা লৈবিবদুবো ?" ভক্ত অদুনা খুম্নক্লল্মী:" নত্তে, নহাক্তা ঐবু থাদোকপীগদবনি।" নিংথৌদুনা হায়বক্লল্মী:" মসিদি থাঙ্গশেংনমক অচৌবা কুম্মে অমনিদা ! নহাক নশামক্তা যুম্বীদুদা চেৎনা কোম্সিঞ্জবে, নহাক্তা যুম্বীদু কোনবা থাদোক্কে হায়বা মতমদা নহাক্তা হেক্তা থাদোকপা ঙম্মি, অদুবু মদুদি তৌগে হায়দ্রগা নহাক্তা ঐঙোন্দা থাদোকপীযু হায়না হন্না হন্না হায়বি। নহাক নশামক্তা যুম্বী অদু কোম্সিঞ্জবনি, নহাক নশামক্তা মদুবু থাদোকচদ্রিবা কবিগীনো ?"

ভক্ত অদুনা য়ুম্বী অদু থাদোক্লম্মী অদুগ নিংথৌদুদা অসুম্না হায়রকখিঃ" হে ইনিংথৌ, নহাক্না তৌরিবদুগা মসিগা চপ মান্নে। নহাক নশামক্না মায়া সংসারদা চেৎনা কোন্সিঞ্জরি; অদুগা ঐঙোন্দা মদুদগী নহাকপু থাদোকপীয়ু হায়না হন্না হন্না হায়রি। নহাক নশামক্না মদু থাদোক্লিবা করিগীনো ?" নিংথৌ অদু ভাব তাখি।



# গুহাগী হঙোই

হঙোইমচা অমা গুহা অমদা মতম কুইনদগী লৈবক্লম্মী। মহাক গু হাদুদা পোকখি অমসুং চাউবকখি। নোংমদি সমুদ্রদগী অতোপ্পা হঙোই অমা লাকখি অদুগা গুহাদুদা চোংথবকখি। গুহাদুদা হান্না লৈবম্বা হঙোইমচা অদুনা অনৌবা লাকপা হঙোই অদুদা হংলম্মীঃ“ নহাক কদাইদগী লাকপনো ? অমুক্তা হাযবীযু মরূপ।” সমুদ্রদগী লাকপা হঙোই অদুনা খুন্নক্লম্মীঃ“ ঐহাক সমুদ্রদগী লাকপনি।” গুহাগী হঙোইদুনা অমুক হংলক্লম্মীঃ“ সমুদ্র! সমুদ্র হাযবদুদি কযাম চাউই ?” সমুদ্রগী হঙোইদুনা খুন্নক্লম্মীঃ“ মদুদি যাম্না, যাম্না চাউইদা।” গুহাগী হঙোইদুনা মখোঙশিংদু শৎ তিংথোক্লম্মী অদুগা হংলম্মীঃ“ অহা ! নঙগী সমুদ্রদুবু ঐনা খোঙ তিংথোক্লিবা মফমসিমুক চাউব্রনে ?” সমুদ্রগী হঙোইদুনা অমুক খুন্নক্লম্মীঃ“ অদুদগীদি যাম্না যাম্না হেন্না চাউই।” গুহাগী হঙোই অদুনা মফুদেক্তা শাউনীংবা অমা যাওনা গুহাদুগী নাকল অমদগী নাকল অমদা ফন-ফন চোংলম্মী অদুগা সমুদ্রগী হঙোইদুদা অমুক শাউবপনা হংলম্মীঃ “ চুম্না হাযযু, নহাক্কী সমুদ্রদুবু ঐগী গুহাসিমুক চাউব্রনে ?” সমুদ্রগী হঙোইদুনা যাম্না তপ্না হাযবক্লম্মীঃ“ ঐগী নুংশিববা মরূপ, সমুদ্রগা নহাক্কী পীকখ্রবা গুহাসিগা কবম্না চাংদম্নবা যাগদগেনে ? সমুদ্রদি অঙকপা ফংনা পাকচাউই। থাজবিযু হে মরূপ !” গুহাগী হঙোইদুনা যাম্না শাউনা হাযবক্লম্মীঃ“ নত্তে, নত্তে, ঐগী গুহাদগী হেন্না চাউবা

কৰিমতা লৈরোই। তশেংনমক্লি, সমুদ্রনা ঐগী গুহাদগী হেন্না চাউরোই। মসিগী মরূপসে চীম্হীবনি, মহাক তান্থোকখিগদবনি।" মসিগুম্বা মতৌসি পূকচেল পীক্লবা মীশিংগী মফমদা ওইথোক্কল্লি। মখোয়দি মখোয় মশা মশাগী পীকখ্রবা গুহাদা ফমদুনা লৈথোক্লগা জগৎ পূম্বসিবু মখোয় মশা মশাগী গুহাশিংদুদগী হেন্না চাউদে হায়না লান্না লৌই।



## ধৰ্ম্ম লৈবা নুপা

খুঙ্গং অমদা ধৰ্ম্ম লৈবা নুপা অমা লৈবম্মী। নোংমা মহাক্না ষণ অমোম অমা লৈবগা মযুমদা পুবক্লম্মী। ষণ অমোম অদু হুবানগে হাযদুনা হুবানবা অমনা মহাক্কী মতুং ইল্লক্লম্মী। হুবানবদুনা লম্বীদা ফত্তবা নুপা অমা থেংনবম্মী, অদুগা মহাক্না ব্রাবী-ব্রাতাই শান্নবম্মী। ফত্তবা নুপা অদুনা লাকপনা ধৰ্ম্ম লৈবা নুপা অদুবু হাৎকে হাযদুনা লাকখিবনি। ধৰ্ম্ম লৈবা নুপা অদুদি মযুম হেক যৌবগা ষণ অমোমদু ষণগোন্দা পুন্সিল্লম্মী, অদুগা চাবা-থকপা লোইবগা নুংঙাইনা তৃমথখিবম্মী।

মতম অদুদা হুবানবা অদুনা অসুম্না খল্লক্লম্মীঃ" ফত্তবা নুপা অসিনা ধৰ্ম্ম লৈবা যুম্ব অসিবু হান্না হাত্রোকখ্রবদি মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীশিংসি হৌগৎলক্কনি; অদু ওইববদি ষণ অমোম অসিবু হুবানবগী তাঞ্জা শুকফং-ফংলবোই।" মতম অদুমক্তদা ফত্তবা নুপা অদুনসু অসুম্না ব্রাখল খনবা হৌবক্লম্মী ঃ "হুবানবা অসিনা ষণ অসি হান্না হবানখিবা তাববদি ষণনা খোল্লাও থাদুনা খোংলক্কনি, অদুদগীদি মপু হৌগৎলক্কুনা মাবু হাৎপগী তাঞ্জা ফংহৌবোই।" মখোয অনী মাগী মাগী থবক হান্না পাঙথোক্লবা হোৎনবম্মী। মমৈথংদা মখোয অনী কন্না ফুনবকখি। হবানবদুনা লাউবক্লম্মীঃ"ওঃ ধৰ্ম্ম লৈবা নুপা! নহাকপু হাৎকে হাযদুনা লাকপা ফত্তবা নুপা অমা মফম অসিদা লৈবে।"ফত্তবা নুপা অদুনসু লাউবক্লম্মী ঃ "ওঃ ধৰ্ম্ম লৈবা নুপা! নহাক্কী ষণ অমোমদু হবানগে

হায়দুনা লাকপা হ্রানবা অমা মফম অসিদা লৈরে।" খোল্লাওশিংদু তাবদা ধর্ম্ম লৈবা নুপাদুনে অদুগা মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীশিংনে তূমম্বদগী হৌগৎলক্লম্মী। হ্রানবা অমসুং ফত্তবা নুপা অনীমক হৌদুনা চেনখি।

ধর্ম্ম লৈসি, অদু ওইরবদি ঈশ্বরনা ঐখোয়বুসু কনবীগনি।



অব্রাবনি হায়নারিবশিংসে অব্রাবা নঙ্গে,
ঈশ্বরবু থাজদবনা অশেংবা অব্রাবনি;
ঈনাকখুনবনি হায়নারিবশিংসে ঈনাকখুনবা নঙ্গে,
ঈশ্বরবু থাজবনা অশেংবা ঈনাকখুনবনি।